

**PUBLICATION'S**

Aspect of Ancient Kanglei Culture

ꯀꯪꯂꯩ ꯅꯥꯡꯒꯤ ꯑꯔꯤꯕ ꯃꯁꯛ

# কংলৈ নাৎকী অরিবা মশক

লৈঙাকলোন

লাইনীং-লাইশোন

ঈরাৎ-থৌনি

ꯗꯣ. ꯋꯥꯏꯈꯣꯝ ꯔꯣꯃꯦꯁ

**Dr Waikhom Romesh**

M.A. Manipuri, Ph.D. Manipur University,

Canchipur.

ꯀꯪꯂꯩ ꯅꯥꯠꯀꯤ ꯑꯔꯤꯕ ꯃꯁꯛ

# Kanglei Naatki Ariba Mashak

*(Aspect of Ancient Kanglei Culture)*

(Leingaaklon, Laaining - Laaishon, Eerat -Thouni).


By : Dr Waikhom Romesh

*Singjamei Waikhom Leikai, Imphal, 795008.*




Price Rs. 200/-




2 PG 14

| | | |
|---|---|---|
| *Published by* | : | R.T. Publications, Kangleipak. Imphal. |
| *First Edition* | : | 2006 A.D. |
| *No. of Books* | : | 1200 ( One thousand two hundred). |
| *Number of pages* | : | 113 ( One hundred thirteen). |

Printed at :

**BUT Printers, *Kanglapark, Imphal - 795001.***

তরাম্না

লৌবীয়ু,

কৎচরবনি ॥

অহানবদা,

মরৈপাক মরমদমগী

হোৎনবীরম্বা, হোৎনবীরিবা,

পুন্নমক্কী মফমদা,

অনীশুবদা,

ইখূৎ পায়দুনা

লৌশীংগী পুক্কৈনুংদা

মায়কৈ তাকপিরকখিবা

ঐগী ওজা,

দা. পাউনম গুনিন্দ্রগী

মফমদা,

অহুমশুবদা,

শকখংদ্রবা, শকখংদ্রবী

মখোয়শিংদুগী মফমদা ॥

দা. রাইখোম রোমেশ

# হীরমশিং খণ্ডনবা লমায়

## লৈঙাকলোন ঃ

# ইজবৈ ৱারোল

তোঙান তোঙানবা মমিং কয়ামুক কৌদুনা লাক্লবা অদুগা ঙসিগী মীরোল অয়াম্বনা কংলৈপাক মণিপুর হায়না খঙনদুনা চহী লীশীং কয়া কয়া মনীং মখা তন্না মালেমগী মনীং তম্বা লৈপাক কয়াগী মরক্তা হাইনা হুন্না পাল্লম্বা লমদম অসি তরানিপাল শুবা চহী চাগী হৌগৎলকপা মতমদগীদি নীং তম্বগী মচলশিংগী মরক্তা য়াম্না মরু ওইখ্রবা শরুক অমা ওইরিবা য়াংলেন শরু নাৎ, কলচরবু নোংচুপলোমগী অকনবা শাহুম অমনা হুমদেক্লুনা লৈখা তাবা হৌরকখি।। কংলৈ নাৎকী অচৌবা পামেলবু পুনহুম হুমদেক্লুনা শুপ্লতগী মরু খক্ত ওইহৌখি।। অরিবা পামেলগী মতীক লৈবা মরু ওইখিবনা লেম্না মাঙ্‌বা য়াদবনা খৃষ্ট কুম ১৯৩০ দা অমুক হন্না মতোঙ্গ চেংবা হৌরকখি।।

নোংচুপলোমগী লাইনীংনা হুমদেক্লুরবা কংলৈ নাৎকী ফজরবা মশকশিং কংলৈপাক মনিপুর অসিগী মনুং অমসুং মপানশিংদা চোয়না চোয়না তাখি অমসুং হৌজিকসু তারি।। মতাং অমসুং মতম চানা খোমগৎহৌদ্রবা কংলৈ সনা লৈপাক্কী হী য়ায়গী মশক ওইরবা সনা মতুমশিং অদু খোঙনেৎনখিদুনা মালেমগী লৈমায়দগী মুৎখিগদ্রা কিজবনা করিসু খঙজদ্রিবা অঙাং নৱা ওইবনা পলেম মমাগী খুজেংদা হৈনা চৈসু ওইরগা হৈনা খোঙথাং তমজবদুগা পাংথক ওইনা খুৎতা খোর্জে পায়দুনা চায়না তারিবা কংলৈ নাৎকী ফজরবা মশকশিং অদুবু অফং-অফংবা খোমগৎপা হৌজরকপনি।।

পান্দম অসিগী মখাদা ''কংলৈ নাৎকী অরিবা মশক'' (লৈঙাকলোন, লাইনীং-লাইশোল, ঈরাৎ-থৌনি) হায়না মিংথোঙ্গদুনা লাইরিক অসি পুথোকচবনি।। লাইরিক অসি ১৭ শুবা চহী চা ফাওবগী মনুং হায়বদি মপান লমগী তোঙান তোঙানবা মচু কয়ানা তোৎলগা শেম্বা নাৎকী মশকশিং অদুগী শাফু য়ৌরক্লিঙৈ মতম ফাওবদুগী কংলৈ

নাৎকী মশক অদু উৎননবা হোৎনজবনি॥ অদুবু কংলৈ নাৎকী অশেংবা মশক অদুদা অতোপ্পা নাৎ কয়ানা কা হেন্না নন্‌শিনখিবনা মখা থংবা অদু শৎননবা হোৎনবদা মথক থংবা শরুক ১৮ অমসুং ১৯ শুবা চহী চাসু খর শোক্তবা য়াদবা তাঞ্জা লাকপনা শোকচরুরে॥

লাইরিক অসিদা কংলৈপাক নৎত্রগা মণিপুরগী মহুৎ কংলৈনা শীঞ্জরী॥ মসিগী মরমদি পাবিরিবা পাবিরীবীশিংনা পাবদা খর হেন্না নুংঙাইননবা ৱাহৈ অতেনবা থিজবদা কংলৈ হায়বা ৱাহৈ অসি ওইনা শীজিন্নজবনি।।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা লাইরিকসিদা মতাং অমসুং তাঞ্জাগী মতুং ইন্না মীতৈ অমসুং মৈতৈ হায়না অদুমক শীজিন্নজরী॥ ইজরিবগী ৱাখলদদি ৱাহৈ অনীমক অমৎতনি হায়না লৌজৈ॥ মরমদি মসিগী ৱাফম অসি অরিবা খূৎই লাইরিক "পোইরৈতোন নীংসৎ" তা য়ুম্ফম ওইরগা থমজবনি॥

লোয়সিল্লকপসিদা লৈপাক মীয়ামদা হায়জরী মদুদি লাইরিক অসি য়াম্না খঙ্ হৈরে হায়দুনা পুথোকচবা নৎচদে॥ থৱায়না পামজমনবদগী পুথোকচানি॥ মসিদা অশোয়বা অরানবা, অৱাৎ-অপা য়াওরম্লবসু চুমথোকচনবগী তাঞ্জা অদু পীবিগনি খঞ্জে॥

ইপা-ইপুগী লীকলন থিজরকপদা ওয়না পায়গদবা কয়া য়েৎনা পায়খিবা, য়েৎনা পায়গদবা কয়া ওয়না পায়খিবা য়াওখিরমগনি খঞ্জে॥ মসি পুন্নমক তাইবঙ শেম্লীবা মপুনা থৌজাল লৈবা মীনুংসিগী মীৎয়েংগা লোয়ননা য়েংবীরক্লনি হায়বগী অচেৎপা থাজবদু থমজরগা পুন্নমকপু খুরুমজরী॥ লাইরিক অসিবু পুথোক্লনবা হোৎনবদা মওং অমদা নৎত্রগা অমদা তেংবাংবিরকখিবশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙরা উৎচরি।

দা. ৱাইখোম রোমেশ

**Prof. Sairem Nilabir**

Hon'ble Member,
Kangla Fort Board, Govt. of Manipur
✩ Chairman,
Kangla Religious Committee,Kangla

**Awardee**

✩ Moirangthem Chandra Singh
Pandit Achouba Sanagi Medal
✩ Maichou Ningsing Mana
✩ Maichou Langwon Sana Pumhei Mana

# হায়জনীংব ৱাহৈ খরদং

'কংলৈ নাৎকী অরিব মশক' হায়ন মিংথোনব দা: ৱাইখোম রোমেশন ইব লাইরিক অসি শরুক অনীথোক্ন খায়দোকপগী মৱোঙদ ই।। কংলৈপাক মণিপুর অসীন পুৱারীগী অঙনব মতমদগী হায়বদি খৃষ্টগী অহানব চহী চাদগী নিংথৌ পানব লৈবাক অম ওইন ১৯ শুব চহীচা লোইশিল্লকপ ফাওবদ মনীংতম্ব লৈবাক অম ওইন লৈরিঙৈ মতম ফাওবগী লৈঙাকলোন ৱায়েল থৌদাগী অরিব মশক্কী মরমদ ইরিব অসীন অহানব শরুক ওইনা লৌব য়াই অদুগ কংলৈপাক মণিপুরদ য়েলহৌঙৈদগী য়েলহৌমী ওইন লৈরক্লব মীতৈ/ মৈতৈ ফুরূপকী পাথাং পুথাং লান্ন, চাদা নাউদা শন্ন থাগোন্নদুন লাক্লিব অরিব লাইনীংলোন, লাইনীং-লাইশোল অমসুং ঈরাৎ থৌরমগী মরমদ ইরিব অসীন অনীশুব শরূক ওইন লৌব য়াই।। অয়িবন অহানব শরূক অসী ইরকপদা লমদম অসীগী ফোংলব নৎত্রগ ফোঙদ্রিব অরিব লাইরিক কয়া নৈনবদ নত্তন মালেমগী ওইব লৈঙাকলোন অমসুং ৱায়েল থৌদাগী মরমদ ইংলিসত ইব মশকনাইব লাইরিক কয়া কুপ্ন নৈনরগা ইরি।। অসুন্ন ইবগী থৌৱোঙ অসীন কংলৈপাক মণিপুরগী অরিব লৈঙাকলোন অমসুং ৱায়েল থৌদাগী অশেংব মশক অদু ময়েক শেংন, লাইরিক অসীবু পারিব মীওইশিংদ খঙহনব ঙমহল্লি।।

অনীশুব শরুক্ত অয়িব অসীন মীতৈ/মৈতৈ ফূরূপকী অরিব লাইনীংগী ওইব লাইনীং লাইশোল অমসুং ইরাৎ থৌনিগী মতাং ইরকপদসু ফুরূপ অসীগী অরিব লাইনীংগী মরু ওইব শরুকশিং হায়বদি

ফূরূপ অসীগী য়েক শলাইশিংগী পুকোক পুরেলশিংবু ঈরাৎ থৌনিজব, লৈশেমলোনগী লাই ৱারীগা ফূরূপ অসীগী অরিব লাইনীং অসীগ লৈনরিব মরী, মী অম পোকপদগী শিব ফাওবগী থৌরমশিংদ থাদোক্লব য়াদ্রব ঈরাৎ থৌরমনচিংবশিং অসী লমদম অসীগী অরিব লাইরিকশিং অমসুং লৈবাক্কী শক্লাইরব মায়চৌ/পন্দিত/স্কোলার কয়ান ইব লাইরিকশিং পাদুন নৈনবগ লোয়নন মালেমগী ওইন মমিং লৈরব স্কোলার কয়ান লাইনীংলোনগ মরী লৈনব হীরমদ ইব লাইরিক কয়া কূপ্ন নৈনরব মতুংদ মীতৈ ফূরূপকী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লব লাইনীং অসীগী অশেংব মশক অদু পুথোনবগীদমক পুকচেল শেংন, মীচঙ মীথায় নাইদব মীৎয়েংদ হোৎনৈ।

চহী ১৯০০ রোম মনীংতম্ন লৈবাক অম ওইন খা-নোংপোক এশিয়াদ লৈরকখিব কংলৈপাক মণিপুর অসীগী লৈঙাক ৱায়েল পথাপকী মরমদ অমসুং লৈবাক অসীদ য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা মীতৈ/মৈতৈ ফূরূপকী য়েলহৌঙৈদগী থাগোন্নদুন লাক্লব লাইনীংগী মরমদ থিজিন্নীংব/খঙজনীংব মীওইশিংদ লাইরিক অসীন কান্নরব অচৌব মতেং অম পীব ঙমগনি।

লোইশিল্লকপদ হায়জনীংব ৱাফম অমখক লৈ মদুদি- মীতৈ/মৈতৈ ফূরূপকী পাকচাউবব নাৎ-শক্তমগী শরুকশিং ওইরিব লাইনীংগসু তৎন-থানবা য়াদ্রব মরী লৈনরিব থাঙ-তা, জগোই-ঈশৈ, উমংলাই হরাউব, হরাউ কুম্মৈ, শান্নখোৎনবনচিংব ফূরূপ অসীগী নাৎকী মরমদ ইব লাইরিক খরগ অয়িবন মখা তান পুথোক্লবদি মদুন ফূরূপ অসীগী নাৎকী অশেংবা মশক খঙজনীংব মীওইশিংদ য়াম্ন কান্নরব মতেং অম ওইগনি॥ লাইরিকশিং অদু পুথোকপ ঙমজনবগী ৱাখল লৌশিং, পাঙ্গল থৌনাশিং অদু লাইরিক অসীবু ইরিব নহা ওইরিবা অয়িব দা: ৱাইখোম রোমেশত চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইনিংথৌ সনামহীন পীবীব ওইরসনু॥০॥

[signature]

রিটায়ার্দ প্রিন্সিপাল। দি.এম. কলেজ (কমার্স)

ইম্ফাল।

**Dr. Paonam Gunindro**
*Associate Professor, Manipuri*
Manipur University, Canchipur.

Keishamthong Top Leirak,
Imphal - 795001, Manipur.

# ৱাহৈ খরদং

ডা. ৱাইখোম রোমেশকী 'কংলৈ নাংকী অরিবা মশক' হায়বা লাইরিক অসি লমদমসিগী নাংকী মশকপু শন্নগ্না তাকপা লাইরিক অমনি হায়না থাজে। লাইরিকসিদা অইবনা অঙনবা মতমগী লৈঙাকলোন, লাইনীং - লাইশোন অমসুং ঈরাৎ-থৌনিগী মরমদা ফোঙদ্রিবা অমসুং ফোঙখ্রবা অরিবা খুৎই লাইরিক খরদং পল্লবদা ফমলোন, লোয়য়ন্বা শিনয়েন, মসিল, সঙ পান্নবগী মসিল, চৈরাপকী ফমলূপ, কংলা লায়াৎ, ফমগী মিঙ্গৌ অমদি অতৈ মরী লৈনবা লাইরিকশিং অমসুং ইপিগ্রাফিকেল রেকোর্দনচিংবা নৈনদুনা মালেমসিগী নিংথৌ পানবা অঙনবা চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা লৈনরম্বা লৈঙাক-লোনগী মশকশিংদু লমদমসিদসু লৈরকখি হায়বদু উংলি।

অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা পন্দুপতা অইবনা মীতৈ লাইনীংগী চাওবাকপা মশক অমা তাক্লবা হোৎনরি। মালেমসিগী অতৈ অঙনবা জাতিশিংদা ফাওরকখিবা লাইনীংগী মশক অদু অঙনবা মীতৈশিংদসু ফাওরকখি হায়বগী মীংয়েংদু থমলি। মীতৈ লাইনীংলোনগী কুপ্লবা অৱাংবা থাক্কী ৱাখনলোনদু মপুঙ ফানমক নত্রবসু মশাগী ওইবা অৱাংবা ৱাখনলোনগা থাগোন্নবা লাইনীংলোন লৈজরকখি হায়বদুদি উৎনবা হোৎনবি। লোয়নননা পোকপা, লুহোংবা, শিবা অসিনচিংবা থৌরমশিংগা থাগোন্নবা কুপ্লবা কাঙলোনশিংদুসু নৈনরি। পৌরপ্না হায়রবদা, লাইরিকশিদা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা ইথিল চংদ্রিঙৈগী মীতৈ ফুরূপসিগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা নাংকী শক্তমদুগী মচং ওইরবা ৱাফম কয়া থল্লী হায়না খল্লি। লাইরিকসিনা লমদমসিগী নাংপু মশক তাকপদা অমদি নাংকী মরম নৈনরকপদা অচৌবা মতেং অমা ওইগনি হায়বগীঅচেৎপা থাজবদু লৈ। মখা তানা ডা. রোমেশনা নাংকী মরমদা অসিগুম্বা লাইরিক কয়া পুথোরকপা ওইশনু।

ডা. পাওনম গুনিন্দ্র

# লৈঙাকলোন

## লৈবাক ৱায়েল থৌদাঃ

অঙনবা মতমগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা নিংথৌ পানবনা হান্না হৌবগুম লমদমসিগীসু পুৱারীগী অঙনবা মতমদগী হৌনা নিংথৌ পানবগী চৎনবী অসি লৈরকখি। নিংথৌজাগী অহানবা নিংথৌ পাখংবনা কলিগী কুমশিং ৩১৩৫ দা নিংথৌ ওই হায়না *চৈথারোল কুম্বাবদা* রেকোর্দ তৌরম্মী। পাখংবনা নিংথৌ ওইবা চহী ৪৫ শুবদা শকাব্দ হৌই হায়না কুম্বাবদা ইরি। ৱাফমসিগী মতুং ইন্না পাখংবনা নিংথৌ ওইবসি খৃঃ গী ৩৩ শুবা চহীদা তাই। পুৱারীগী ওইবা রেকোর্দনি হায়বা মীৎয়েংগী মখাদা কুম্বাবদা ইরল্লিবা মৈদিংঙু পাখংবনা নিংথৌজাগী অহানবা নিংথৌনি হায়না লৌনরি। অঙনবা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অয়াম্বদা লৈনবা নিংথৌবু লাইগী মতীক-ময়ায় চেল্লি হায়বা থাজনবীদু অঙনবা মতমগী মীতৈ ফুরুপকী মরক্তসু লৈরম্বগী খুদম ফংই। ***নিংথৌরোল লম্বুবা*** অমসুং ***পাখংবা নোংকারোল*** দা মৈদিংঙু পাখংববু লাইগী মশক ওইনা থারল্লিবা মতাংশিং অসিমক খুদম ওইনা পনবা য়াই-

*নয়ু তুপি য়োইনোংতা নোংতা লাইরেন পাখংপা ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা। তুপি অহিং মীওইবা নোংথিল খোইমোম লাইওইবনা মশানৌ লাইম্না খোইমোম লাই মশাবীগী লেমলৈ ঙাতাকোন চীংনুং লাথমপোক পুরুম চীংখোংনেমদা শানথুপ্পবু মদাইরেম লৈনুং থরুক অশৈবা মোইকাই থাবু লীবা লীকলাংথাবু শীবা থবা ঙাংকোয়নবনা চীংখোং য়াকৈনরকলে।* (ওইনাম ভোগেশ্বর, ১৯৬৭ঃ ২,ক)।

***অমুকন্তু পাখংবা নোংকারোল*** দা অসুম্না শৈথারি -

*নয়ু তুপি য়োইনোংতা ।। নোংতা লাইরেন্ পাখঙপাতি।। খোইয়ম্ মতে হৈপা।। ৱাংপল্ মরোল্ য়াম্পা।। মরোং লিসিং ৱোন্পা।। ... তাইপঙ*

*নমু পোঙ্পু ৱোইনা॥ সানৱোনলক্কে ... ॥* (নোংথোনবমচা অঙৌ, ১৯৮৩ঃ৫)।

মতৌ অসুম্না নোংদা লাইরেল পাখংববু লাইগী মশক্কুম থারম্মী। অসি হায় হায়দুনসু মতুং তারকপা নিংথৌশিংদা লাইগী মশক্কুম থাবদি অদুক হাক্লা থেংনদে। অদুগা নিংথৌবু লাইগী মশক্কুম্না লৌনবদি অদুম্মক থেংনৈ। ***চৈথারোল কুম্বাবা*** দা খাগেম্বগী মতমদা নিংথৌবু লাইনিংথৌ কৌহনখি হায়না ইরি। ৱাফম খরসিদগী লাকশিনবা য়াবা ৱাফমদি নিংথৌবু লাইগী মশক্কুম্না লৌনবগী চৎনবীদু লৈরকই হায়বসিনি।

নিংথৌ পানবা লৈবাক্কী হৌনশা নিংথৌনা লৈঙাক ৱায়েলদা ময়োল ওইনা লৌনবদু অঙনবা মতমগী মীতৈ ফূরুপতসু অদুম্মক লৈরম্মী। নিংথৌবু লৈবাক্কী মপু অমসুং মপী-মপা ওইনা লৌনরম্মী। মসিগী খুদমদি নিংথৌবু লৈমাবা হায়না মিঙ্গৌনরম্মী। লৈমাবা হায়বদি লৈবাক্কী মপা নৎত্রগা মপু হায়বনি। লৈবাক ৱায়েল থৌদাদা নিংথৌগী মতেং পাংবা অঙম্বা ফম্নাইবা কয়া অমা লৈরম্মী। লৈবাক মরা তপ্লা ঈংনা পান্নবা অকুপ্পা কাঙলোন, কাঙলোনশিংদুগা লোয়নবা চৈঙাকশিং, নিংথৌগী, অঙম্বশিংগী, লোয়শঙশিংগী মথৌনচিংবা, মখোয়গা লৈপাক মীয়ামগগী মরী, শেল-থুম, অরাল-অহুইগী ৱায়েল-চৈরাক, লৌন-লৈনবগী চৎনরোল, লাইনীং-লাইশোলগী চৎন-পথাপ, অকল-অথৌ অমদি লৈবাক নিংথৌগী ফনবা তৌবশিংগী মনা-মথুম, মপান লমগা লৈনরম্বা মরী অসিনচিংবা কয়াসিগী মরমদা থাদুনা ইরম্বা অরিবা খুৎই লাইরিক কয়া লৈ। খরদং পল্লবদা- ***মসিল, সঙপান্নবগী মসিল, লোইয়ম্বা সিনয়েল, লোইনা সিনলোন, চৈরাপকী ফমলূপ, ফমলোন, লাইশ্রা ফম, কংলা লৈয়াৎ, ফমগী মীঙ্গৌ,*** অসিনচিংবনি।

# নিংথৌ

নিংথৌনা লৈবাক্কী মকোক্নী। নিংথৌগী মচানা নিংথৌ ওইবগী চৎনবী

লৈরবসু মচানুপা অহলনা নিংথৌ ওইগদবনি হায়বা অকক্লবা চৎনবীদুদি লৈরমদে। নিংথৌ মচাশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী মতীক চাবা অমবু খল্লগা নিংথৌ ওইবগী খুদম কয়ামুক ফংই। ***নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা*** দা মীতৈ নিংথৌগী ফম্বাল কাবা তারবদি চূং ফিরাল চাবা, মীওই-মীতৌ ফজবা, মশাদা অশোয়-অণ্ডাম য়াওদবা, মহৈ-মশিং হৈবা, লৈবাক্কী চৎনরোল খঙবা অসিনচিংবা চঙলক্মী হায়বগী খুদম পীরম্বা থেংনৈ। হোঙনেময়োই খুঞ্জাউ, নাউথিংখোং হায়নসু খঙনখিবা (খৃঃ ৬৬৩ দগী ৭৬৩ অদুব্রাই ফাওবগী মনুংদা পাল্লম্বা) নিংথৌ অসিবু ফম্বাল তোংহনখিবগী মতাং অমদি মহাক্লা খূমন নিংথৌ অদোন পুন্সি য়ুমোইবগী মনাক্তা মতম খরা শাইদাংদুনা লৈরিঙৈদা খূমন নিংথৌনা লূব্রাং মকুবী চীংদা মহৈ তম্না চৎনবা তাকখিবা পাউতাকশিংনচিংবা ***নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা*** লাইরক্তা থারিবা অসিনা উৎলি। খূমন নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবনা নাউথিংখোংদা লূব্রাং গুরু পুন্সিবগী মনাক্তা মীতৈ নিংথৌ ওইবদা মতিক চাবা অমা ওইনবা পাউতাকপগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

> *লাইরেন মৈদিংঙু লোকয়ি শেলোইনাই লংমাই তেংনা য়িমকাবদি ব্রাকলেন হাইজৌ পু নাশি পুংমাইলেমনা ময়িম নোংয়াইপুংদা য়াংগোইববু লোইদাম থাবুশি লাংথৈ কুমবু ওল্লকলবদা ... নোংয়াই খূমন নিংথৌ অদোন পুনসি য়ুমোইবনা লাইরেন ইনোংয়াই অসিবু নোংয়াই ইপুংয়াই অসিদা পুনসি মতোন লোমফবোই, হয়েং ফমমোইমিৎতা ফম ফললাংমৈদা তোংনা পোইরৈ খুননিংথৌবু ওইঙেনে ... খূমন নিংথৌ অদোন পুনসি য়ুমোইবনা অনৌবা হন্না পাউমেনহৌরববদা। লাইরেন ইনোংয়াই ও নঙদি নোংয়াই ইরমশাং পোইরৈ ইঙাই ঙাইয়িরম ব্রাংঙম লমচাউরেন খুনুং ঙাইরমলেন, ব্রাংঙম সনা লমদাংলেনবু ইনদানখিগনো। লাইরেন নপা মৈদিংঙুগী তুবি সনা মখোঙদা ব্রাইথুংলুগনো। নমায় হাওরৈ অব্রাং লাইনা পাংনা হাওয়েন য়াংগোই ঈবু ফৈনা শম, ... পুংফাই তোনয়াম পানবা চিংদা নয়ু নুংবান হোঙনেম লূব্রাং পুনসিবা মরানয়াইদা ব্রাইথুংলুরো।* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৯৫ঃ ৫১,৫২)।

নাউথিংখোংনা মকু খূমন নিংথৌ পুন্সি যুমোইবগী পাউতাক মতুং ইন্না হোঙনেম লূৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মনাক্তা চৎপদগী লূৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা মহৈ তন্নীবগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*নুংবান হোঙনেম লূৱাং পুনসিবনা ... পোইরৈ ৱারমলেন অরুবা, থায়না মালেম লৈশেম লৈহৌদৈ য়েনহৌ খোইরা অহানবা নমু পোং চারি লমথারকপা পোংথাঙ চারি তৎতবা, চীংঙু ওঙচা চিঙমাবানা মমোম কোরৌ অৱাংবীগা মদু হৈনা কোঙগোই শেমনা শামদোন মশা ককনা ৱাপোংনু কোনলিও পাওমেনশৈ ঔগ্রী কোনলৌৱাক হংগেন কোনলো পাওতাকশৈ, খেনচো লাংমৈ লৈহৌৱাক্ পোইরৈ ৱারমলেন অরুবা লাইজ তরঙ ইপাকথকতা মালেম লীরি লৈহৌৱাক তানথোঙ লেমথোঙ খঙবা লম, উকাক লাথা হৌনরা, পোইরৈ ৱারমলেন পুমনামকপুপাউত্তাকপিগে... নুংবান হোংনেম লূৱাং নিংথৌ পুনসিবনা লাইরেন মৈদিংঙুদা অনৌবা পাউতাকপিহৌখিয়ে।* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৯৫ ঃ ৬২,৬৪)।

নাউথিংখোংগী মপা ইবুংঙো মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবনা কোরৌ নোঙ্গারবদা মীতৈলৈমা খাবরোন নোংজেংশুনা মনাই অঙম অথৌ পোইরৈ খুনফাংথৌ তয়ম নাইফংথৌশিংদা মশাবী লাইরেন উরা কোন্থৌবদি কোরৌ নোঙ্গাখরে নিংথৌগী ফম্বালদি হাংফরোই। মচানুপা অহল য়োইনাওহন অহানববু ফম্বাল তোংহনসি হায়বসু মমিৎ উদে, মচানুপা য়াইমা য়োইচালান অৱাং লংচা লৌপুংফৈ তোংবশু মশা ফিভম কায়, মচানুপা অতোনবা নিংথৌ লাংঙা ফম্বাল চুম্না লানলোই চিংঙা লৌখোং তোংবশু মবুক কংই। মহাকসু ফম্বাল কাফরোই অদুনা মচা নুপা অহুমশুবা হোঙনেময়োই খুঙ্গাও (নাউথিংখোং) লূৱাং পামং খুন্দা লৈরিবা অদুবু কৌরুচো হায়না থৌদাবগী মতাংসিনা চূং ফিরান চাদবা মীওই ফিভম চাদ্রবদি নিংথৌ ওইবা চৎনরমদে হায়বসি উৎলি -

*মৈদিংঙু উরা কোন্থৌববু তুবি মনোং নোংশিং শুরবগী কোরৌ নোংগারে চীংঙু পনদনলে। ... পোইরৈ খুনজা হৌ তয়ম নাইজা তিন্না কৌরৌ*

*নোংগাথৌবু লাওলবদা য়োয়বু মৈতৈলৈমা খাবরোন নোংজেংশুনা পিরেম থকমা তানা পাওমেল্লকএ। ইদাইরেম পোইরৈ খুনফাংথৌ তয়ম নাইফংথৌশিংও। লাইরেল ইশাবিদি কোরৌ নোংকারে, তুবি ফমমোইমিংতি হাওফরোই ফলাংমৈদি তিংফরোইএ। লাইরেল ইপারি সনা খোমমাহন, মচি য়োইনাওহন অহনববু ফমমোইমিংতা ফমহনসে হায়বসু চেংলৌ মঙম শোইয়ে ফললাংমৈবু তোংফরোইএ। ইপারি য়োইচারোন অরাং লাংচা লৌপুংফৈ তোংবসুঙ শমু পাংশোই নীকএ। ফমমোইমিংতা ফমফরোই। পারি সনা খোমমাদোন নিংথৌ লাংঙা অনা লাংঙা ফম্লাল চুমবা লানলোই চিংঙা লৌখোং তোংবসুঙ পায়মা মপুক কংএ। মাসুঙ ফমমোইমিংতা ফমফরোই। ইদাইরেমশিংও লাইরেল ইপারি সনা খাঙরাইগী খোমমুক অঙললা মমাঙ শাৎকবরা শাৎতবা হুইয়াই লিকলু অথেঙঙা মতুং কুয়না ফুইগবরা ফুইদা ... পারি তোংনেময়োই খুনজাওবু থুনা পাউকৌরুও। ফমমোইমিংতি মানা ফমজৈনে।* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৯৫ : ৬৯,৭০,৭১)

নিংথৌগী মচানুপা অহলনা নিংথৌ ওইগদবনি হায়বগী অকক্লবা চৎনবীদু লৈরমদে হায়বগী খুদমসি মৈদিংঙু খুয়োই তোমপোককী মচা ইবুংঙো য়োয়মোংবা অমসুং তাউথিংমাংগী মরক্তা মচানুপা তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইখি। তাউথিংমাংসি য়োয়মোংবগী মনাউনি। নিংথৌগী মচানুপা অহলনা নিংথৌ ওইগদবনি হায়বা অকক্লবা চৎন-পথাপ্তু লৈরমদে। মসিগী খুদম শরদি মৈদিংঙু থিংবাই শেলহোংবা (খৃঃ ১২৪২-১২৪৭), মৈদিংঙু তেলহৈবনা নোঙ্গাগ্রবদা মনাউ ইবুংঙো তোনাবনা (খৃঃ ১৩৫৫-১৩৫৯) নিংথৌ ওইখি। *(লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ : ১৩, ১৬, ১৭)।* রাফমশিং অসি য়েংলুরগদি নিংথৌগী মচানুপা অহলনা নিংথৌ ওইগদবনি হায়বা অচেৎপা চৎন-পথাপ্তু লৈরমদে। নিংথৌগী মনাউনসু নিংথৌ খুভম শিলহৌবগী রাফমশিং থেংনৈ। মসিগী মতাংদা ***মণিপুর এদমিনিষ্ট্রেসন***দা অসুম্না ইরি-

> ***The kingship of the state of Manipur was not always hereditary,*** (N. Ibobi, 1976 : 44)

নিংথৌনা লৈবাক ঙাকপদা অঙম্বা ফম্নাইবা কয়ানা মতেং পাংলম্মী। মখোয়শিং অদুদি -

নিংথৌ পোংবা তরা, খুনফাংথৌ মাপল, ফমদৌ হুম্ফুমরি অসিনচিংবনি। লৈবাক ঙাকপদা খুদোং চানবগী পানা কয়াস্ খায়দোক্লম্মী।

## খুনফাংথৌ মাপল নিংথৌ পোংবা তরা

খুনফাংথৌ মাপল নিংথৌ পোংবা তরা অসি য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৌবা অঙম্বশিং ওইরম্মী। খুনফাংথৌ মাপল অসি উমংলাই মাপলগী মহুৎ শিনবনি হায়না লৌনৈ। মসিগী মতাংদা *ফমলোন* লাইরিক্তা অসুম্না ইরম্মী।

| **ফমগী মিং** | | **লাইপা** |
| --- | --- | --- |
| খুরাইলাকপা | - | লাইনিংথৌ হনবা |
| ৱাংখৈলাকপা | - | মোংবাহনবা |
| নোংথোনবা | - | খমলাংবা |
| পুখ্রনবা | - | চাখাবা |
| খ্বাইরাকপা | - | নাউকন |
| য়াইস্কুল্লাকপা | - | মুৱা নিংথৌ |
| অহল্লুপ লাকপা | - | লুৱাং পুন্সিবা |
| হিয়াংলোই হঞ্জবা | - | মারজিং |
| চোঙখানবা হঞ্জবা | - | কৌবরেন |

নিংথৌ পোংবা তরা হায়বসি অঙম্বা তরানি। মখোয় অদুদি পুখ্রনবা, নোংথোনবা, খ্বাই লাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, চোঙখানবা হঞ্জবা, ইমাঙলোই হঞ্জবা, ইমিংলোই হঞ্জবা, ফমথকচা অমসুং নাইখুলাকপা অসিনি। নিংথৌ পোংবা তরা অমসুং খুনফাংথৌ মাপল

অনীমক্তা য়াওবা অঙভম্বা খরা য়াওরি। মদুদি খ্বাইরাকপা, য়াইস্কুললাকপা, খুরাইলাকপা, ব্রাংখৈলাকপা, পুখ্রনবা, নোংথোনবা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, তরেৎ অসিনী। *কংলা হৌবা* হায়বা লাইরিক অদুদি- লৈকাইরাকপা মরি, শঙলেন লাকপা অনী, শঙখুবা শঙলাকপা, পুখ্রনবা নোংথোনবা তরা অসি নিংথৌ পোংবা তরাসিনি হায়না ইরি। মদুদি- (১) খ্বাইরাকপা (২) য়াইস্কুললাকপা (৩) খুরাইলাকপা (৪) ব্রাংখৈলাকপা (৫,৬) শঙলেনলাকপা অনী (৭) শঙখুবা (৮) শঙলাকপা (৯) পুখ্রনবা (১০) নোংথোনবা হায়নসু ইরি।

নিংথৌ পোংবা তরা হায়বসি কয়াম কুইরবনো হায়বা পুব্রারীগী নীৎয়েংদগী চপ চানা মতম পীবদা অরুবা ওইরবসু পুব্রারীগী ফনা ঙনবা মতমদগীনি হায়বগী খুদম কয়ামুক্তি ফংই। থোইদোক্না লিরবনি হায়না শীংথানরিবা অরিবা খূৎই লাইরিক *নুমিৎ কাপ্পা* দা নিংথৌ পোংবা তরানা লৈবাক্কী লুরবা তঞ্জা লাকপদা ব্রা তান্নবগী মতাং অমদা অসুম্না ইরি-

*লমপু তুপু তরেৎ লাইকম মসেল।। নারোন সিঙলোন্নানা।। পালকে তোকুমলাগাতা।। নিংথৌ পোংপা তরামানা।। ব্রাতানাতুনা নুমিৎ সনা খোমমাতোনকি মারা মখোঙখুনপু লিপাপু লীঙামতারাপাকি।।* (নুমিৎ কাপ্পা)।

ব্রাফমসিনা নিংথৌ পোংবা তরাসি ফনা ঙনবা মতমদগী লৈরক্লে হায়বগী খুদমদু পীরি।

নিংথৌ পোংবা তরা, খুনফাংথৌ মাপল অসিগী মথংদা ফমদৌ ৬৪ হায়না অঙভম্বা ৬৪ খক লৈরম্মী। ফমদৌ ৬৪ অসি পুব্রারীগী কয়াম কুইরবা মতমদগী লৈরবনো হায়বা চপ চাবা পীবা ঙমদ্রবসু ***চৈথারোল কুম্বাবা***গী মতুং ইন্নদি -

মৈদিংঙু খোংতেকচাগী মতমদগী লৈরক্লে হায়বগী খুদম পীরি। *মৈদিংঙু খোংতেকচানা নিংথৌ ওইএ মহাকথক্তা লাংজা লৌপুংথৈদা ফমদৌ ৬৪*

*মক্তা শা তাল্লুবদা ওন্না লাইনা লোইনা লৌদুনা ঈশিংদা শিখিএ। লোও পায়বা অমত্তং হিংহৌএ মাগী থারা মখৈ লোংজম কৌখিএ।* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ : ৬,৭)। ফমদৌ ৬৪ অসিবু অয়াঙ ফমলূপ হায়নসু খঙনৈ।

# পানা

*চৈথারোল কুম্বাবা*দা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী হাক্তক্তা লূপ ৬ খায়দোক্কুনা পানা পাম্বোম ওইখিবগী মতাংদা অসুম্না ইরি।

> *মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা নিংথৌ ওইএ। মহাকথক্তা লাইগা মীগা লাল্লুপ কারম্বদগী মীনা লাকচদুনা লাইগী মখৈ মাঙখরে। মীদনা শিলহৌয়ে। পানা তরুক থোক্লা কায়রে। পানা মমিংদি ১। অঙৌবা লুপতি লুপলেন লুপ ২। নোংমাই লুপতি থৌচা লুপ. ৩। অকোং লুপতি কোংচা লুপ ৪। খুরাই লুপতি লুপখুবা লুপ ৫। নৈচোল লাকপা তোলোংখোম্বনা লুপ অমা চিংএ চিংচারুপ, ৬। খাইচারুপ। অসিনা পানা ৬ থোকনা কাখিয়ে।* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ : ৯)।

মথক্কী ব্রাফমসিমক অরিবা খূৎক্ত লাইরিক *ফমলোন*দসু ইরি। পানা মরি অসি তোঙানবা মমিং কয়া হায়রগসু খঙনৈ। মদুদি খুনজা অমসুং নাইজা হায়বসিনি। খুনজা হায়রগা খাফম অমসুং লাইফমবু খঙনৈ। নাইজা হায়রগা অহল্লুপ অমসুং নাহারুপ অনীবু খঙনৈ। অদুনা খুন্‌জা নাইজা হায়রগনি- খাবম, লাইফম, অহল্লুপ অমসুং নহারুপ মরি অসিবু খঙনৈ। খাবম লাইফমবু পোইরৈ খুনফাংথৌ অহল্লুপ নাহারুপপুনা ব্রাংঙম নাইফাংথৌ হায়নসু খঙনৈ। অদুনা পানা মরিগী অঙম্বশিং তিল্লবা মতমদা খুন্‌জা-নাইজা নৎত্রগা পোইরৈ খুনফাংথৌ ব্রাংঙম নাইফাংথৌ হায়না হায়নবগী মতাংশিং অরিবা খূৎই লাইরিকশিংদা থেংনৈ। খুদম ওইনা *নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা*দা মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবনা কোরৌ নোঙ্গাথ্রবদা মশানৌ নোংজেংশুনা নুংবান মকুবি চীং পামং খুনদা হোঙনেম লূব্রাং পুক্সিবগী মশাইকোন্দা লৈরিবা নাউথিংখোংবু কৌরুবগী মতাংদা থারিবা-

*পোইরৈ খুনজা হৌ তয়ম নাইজা তিন্না কৌরৌ নোংগাথৌবু লাওলবদা য়োয়বু মৈতৈলৈমা খাবরোন নোংজেংশুনা পিরেম থকমা তানা মদাইরেম পোইরৈ খুনফাংথৌ তয়ম নাইফংথৌশিংও* হায়না মনাই অঙম্বশিংবু কৌবগী ব্রাফম য়াওরি। ***থব্রানথাবা হিরান*** দসু মৈদিংঙু থব্রানথাবনা মাগী খাইজেং লেংনা তিনবদা, লৈবাক্কী অঙম্বা চোন্না তিল্লবদা ময়ামদা ব্রা হায়বদা ইদাইরেম পোইরৈ খুনফাংথৌ তয়ম নাইফাংথৌ হায়না ইরম্বা মতাং থেংনৈ। পানা ৪ অসিগী অঙম্বা ফম্নাইবা ৩২ অদুবু ***পোইরৈথৌ, খুনফাংথৌ, তয়মথৌ, নাইফংথৌ*** হায়বা মমিংশিং অসি হায়রগসু খঙনরম্মী। পানা মরি অসিগী অমমমদা অঙম্বা ফম্নাইবা নিপাল-নিপাল লৈরম্মী। মখোয় অদুদি -

## পানা

| লাইফম | অহল্লুপ | খাফম | নাহারুপ |
| --- | --- | --- | --- |
| ১। পুখ্রনবা | ১। খ্বাইলাকপা | ১। ব্রাংখৈলাকপা | ১। য়াইস্কুল লাকপা |
| ২। সঙলেন লাকপা | ২। হিয়াংলোই হঞ্জবা | ২। নোংথোনবা | ২। অহৈবা হঞ্জবা |
| ৩। য়িমাংলোই হঞ্জবা | ৩। ফমথকাগা | ৩। সঙলেনলাকপা | ৩। হুইরোই হঞ্জবা |
| ৪। লমলৈলাকপা | ৪। য়েনত্রেনহনবা | ৪। য়িমিংলোই হঞ্জবা | ৪। চোংখানবাহনবা |
| ৫। লৈচোনলাকপা | ৫। ওকরনহনব' | ৫। উম্নু খুনলাকপা | ৫। নাইখুরাকপা |
| ৬। খুনতোংহনবা | ৬। য়ীরাৎলাংবা | ৬। কৈক্রেনহনবা | ৬। হুইত্রোনহনবা |
| ৭। কোনসাহনবা | ৭। সিননাইবা | ৭। খুৎহৈবাহনবা | ৭। নাইফারাকপা |
| ৮। হিচাবাহনবা | ৮। ফিসাবা | ৮। থাঙসাহনবা | ৮। নাকপলাকপা |

(খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৭৫ ঃ ২৬,২৭)।

**পানা মরি অসিগী অঙম্বা নিপালসি পুন্না কুহ্মানিথোই (৮x৪=৩২) অসিবু অশুপ্পদা খূল্লাকফম হায়নসু খঙনৈ। খূল্লাকফম ৩২ সি নত্তবা হিদং ৩২ অমসু লৈ। হিদং ৩২ অসিবু লূপলাকফম হায়নসু খঙনৈ। অদুনা খূল্লাকফম লূপলাকফম হায়রগদি ফমদৌ ৬৪ বু খঙনৈ। অদুবু হিদং ৩২ অসি**

লোইনমক সুনা পীরম্বা থোইনা থেংনদে। অদুবু ***লাইশ্রা ফমলোন*** দা মখাগী হিদংশিং অসি অসুম্না পীরম্মী-

*অহল্লুপ লাইফমগী - খুরাই হিদং, খ্বাই হিদং, পুখ্রন হিদং, থাঙসু হিদং, তেলসু হিদং, লেমলৈ হিদং, য়েনদ্রেন হিদং, লৈচোন হিদং, খুন্তোং হিদং, লাইরেল হিদং, ওক্রন হিদং, য়িরাং হিদং, ফমথকচা হিদং।*

*নাহারুপ খাফমগী- ৱাংখৈ হিদং, য়াইস্কুল হিদং, নোংথোল হিদং, অম্বু হিদং, চুঙসু হিদং, নাকপ হিদং, হুইত্রোন হিদং, কৈক্রন হিদং, নাকপক হিদং, য়িংমিংলোই হিদং, নাইফ্রাক হিদং, হুইরোই হিদং, নাইখু হিদং অসিনচিংবা। হিদংফম কুল্লানিথোইবু লুপলাকফম কৌই খঙঙ হায়না ইরম্মী।* (খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৭৫ ঃ ২৭)।

লৈবাক ৱায়েল থৌদাদা মরুওইবা থৌদাং লৌরিবা ফম্নাইবশিংগী মরমদা অমদি তোঙান-তোঙানবা ফমশিং, নিংথৌ কনাগী মতমদা হাপচিল্লকখিবনো হায়বগী মতাং অরিবা খূৎই লাইরিক ***ফমলোন*** দা ইরি। লাইরিকসিদা মৈদিংঙু পাখঙবগী মতমদগী হাপলকখিবা ফমগী মতাংদা মথং-মথং পীরি।

*ফমলোন হায়গেঃ মারহনবগী খোঙলুপতি - য়োইরেনহবদি লাইফমনে, মারাহনবদি খাবমনে। অনিম্মা অসিনে। পাখংবগী খোঙলুপতি- পুখ্রনবদি লাইফেমনে, নোংথোনবদি খাবমনে, কৈরুংবনে, শেলুংবনে মরিমানে। ... য়োয়মোংবগী খোঙলুপতি - নাকপ হনজবদি খাবমনে, নাকপপা কৈরোয়গা য়েম্নৈএ, শঙ লিংএ, অনি অসিনে... মৈদিংঙু নাউফংবগী খোঙলুপতি- হিয়াংলোই হনজবা. শঙলেন লাকপা অনিমাদি লাইফমনে, শঙলেন লাকপা অমনে চোঙখানবা হনজবা অমনে অনিমাদি খাবমনে, লৈচোন লাকপদি লাইফমনে মঙা অসিনে। মৈদিংঙু উরাকোনথৌবগী খোঙলুপতি - শগোল শেনবা হনজবদি খাবমনে, শঙ লিংএ। মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী খোঙলুপতি হুইত্রোনহনবদি খাবমনে ... মৈদিংঙু*

*লোইয়মবগী খোঙলুপতি লুপ তরুকমা থায়এ। শেলোয়লুপতি কোংচালুপ, কোঙবমনা লুপমা চিংএ, অঙৌবা লুপতি অঙোমনা চিংএ, লুপলেন লুপতি লৈচোন লাকপা তোলোংখোম্বনা লুপমা চিংএ চিংজালুপনে। খুরায়লুপতি লুপখুবা লুপনে, কোংচালুপ, কোঙবমনা লুপমা চিংএ, অঙৌবা লুপতি অঙোমনা চিংএ, লুপলেন লুপতি লৈচোন লাকপা তোলোংখোম্বনা লুপমা চিংএ চিংজালুপনে। খুরায়লুপতি লুপখুবা লুপনে, খুরায়না লুপমা ব্রাংলে থাইজনবৈএ, খায়জরুপ, চহুই লৈরোং পামবনা লুপমা চিংএ। লুপ তরুকমা অসিনা পানা পামবোম ওইদুনা লৈপাক ঙাকএ। মৈদিংঙু খুমোমবগী খোঙলুপতি - ফিশাবা হনবদি থাবমনে, শঙলিংএ। মৈদিংঙু তেলহৈবগী খোঙলুপতি নাইখুরাকপনে নাইফালাকপানে অনিমাদি থাবমনে, শঙ লিংএ। মৈদিংঙু কিয়াম্বগী খোঙলুপতি - ব্রাংখৈরাকপানে, য়াইসাখুল লাকপানে অনিমাদি লাইফমনে। শামুহনজবানে অচানবনে অনিমাদি লাইফমনে, অচানবদি থাবমনে, শঙ লিংএ। অহললুপ শঙলেন নহারুপ শঙলেনসু লিংএ। ইব্রাংলমচা নানবা শারাবনা নাহারুপ লাকপা হৌএ। মৈদিংঙু থাগেম্বগী খোঙলুপতি- দোলাইরোই হনজবদি থাবমনে। লাইফম শঙলেন, থাবম শঙলেন অনিমা লিংএ। শঙখুবা মরিমসু লিংখৎলে। লাইরিকয়েংবা হঞ্জবা ক্ষেত্রি হঞ্জবা অনিমা হাপতনা লাইফম ইনহল্লে। শঙ পুম্নমাসুঙ লিংখৎলে। কৈথেন তারামসু লিংখৎলে।* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৭ : ৩,৪,৫)।

মতুং তাথরকপা নিংথৌ পাইখোম্বা, চরাইরোংবা, গরিবনিব্রাজ অসিনচিংবগী খোঙলুপশিংসু পল্লি। মতৌ অসুম্না করম্বা নিংথৌগী হক্তক্তা করি করম্বা ফর্মশিং হাপখিবগে হায়রিবা ফমদু করি করম্বা পনাদা কাবগে হায়বনা চিংবসু ***ফমলোন*** দা পিরি। মতমগী মতুং ইন্না অনৌবা ফম কয়া হাপতোক হাপচিনসু তৌরকখি।

## ফম্নাইবশিং খনবা

ফম হাপ্পা মতমদা হাপকদৌরিবা মীশক অদু মাগী শঙ্লাকপা, কৈরুংবনা মী অসিদি মতীক চারে খল্লবা মতমদা নিংথৌদা মী অদুবু

শক্তাকপা ওইনা কৎকনি। মীদুগী মপা চাবা ফম অদু নিংথৌনা হাপকনি। ফম হাপকাদৌরিবা মী অদু চহি ৩০ শুদবা য়ারমদে। মসিগী মতাংদা *ফমলোন*দা অসুম্না ইরি-

*চহি কুনথ্রা শুদবা মীবু ফম হাপহৈদে, নীং মাঙগী ৱা খঙবা ৱাৎলে। মীসু হাঙনৈএ। মাগী মাগী পান্নবা শঙলাক কৈরুংবনা মী অসিদি মতিক ওইরে হায়না নিংথৌদা কৎলরবা মী অদুবু নিংথৌনা মফম হাপপিএ।* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৭ ঃ ৭) ।

ৱাফমশিং অসিনা মতমদুদসু ফম হাপ্পগী অকুপ্পা চৎন-পথাপশিং লৈরম্মী হায়বগী খুদমশিং উৎলি। নীং -মাঙগী ৱা খঙবা ৱাৎলে হায়বসিনা চহি য়ামদরিবা মীওইদি খঙবা উবা ৱাৎলি অদুনা লৈবাক্কী ফম্নাইবদি খঙ-উবা ৱাৎপা মীনা ওইবা য়াদে হায়বনি।

## চৈরাপকী ফমদৌ

ৱায়েল অরান-অন্থুই অমদি অচুম-চুমদা য়েংশিন্নবা লোয়শঙ কয়ামুক লৈরম্মী। মখোয় অদুদি কুচু, পাচা, চৈরাপ অসিনচিংবনি। গারোৎ হায়বা ৱায়েলশঙ অসিদি মিং অসিমক্তা থেংথরবা মতমগী ওইগনি হায়বগী খুদম অমদি পীরি। ৱায়েল লোয়শঙশিংগী মনুংদা চৈরাপ্পা খ্বাইদগী ৱাংবা ওইরম্মী। অরিবা খৃৎই লাইরিক *চৈরাপকী ফমলূপ, ফমলোন* অসিনচিংবগী মতুং ইন্না য়েংলুরগদি চৈরাপকি অঙম্না ফম্নাইবশিং ফমফম মথক-মখা, ওয়-য়েৎনচিংবা নিংথৌ নিংথৌগী মতমদুগী মতুংইন্না হোংদোক হোংজিনসু তৌরম্মী। য়াম্না ঙল্লিনৈঙে মতমদগী হৌনা অঙোম নিংথৌনা লাংজৈ ফম্বগী ৱাফম থেংনৈ। মসিগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*ৱাফম অমসুঙ হায়গে। লাইনিংথৌ পাখংবগী ফমলূপ পরেং অহানবদি অঙোম নিংথৌনা লাংজৈ ফম্মে। চৈরাপকি ফমলূপ হায়বা লাইরিক অদুগী মতুং ইন্নদি অঙোম নিংথৌনা নিংথৌরোল কয়াগী হাক্তক্তা চৈরাপ ৱায়েলগী লাংজৈদা ফম্বগী মতাং ইরি। চৈরাপ ৱায়েলফমগী ফমদৌ কৌবদি খুল্লাকফম*

*অয়াম্ববু ফমদৌ কৌএ।* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৭ ঃ ৭)

ব্রাফমসিনা চৈরাপকী ফমদৌ হায়বসি য়াম্না মরু ওইবনি হায়বদু উৎলি। অরিবা লাইরিক *মসিল*দা অঙৌপানবা অঙোম নিংথৌ অমসুং অতৈ চৈরাপকী অঙম্বশিংনা চৎকদবা চৎন-কাঙলোনশিং অমসুং মখোয়না তৌগদবা মথৌশিংগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*অয়ুক য়ুথক্ মতুং পুঙ্ তরুক্ সুবদা কাগনি॥ ব্রায়েন্দি উতুপ্না য়য়বা য়োৎখোক্না য়য়বা॥ থাঙনা য়ান্বা॥ তানা থিন্বা॥ হুরান্বা সগুন্ তৌবা॥ মরা লৈবা লাননবা॥ সনবু থাঙনা য়ান্বা॥ মী ২॥ ৩॥ ৫॥ মান্নদুনা মীবু হাৎপা॥ য়ুম ময় থাবা॥ অসি খিবিক্কি ব্রায়েল তৌগনি॥ মীবু থাঙনা হাৎলগা থাঙনা হাৎকনি॥ তানা থিন্লগা তানা থিনগনি॥ য়োৎখোকনা বুরুপ্না হাৎকনি॥ সনবু থাঙনা য়ান্বনা মখুৎ কক্কনি।। মরা লৈবা লাননবা॥ হুরানবা অসিদি মমিৎ হনগনি॥ নিংথৌ সেম্লবদি সাফাক ফাকক্নি॥ সবেং খোইদা য়ানগনি। নুপী হাৎলবদি সরেঙ খোইনা য়ানদুনা হাৎকনি॥ মী ২॥৩॥৫॥ মাননদুনা হাৎলবদি চয় থাবা (মী হাৎলিবা) অদুগা মী সিখিরিবা অদুগা কোননানা হাৎকনি॥ মী হাৎপা য়াওবা মীসিংদি মাগী মাগী মতিক ব্রোকপা লোই ব্রোইহনগনি। মীহাৎ মীপুন থোক্লবা সনা য়াথং লওনা হাৎকনি॥ ব্রায়েন্ অসিবু চুম্না য়েনগনি॥ চুমদ্রবদি অঙম্বদি মপোক তরেৎলক্কি মথৈ॥ তিন্ফা কাক্থৈ ব্রোইনা পোকয়ে॥ পুরোল মঙা নোরোক তাইয়ে॥ লৈবাক্সু কুমাথি কুম্ কাংঙৈ॥ ব্রায়েল্ মতিক্ ব্রোক্পা লোইথা থনখা॥ অয়য় অপুন্ ॥ য়োৎহিং ফোল্লাং চনগনি॥ নিংথৌনা খোঙ্ লেঙলকলবদি অঙম্বনা চৈরাপ্ মনুংদা লৈফদে॥ চয়রাপ মমাঙদা থোক্কনি॥ চয়রাপ ফম্বৈনা নামৈসেন পুগনি অঙমবনা চয়রাপ থেঙনা ফমফদে। ময় হৌফদে॥ লায়বাক্ ব্রায়ে॥ নিংথৌ পুনসিদে॥*
(খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৯৭ ঃ ১৩)।

ব্রাফমশিং অসিগী মতুং ইন্না চৈরাপ লোয়শঙ্সিগী অকুপ্পা চৎন-পথাপ লৈরম্মী হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলি। লোয়শঙসি কাবগী মতম, লোয়শঙ্সিগী অঙম্বশিংনা চৎকদবা ঙাক্নদবা চৎনবীশিং, মখোয়না

চৈরাক পীবগী মওং অসিনচিংবা কয়া য়াওরি। লোয়শঙ অসিগী অঙন্বশিংনা থবক কাবগী মতম চপ চাবা লৈরম্মী। কাবগী পূংফমদি অয়ুক য়ুথক মতুং পুং তরুক সুবদা ওইরম্মী। মসিদা হায়রিবা পূং অসি ঘড়িগী মিনিট ৬০ না শাবা পূং অদু নত্তে। মমাংগৈদা মণিপুরদা চৎনরম্বা পূংজা অদুনি। মমাংগৈ ঘড়িগী পূংজা চৎনদ্রিগৈ নিংথৌ পাল্লিগৈ মতমদা তানয়েবা লোয়শঙদা পূং মতম খঙনবা খূৎলাই অমা লৈরম্মী। হায়রিবা পূং অসি অয়ুক্কী য়ুথক পূং ৬ হায়বসি হৌজিক্কী মতমগী ঘড়িগী পূংজাদা অয়ুক পূং কয়া তাবদনো হায়বদু য়েংবা য়াই। মদুগী খুদম মখাদা পীজরি-

তানয়েবা লোয়শঙ হায়বা মতম তাকপা লোয়শঙ অসিদা পূং তেঙ্গোৎ হায়না তেঙ্গোৎ অনীখক লৈ। হায়রিবা তেঙ্গোৎ অসিগী মনিংদা য়েত্তুম মখুলমুক লাওবা অপিকপা মখুল অমা হুৎলি। হায়রিবা তেঙ্গোৎ অনীসি শীল্লোন-শীঞ্জিন তৌদুনা অচৌবা ঈশিং য়াওবা মখা পাকপা চফু অমদা থাদে। পূং তেঙ্গোৎ মনিংগী ঈশিংদুনা ফাওগৎলক্কুনা তেঙ্গোৎতুনা ঈশিংদা হেক লুপ্পদা পূং অমা ওই। অসুম্না তেঙ্গোৎ অনীদু শীল্লোন-শীঞ্জিন তৌদুনা হেক লুপ্পা খুদিংগী পুং অমমম থিবদুনা ৬৪ রক শুবদা নোংমগা মান্নে। হায়রিবা পূং ৮ অসিনা য়ুথক অমা ওই। য়ুথক ৮ না নোংমগা মান্নে। ঘড়িগী পূংজাদনা য়ুথক অমগা পূং ৩ গা মান্নে। অদুনদি মীতৈগী পূংজা ৮ গা ঘড়িগী পূংজাগী পূং অহুমগা মান্নে। ঘড়িগী মিনিট ২২ সেকেণ্ড ৩০ গা মীতৈ পূং অমগা মান্নে। অহিংগী য়ুথক মতুং হায়বসি নোংয়াই পূং ১২ গী মতুং ঘড়িগী পূং ৩ তাবদা ওই। নোঙানবগী য়ুথক হায়বসিনা অয়ুক্কী ঘড়িগী পূংজাদা অয়ুক পূং ৬ তাবা অদুরাইদা তাই। অদুনদি নোঙানবগী য়ুথক মতুং মীতৈ পূং ৬ হায়বসি অয়ুক্কী ঘড়িগী পূংজাদা চাওরাক্লা পূং ৬+২.১৫=পূং ৮ গা মিনিট ১৫ অদুরাইদা তাই। হায়রিবা অসিগী মতুং ইন্না য়েংলুরবদি অয়ুক য়ুথক্কী মীতৈ পূং ৬ তা চৈরাপ লোয়শঙ কাবগী মতমসি হৌজিক্কিদা পূং ৮ মিনিট ১৫ অদুরাইদা ওইবা তাই। রাফমসিনা তাকপদি মতমদুদা চৈরাপ লোয়শঙ কাবগী অকক্কবা মতম পূংফম লৈরম্মী। চৈরাপকী অঙন্বশিংনা চৈরাপ থেংনা ফমফদে

হায়রিবা অসিনা চৈরাপ ফম্বগী মতমসি পূং অসুক্কগী অদুফাওবা ওইগনি হায়বা মতম লৈরম্মী হায়বদু উৎলি। অদুগা চৈরাপ হায়বা ৱায়েল লোয়শঙসিদা পাঙথোকপা ৱায়েলদি মীহাৎ-মীপুন, হুরানবা, শগুন তৌবা, মীয়াম চংদুনা মী হাৎপা, মীগী ময়ুম মৈ-থাবা, মীগী নুপী লান্নবা, নিংথৌ শেম্বা, সন হাৎপা অসিনচিংবা অচৌবা মরালগী ৱাথোক্কী ৱায়েলশিং তৌই হায়বদু উৎলি। অদুগুম্বা মরালশিং অদুগী শিবগী চৈরাক পীবা মতমদা নিংথৌগী অয়াবা লৌদবা য়ারমদে। চৈরাপকী অঙম্বা ৱায়েল তৌরিবশিংনা ৱায়েল চুমদ্রবদি মথং মপোক্তা তীন-কাঙ কাকফে ওইনা পোকই। মপা-মপু লুখাক-কোমদা তাই। লৈবাক অৱাবা নংই। কুমথি কুমকাং নঙই। অদুগুম্বা ৱায়েল চুমদবা অঙম্বা অদু অহকপা চৈরাক তৌই, লোই থাবনচিংবা তৌরম্মী। অসুন্না চৈরাপকী অকুপ্পা ফজরবা চৎন-কাঙলোন কয়া লৈরম্মী। হায়রিবশিংদু অঙম্বশিংনা ঙাক্না চৎনরম্মী হায়বদু উৎলি।

***চৈরাপকি ফমলূপ*** হায়রিবা অরিবা খূৎই লাইরিক অদুগী মতুং ইন্না চৈরাপকি ফমফম অসি মাগী-মাগী ফমদুগী মতুং ইন্না মথক মখা লৈরম্মী। খূৎই লাইরিক অসিদা গরিবনিৱাজ সনা হাক্তক্তা চইরাপকি ফমলূপ সিনদুনা ফমহল্লমপতি হায়রগা মথং মনাও নাইনা অসুম্না ইথরক্লি-

*সোক ১৬৩৮ তা॥ শ্রি মাপুথৌ য়িপুংঙু করিপনিৱাচা॥ মহারাচ সনা হাকথকতা চইরাপকি ফমলুপ সিল্‌তুনা॥ ফমহন্‌লম্‌পাতি॥ অঙৌপাল্‌ পানা সায়পুতা॥ চুবরাচতি নিংথৌ আখুপানে॥ য়েৎতা খুরায়লাক্‌পা॥ লাইফম্‌লাক্‌পা॥ আহল্‌লুপ্‌ লাক্‌পা॥ মায়চৌ পলতিং॥ হিয়াঙলোই হল্‌চাপা॥ ফম্‌থক্‌চা॥ থাঙসুহল্‌পা॥ তেলসুহন্‌পা॥ য়োয়রেল্‌হল্‌পা॥ মাইপাহলপা॥ লমলই লাক্‌পা॥ য়েনতরেলহন্‌পা॥ লইচোন্‌লাক্‌পা॥ খুন্‌থোংলাকপা॥ আচরল্‌পা॥ ওককরলহনপা॥ খুৎহৈপা হল্‌চাপা॥ আয়েক্‌পা হলচপা॥ আমেৎপা হল্‌চাপা ॥০॥ অঙৌপাল্‌পাকি ওইতা॥ ৱাংখৈলাক্‌পা॥ মলত্রি॥ সেনাপতি॥ নোংথোল্‌পা॥ য়াইসাখুল লাক্‌পা॥ খাপম্‌ লাক্‌পা॥ নাহারুপ্‌ লাক্‌পা॥ চোঙ্‌খানপাহন্‌চাপা॥ সঙ্গলেন্‌ লাক্‌পা॥ মাইচৌ পল্‌তিং॥*

*য়িমিঙলোই হল্চাপা॥ নাইখুলাক্পা॥ উমু খুন্লাক্পা॥ চুঙসুহন্পা॥ অশৈপাহন্পা॥ হুইত্রোল্হন্পা॥ কৈকরন্পা॥ নাককপা লাক্পা॥ অচেরল্বি॥ হিচাপাহল্পা॥ কোন্সাহল্পা॥ নাইফারাক্পা॥ আহইপাহল্চাপা॥ হুয়রোইহল্চাপা॥ ফিচাপা হল্চাপা॥ ফমলুপ্তি অসিনে॥* (চৈরাপকি ফমলূপ)

হায়ারবা চহরাপক ফমলূপকা মওং আস অসুম্না থম্না য়াহ-

## অঙৌপানবা

| য়েৎথংবা | ওইথংবা |
|---|---|
| খুরাইলাকপা | ৱাংখৈরাকপা |
| লাইফমলাকপা | মনত্রি |
| অহল্লুপ লাকপা | সেনাপতি |
| মাইচৌ | নোংথোনবা |
| হিয়াঙলোই হঞ্জবা | য়াইসাখুললাকপা |
| ফমথকচা | খাবম লাকপা |
| থাঙসুহনবা | নাহারুপ লাকপা |
| তেনসুহনবা | চোঙখানবা হঞ্জবা |
| য়োয়রেনহনবা | শঙলেন লাকপা |
| মাইবাহনবা | ইমিঙলোই হঞ্জবা |
| লমলৈরাকপা | নাইখুরাকপা |
| য়েনত্রেনহনবা | উমু খুল্লাকপা |
| লৈচোললাকপা | চুঙসুহনবা |
| থাঙসাহনবা | অশৈবা হনবা |
| ঈরাংলাঙবা | হুইত্রোল হনবা |
| খূৎহৈবা হঞ্জবা | কৈক্রেলহনবা |
| অয়েকপা হঞ্জবা | নাককপলাকপা |
| অমেৎপা হঞ্জবা | আচ্রলবি |




হিচাবা হনবা
কোনসাহনবা
নাইফারাকপা
অহৈবা হঞ্জবা
হুইরোই হঞ্জবা
ফিসাবা হঞ্জবা

হায়রিবা অসিগা খরা খেন্নবা মওংদা অতোপ্পা খুৎই লাইরিক ***চৈরাপকি ফমলুপ*** হায়বা অমদনা অসুম্না ইরি-

*...সোক ১৬৩৮ তা॥ ...মাপুথৌ য়িপুংঙু॥ করিবনিরাজ মহারাজ সনা হাক্‌থক্‌তা॥ চইরাপকি ফমলুপ সিলতুনা॥ ফমহনলমপাতি॥ অঙৌপালপানা সায়পুতা॥ জুবরাজতি নিংথৌ আখুপানে॥ য়েৎতা খুরায়লাকপা॥ পুখ্রলপা।। লাইফমলাকপা॥ আহললুপলাকপা।। মায়চৌপলতিং॥ হিয়াঙলোয় হলচাপা॥ সঙলেন লাকপা॥ য়িমিঙলোই হলচাপা॥ ফমথকচা।। থাঙসু হল্‌পা॥ তেলসুহলপা।। য়োয়রেলহলপা॥ মাইপাহলপা॥ লমলইলাকপা॥ য়েনত্রেনহনপা॥ লাইবোললাকপা॥ খুনথোংহলপা॥ আচরলপা॥ ওকক্রুলহলপা॥ সিনাইপাহলপা॥ থাংচাহলপা॥ য়িরাংলাঙপা হলচাপা॥ খুংহৈপা হলচাপা॥ আয়েক্‌পা হলচাপা॥ আমেংপা হলচাপা॥ অমেংপা হলচাপা॥ অঙৌপালপাকি ওয়তা॥ রাংখৈরাকপা॥ মলাত্রি॥ সেনাপতি॥ নোংথোনপা য়াইসাকুল লাকপা॥ নাহারুপ লাকপা॥ খাপম লাকপা॥ চোঙখালপা হলচাপা॥ সঙলেন লাকপা।। পলতিং॥ য়িমিঙলোই হলচাপা॥ নাইখুরাকপা॥ উম্ন খুল্‌লাকপা।। চুঙসুহলপা॥ আসৈপা হলপা॥ হুইত্রোলহল্‌পা॥কৈক্রেলহলপা॥ নাকপ্‌ লাক্‌পা॥ আচুলপি॥ হিচাহলপা॥ ফিসাপাহলপা॥ ফমলুপতি আসিনে ॥০॥*

চিংথংখোম্বা মহারাজগী হকথক্তা খায়রম্বা চৈরাপকি ফমলুপকি মতাংদা অসুম্না অমুক ইরি। মইতিংঙু চিঙথংখোমপা মাহারাজনা॥ চইরাপকি ফমলুপ খায়রমপতি॥

## অঙোম নিংথৌ

- সেনাপতি
- গুরু পন্ডিৎ
- খুরায়লাকপা
- পুখ্রনবা
- রাজখ্বা
- খ্বাইরাকপা
- লাইফম লাকপা
- অহল্লূপ লাকপা
- পাৎচহনবা
- চন্দ্রসিন্ধাতা
- হিয়াংলোই হঞ্জবা
- শঙলেন লাকপা
- পন্ডিৎ
- কৈরুংহনবা
- লাইরিক য়েংবা হঞ্জবা
- ক্ষেত্রি হঞ্জবা
- থাঙশুহনবা
- তেনসুহনবা
- লমলৈ লাকপা
- এনত্রেন হনপা
- য়োইরেনহনবা
- অশৈবা হনবা
- লৈচোল লাকপা
- খুনথোং লাকপা
- লাইরেল লাকপা

- ৱাংখৈলাকপা
- মন্ত্রি
- নোংথোনবা
- খাবম লাকপা
- নাহারুপলাকপা
- চোঙখানবা হঞ্জবা
- শঙলেন লাকপা
- পন্ডিৎ
- কৈরুংহনবা
- উমু খুল্লাকপা
- হুইত্রোন হনবা
- কৈক্রনহনবা
- মাইবাহনবা
- নাকপ লাকপা
- ইমিংলোই হঞ্জবা
- আচ্রনবা
- শগোলহঞ্জবা
- হিশাবা হনবা
- নাইফারাকপা
- নাইখুরাকপা
- অয়েকপা হঞ্জবা
- ফিশাবা হঞ্জবা
- উনুংতাখুল্লাকপা
- ফুরিৎশাবাখুল্লাকপা

অচ্রনবা
ওক্রনহনবা
শিনাইবা হনবা
থাঙশাহনবা
শামু হঞ্জবা
ইরাং লাংবা
ফমথকচা
কোনসাহনবা
খূৎহৈবা হনবা
অমেৎপা হঞ্জবা
দোলাইরোই হঞ্জবা
উশাবা খল্লাকপা

(মথক্তা তেবলগী মওংদা ইর্জারিবসি অরিবা খূৎই লাইরিক্তদি পাক্তক্লনা ইরম্মী। অদুবু য়েংবদা নুংঙাইনবগী খূৎই লাইরিক্কীদু তেবল ওইনা শেমদোকচবনি। অদুবু পীর্জারবশিং অসি অরিবা মতমগী ওইদ্রবসু মতম মতমগী ওইনা হোংলক্লিবা মশক অদু খুদম ওইনা পীজবনি।)

চৈরাপকি ফমদৌশিং অসি নিংথৌ নিংথৌগী মতমগী মতুং ইন্না হাপচিনবা অমসুং লৌথোকপা অসিনচিংবা কয়া তৌনরম্মী হায়বসি মথক্কী অসিদগী খঙবা ঙম্মী।

মথক্কী চৈরাপ লোয়শঙগী মরুওইবা ফমশিংগী মনুংদা দোলাই পাবা হায়বসিসু অমনি। দোলাই পাবগী মথৌগী মতাংদা *মসিল* দা অসুম্না ইরি- *দোলাই পাবনা তৌরম্বা শিনথাদি নিংথৌগী য়াথং চৈরাপ ব্রায়েল শঙদা হায়দোক্লনি। চৈরাপকি পাউখোন চৎতুনা মিফা মিপুন তৌগনি। কৈ লোই, য়িম্লোই কৌখৎকনি। লীচৈ, লুব্রাংচৈ, থৌরি কোঙ্গোই, কুরাউ হং অচিনচিংবা মীফা মিপুন চৈ পান্নগনি। অয়ুক নোংঙানবদা চৈরাপ লোয়শঙ্গী লু-নানবগী থবক, ব্রাই শীংপা, ব্রাই তৈবা অসিনচিংবা*

*পুথোক্লুনা থমগনি। কৈশুমশঙদা লৈবা অৱাফম তাবশিং দোলাই পাবশিংনা পাম্নগনি। অয়ুক নুমিদাং খুদিং অৱাফম তাবা মীওইশিং মশীং থীগনি। অহিং মৈ লিংগনি। অসিনচিংবা থৌ কয়া দোলাই পাবনা পুগনি। (খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৯৭ঃ ১৪)। মসিল* লাইরিক্তা *চয়রাপকি খোঙলোইদি দোলাইপাবনে* হায়না ইরিবসিমক্তা দোলাই পাবা হায়বা চৈরাপকী মরুওইবা থৌ কয়াসি পুবা ফম অমনি হায়বদু উৎলি। চৈরাপ ৱায়েলশঙসি নত্তবা অতোপ্পা ৱায়েলশঙ্ কয়া অমসু লৈরি। মখোয় অদুদি পাচা, কুচু, গারোৎ অসিনচিংবা।

## পাচা

নুপীগী ৱাথোক, মরালশিংগা মরী লৈননা ৱায়েল তৌবা চৈরাক লোয়শঙ অমনি। ৱায়েল লোয়শঙ অসিদা নুপীগা মরী লৈনবা ৱাথোকশিং, খৎন-চৈনবা, নুপা-নুপী খাইনবা, নুপীগী হক অসিনচিংবা ৱাফম কয়াগী ৱায়েল তৌই।

> *The paja dealt with all cases in which women were concerned, such as divorce, disputed paternity marriage rights, etc., and the president of this court was known as the Paja halba* (Hodson 1975 : 92).

ৱায়েল লোয়শঙ অসি মীওই তরুকনা শাই। মখোয়শিং অসি নিংথৌনা খনবা ওইরম্মী।

> *The Paja or women's court consist of six members appointed by the raja from no particular class* (Brown, 1873 : 92)

এন. ইবোবীগী ***দ মণিপুর এদমিনিষ্ট্রেসন*** দা পাচা ৱায়েলশঙগী মকোক্তি পোইরৈ লৈমাবী (মহারানী) না ওইরম্মী হায়না ইরি। মসিদা নিংথৌ পোংবা তরাগী নুপী তরাসু য়াওরম্মী অদুবু গরিবনিৱাজ নিংথৌগী

হাক্তক্তা পাচা লোয়শঙগী অঙম্বশিং হান্না ১২ লৈরম্বদগী ৬ তা হন্থহল্লম্মী। পাচাহনবা হায়বা ফম অমা হাপতুনা পাচা লোয়শঙগী মকোক ওইরম্মী।

*The Pacha tried cases connected with females. It existed since the time of Pakhangba. Laisna the Rani of king Pakhangba, was the President of the Pacha. Since then, it was customary to bestow the presidentship of Pacha on the principal Rani of the Raja. But during the riegn of Raja Garib Nawaj the Pacha was placed under an officer, the Pacha Hanba.* (N. Ibobi, 1976 : 198).

পাচা লোয়শঙ অসিগী অঙম্বশিংনা ৱায়েল লান্না তৌবগীদমক চৈরাক পীবগী *চৈথারোল কুম্বাবা* দা অসুম্না ইরি-

*লৈশাংথেম খারমগী কুম শক ১৭৩১ চন্দ্রব্দ ১০২১ গী ... ৫ নি শগোলসেলদা পাচাহনবনাচিংনা পাচা পুন্নমক নুপীগী ৱায়েল শোয়এ হায়না থাইএ* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ২০৭, ২০৮)।

ৱাফমসিনা তাকপদি ৱায়েল শোয়না তৌরবদি লোয়শঙদুগী অঙম্বা পুম্বা লোই থাবনচিংফাওবা তৌরম্মী হায়বসিনি।

## তোপ গারোদ

ৱায়েল লোয়শঙ্ অসি লাম্মীশিংগীদমক লীংবা রায়েলশঙ্ অমনি। চৈরাকশঙ্ অসিগী মকোক থোংবা ফম্নাইবসি সেনাপতিনা ওই। মীতৈ তেঙ্গোলগী তুলি নিপালগী লাল্লূপ চিংবা নিপালসু চৈরাকশঙ্ অসিদা ফম্নাইবা ওই। (নন্দলাল শর্ম্মা, ১৯৬০ ঃ ২৭)। অদুবু লোয়শঙ অসিমক্তি থেংথরবা মতমগী ওইগনি।

নন্দলাল শর্ম্মনা ৱায়েল লোয়শঙ্শিং অসি মখল মরি থোক্না খায়দোকলম্মী হায়না অসুম্না পীরম্মী। মদুদি - ১। *ধর্ম্মগা মরী থোক্লদবা*

*চৈরাক্‌শঙ্‌শিং, ২। ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ৱাথোক্কি চৈরাকশঙ্‌শিং ৩। নুপীগী ৱাথোক, মরালগী ৱায়েল তৌবা চৈরাকশঙ্‌ ৪। লাম্মীশিংগী ৱাথোক্কী ৱারেপ তাবা অমসুং মখোয়গী মরাল পীবা চৈরাকশঙ্‌শিংসিনি। (নন্দলাল শর্ম্মা, ১৯৬০ ঃ ২৭, ২৮)।* অদুবু মরু ওইবা ৱায়েল লোয়শঙ্‌দি চৈরাপ, পাচা, তোপ গারোদ হায়বসিনা ওইরম্মী। অদুবু অঙনবা মতমদদি চৈরাপ অমসুং পাচা অসিদা ওইনা তৌরম্মী।

অঙনবা মতমগী লৈবাক ৱায়েল থৌদাসি মৈদিংঙু নাউফংবগী মতমদা (খৃঃ ৪১১-৪২৮) য়াম্না খুম্মাঙ চাওশিল্লকখ্রে হায়বসি ***লোইয়ম্বা শিনয়েন*** দা ইরম্লিবা মতাং খরনা উৎলি। মৈদিংঙু নাউফংবনা মঙাং কুরু, লূৱাং কুরু অমসুং খূমন কুরু অহুমগী য়াথং লৌদুনা য়াৎলম্বা ৱায়েল থৌদাগী পোরমগী মতাংদা লাইরিকসিদা অসুম্না ইরি-

*হৌজিক ৱারম অমা হাইগে তাও-মৈদিংঙু নাউফংবানা মঙাং গুরু, লুৱাং গুরু, খুমন গুরু, গুরু অহুমমাগী য়াথং লৌদুনা পোয়রৈ কংলৈ মৈতৈ লৈপাক অসিগী ৱায়েল থৌদা খঙনবাবা হায়গে হায়ল্না চিঙঙু লাইগীদি মমৈ তাইবঙ নমু পোংগীদি মকোক লাইরেল মৈদিঙু নাউফংবনা থম্লম্বা হায়রম্বা ৱাবু হায়গে তাও। কংলৈ মৈতৈ লৈমানা ৱা অনি হায়ফরোইয়ে লৈপাক নিংথৌগী ফনবা তৌনবদা লন লিকফরোই ৱা অনি সুফরোই, মৈদিঙু অপানবনা বা অনি হায়ফরোই। ৱা অনি হায়রবদি লৈপাক ৱা থোকই। ৱা য়ামই তৌহৈদে খংও। গুরু পন্দিতনা মহৈ হৈবনা লৈপাক্কী ফমদৌ নিংথৌ অঙম্বনা লৈপাক নিংথৌ অনিমা দা অফা ফৎতা তৌহৈদবা থোক্লগদবা উর খংলাবদা হায়দ্রবদি লৈপাক নিংথৌ ফৎতে। লৈমা নিংথৌ পুন্সিদে। হে মিওইবশিংও নোংথিল নোং চুফরোই। চুরবদি লৈখোং নোংখোং কায়বা কৌএ। কায়ফরোইয়ে। কায়দনবদি ৱায়েল চুমও থৌথা নমগনো, থকসু খাসু নমলানগনো কুম থাদি মীগী ৱায়েল ইনলে, ৱায়েল শোইফরোইয়ে। ৱায়েনদি শল হুবা শগোল হুবা নাই হুবা অসিদি মখুৎ ককও। মচিল থিবা পুকহোলচাপা অসিদি মচিল লেললো নিংথৌগী ইবেম্মাশিংদা মিংয়েং নায়েংবা লাল্লবা, মীগী মতু হুবা অসিদি*

*মমিং হনলো। নিংথৌগী ফিচি ফিনা নেৎপাদি লোই থাও। নিংথৌশেমবা ফংলবদি তুম্না হাৎলো। লাইথুং মখাক নাইফদে য়েক্রুবা মখাক নাইগনো লমন মখাক থমগনো তিলতিন্নবা পিতিন্নবা য়েকতিন্নবা নুপীদি লৌনহৈদে...।* (খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৭৫ ঃ ৩৩, ৩৪)।

মথক্তা হায়রিবা ৱাফমসিগী মতুং ইন্নদি মৈদিংঙু নাউফংবা (খৃঃ ৪২৮-৫১৮) না লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈ মঙাং কুরু, লুৱাং কুরু, খুমন কুরু, কুরু অহুমগী পাউতাক য়াথং মতুং ইন্না লৈবাক ৱায়েল থৌদাগী মরমদা চৎন-ইন্নগদবা কাঙলোন কয়া হৌদোকলম্মী হায়বনি। লৈবাক ৱায়েল চুপ্লি পায়রিবা নিংথৌ অদুনা ৱায়েল চুম্না তৌগদবনি, লৈবাক ৱায়েল চুম্বা হায়বসি খ্বাইদগী মরু ওইবা অমনি হায়বদু মথক্কী ৱাফম- *"হে মীওইবশিংও নোংথিল নোং চুফরোই। চুরবদি লৈখোং নোংখোং কায়বা কৌই। কায়ফরোই। কায়দনবদি ৱায়েল চুমরো থৌখালমগনো, থকসু খাসু নমলানগনো কুম থাদি মীগী ৱায়েল শোইফরোই"* হায়বা অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি। মণিপুরগী লৈবাক ৱায়েল থৌদাগী পুৱারীদা য়াম্না মরুওইবা তাঙ্কক অসি মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী মতমসীনি। নিংথৌসিগী হাক্তক্তা লৈঙাকলোনগী মরমদা য়াম্না অহোংবা পুরকখিরম্মী। য়াম্না শীংথানিঙাই ওইবদি, নিংথৌসিগী হাক্তক্তা হৌদোকলম্বা ***লোইয়ম্বা শিনয়েন*** হায়বসিনী। হায়রিবা লাইরিকসিদা চৎন-কাঙলোন কয়া পুথোকলম্মী। ৱাফমশিং অসিবু শৌগৎলদুনা এন. ইবোবীগী ***দ মণিপুর এদমিনিষ্ট্রেসন*** দা অসুম্না পীরি-

> *All laws relating to Manipur were codified during his reign, which was known as Loiyamba Shinyen. It throws much light on the nature of administration of Manipur during the time of the Raja.* (N. Ibobi, 1976 : 37).

নিংথৌসিগী হাক্তক্তা হৌদোকলম্বা চৎন-কাঙলোন (আইন)শিং অদু মতুং তারকপা নিংথৌশিংনসু অদুম্মক চৎনখি। লাইরিকসি মণিপুরগী লৈঙাকলোনগী য়াম্না মরুওইবা য়াংলেন শরু অমা ওইরম্মী। ***লোইয়ম্বা***

*শিনয়েন*গী হৌগৎলকপা শরুক্তা অসুম্না ইরি-

*লূৱাং নিংথৌ পুনসিবনা ময়দিংঙু নাওফংবা, শমৈরাং, কোনথৌবা, নাউথিংখোং মরিমাদা শিন্নরম্বা ৱানে। ৱারী অসিবু ময়দিংঙু নাউথিংখোংদা মঙাংগুরুনা তৌবা অসিবু লাইয়িংথৌ লোইয়ম্বনা খণ্ডুনা অমুরক হন্না তৌরম্বা ৱাবু হায়গে। ... লোইয়ম্বনা লূপ তরুক থোক্লা খায়দুনা ফমথৌ ফমলূপ হাপ্‌রে, য়ুমনাক সিলতা য়েললম্বা, উমং লাই মাপলমাগী মাইবা মশিল য়েললম্বা মাইবি মশিল পিরম্বা তিললাং লাইরাং মশিল খয়বিকপু হায়রক্কে। লাংশঙদা ফমদুনা লাইয়িংথৌ লোইয়ম্বনা হায়য়ে য়ুম্নাক নঙগী নশিল হায়গে, থিঙকুলম নঙদি মুঙফি শা-ও, লাইরেনলাকপম নঙদি লাই ফি শাও ...।* (খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৭৫ ঃ ১৬,১৭)।

অসুম্না হায়দুনা ইথরগা য়ুম্নাক কয়ানা তৌগদবা মশিলশিং মথং-মথং ইথরকই। য়ুম্নাক-য়ুম্নাক্কী মতুং ইন্না মাইবগী মশিল, তমপাক মাইবগী মশিল অসিনচিংবা কয়া য়েঙ্গোকলম্মী। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা 'Functional specialization' হৌদোকলম্মী।

অঙনবা মতমগী ৱায়েল থৌদাগী মশকশিং অসি মৈদিংঙু পাখংবগী মতমদগী হৌনা য়াৎলম্বা পোরমশিং পাখংবগী মতুংতারকপা নিংথৌশিংনা মথং-মথং হাপচিন্নরকখিদুননি খাগেম্বগী মতমদদি য়াম্না খুমাং চাওশিনবা ওইরকখি। মৈদিংঙু পাখংবগী মতুংদা পানখিবা মৈদিংঙু নাউফংবা (খৃঃ ৪২৮-৫১৮), শমৈরাং (খৃ৫১৮-৫৬৮), উরা কোন্থৌবা (খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮), নাউথিংখোং (৬৬৩-৭৬৩) অমসুং লোইয়ম্বা (খৃঃ ১০৭৪-১১০২) অসিনচিংবা নিংথৌ কয়ানা হান্নদগী লৈরক্লবা লৈবাক ৱায়েন থৌদাগী মশকশিংদু মথং-মথং চৎথনরকখি হায়বসি *লোইয়ম্বা শিনয়েন*দা পল্লমলিবা-

*লূৱাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা ময়দিংঙু নাউফংবা, শমৈরাং, কোন্থৌবা, নাউথিংখোং মরিমাদা শিন্নরম্বা ৱানে। ৱারী অসিবু ময়দিংঙু নাউথিংখোংদা মঙাং গুরুনা তৌবা অসিবু লাইয়িংথৌ লোইয়ম্বনা খণ্ডনা অমুরক হন্না*

*তৌরম্বা ব্রাবু হায়গে* হায়বসিনা উৎলি। অসুম্না চৎথরকপা লৈবাক ঙাকপগী কাঙলোন্দু মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা অনৌবা কয়া অমা হাপচল্লকখি। (খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৭৫ ঃ ১৭)।

## মৈদিংঙু ক্যাম্বা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮)

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমসি মণিপুরগী লৈঙাক্লোন্দা অনৌবা মাইওন অমা পুরকখিবা মতমনি। চুম্নগী লৈবাক মনুংগী ওইবা লৈঙাক্লোন্দা নত্তনা য়ুমথংনবা লৈবাক পোংশিংগা মরুপ-মপাং ওইবগী অফবা মরী থমদুনা মপাল লৈবাক্কা লৈনবা মরীসু ফগৎহনখি। পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগা ক্যাম্বা নিংথৌগা খূৎশম্নদুনা কবো ক্যাং লান্দারম্মী। নিংথৌসিগী মতমদা মণিপুরগী ঙমখৈ হৈনৌ খোংনেম্বী ফাওবা শন্দোকপগী মতাংদ ***চৈথারোল কুম্বাবা***দা অসুম্না রেকোর্দ তৌরি-

> *মৈদিংঙু ক্যাম্বগা পোং নিংথৌ চৌফা খেকখোম্বগা লান লোয়ননা ইংথি (নিংথি তুরেল) মফৈ লম ১০০ পাকপবু সনা লুপানা থোং সাদুনা মবিঙা লানমিন্নেএ। স্না লি অমত্তদা থকমিন্নেএ। কবো ক্যাং খমপাৎ নামিন্নেএ। ক্যাং ঙমএ। লানদি তখেল মুংসু, খমশেংসু খমখাইসুং, ইখমসুং ও মা ফায়এ। পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগী মনাই, লাকব্রান পেরে খোংবগা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মনাই শেক্তা পুংয়ৈবগা সিন্নেএ। মৈতৈগী মহৌরাংবী সুম্বাগা কবোগী চাপাক তে তে কৌবগা লম য়েন্নেএ। পোংগী লমদি হৈনৌ খোনেম্বগী মখৈনে মৈতৈগী লমদি মুংখোং মুংব্রাইগী মখৈনে। নোংপোক লমদা লোইচারিগী মখৈ, মখা লমদি মিয়াতোং কৌবা চীং হৈনৌ খোঙনেম্বানা পোকপগী মখৈ, খারি লৈবাক অয়াম্বা পুন্না খাইরমএ। শোমশোক য়িম্মাঙদি পোংগী লমনে। য়ুমনিঙদি মৈতৈগী লমনে* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ১৯,২০)।

মৈদিংঙু ক্যাম্বনা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বাগা মীচং ওইদুনা কবো ক্যাং লান্দুনা কবো ক্যাং মাইথিবা পীখিবা অমসুং পোং নিংথৌগা

লম য়েন্নবা অসিনা ক্যাম্বগী মতমদা য়ুমথংনবা লৈবাক পোংগা শাগৎনখিবা মরুপ মপাং অমসুং লৈঙাক্লোনগী ওইবা অচেৎপা মরী অদু উৎলি। নিংথৌ অসিগী মতমদা মণিপুরগী ঙমখৈ অসি হৈনৌ খোংনেম্বী য়ৌরম্মী হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি। মসিদা হৈনৌ খোংনেম্বী হায়বসি হৌজিক্কী ম্যানমার (বর্ম্মা) গী মনুংদা লৈবা লম অমনি। মসি কদাইব্রাইদা লৈবনো হায়বগী মতাংদা ***গম্ভীরসিংহ নোংগব***দা অসুম্না থারি-

> *শেনবী অঙোচিঙবু কাননা চোং ইংথি লাইজা ইয়াপাক মোনফু নেৎচৎ য়াল চানদা হিদেল য়ৌ ইংথি লাইজা ঈচিল্লোঙবু কৈনা তুপ লাহাল নোং ইয়ু লাইরেল মৈতেঙগু শেনবি কিয়ামবগা পোং নিংথৌ খেখোমবগা নিংথৌ অনীমানা তাউজিঙ হয়নৌ খোঙনেম্বীগি হয়রাঙ হয়খোঙ খাদা সনা লীফক থান ফমফম্লগা ... /* (মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, ১৯৯৬ : ২৩)।

ইরম্লিবা অসিগী মতুং ইন্নদি হৈনৌ খোংনেম্বী হায়বসি নীংথি তুরেল মরিল ইন্না চৎথ্রগা চানদা হিদেন য়ৌরগা নীংথি তুরেলগী ঈরোং অদু তুবৎ শম্না লাল্লগা লৈবা মফমনি হায়বদু উৎলি। মসিগী মতাংদা কেপ্টেন পেম্বরতনগী ***ইষ্টর্ন ফ্রন্টিয়র ওব ব্রিটিশ ইন্দিয়া***দসু অসুম্না ইরি-

> *A tract of country was then made over to the Rajah of Muneepoor by the king of Pong, extending east to the Naojeerce. a range of hills running between the moo and kyendwen rivers, which was then established as the boundary between the two-countries. south, the limit extended to the Muyatoung or Muya hills and north, to a very celebrated mangoe tree near Moongkhum, between the Noajeeree hills and Kyendwen river.* (Pemberton, R.B 1835 : 118).

ৱাফমসিনা ক্যাম্বগী মতমদা মণিপুরগী ঙমখৈ অসি মথক্তা হায়রিবা লম অসি য়ৌনা শন্দোক্লম্মী হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলি। *মৈদিংগু ক্যাম্বগী*

*হাক্তক্তা ৱাংখৈরাকপা অমসুং য়াইস্কুল লাকপা অনী অসি লাইফম পানা ওইহনখি হায়না ফমলোন* দা *ইরি* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৭ ঃ ৫)। অদুগা *চৈথারোল কুম্বাবা* দসু *খুরাই ৱোম্বগী কুম শক ১৪০৯ দা অহল্লুপ লোয়শঙ্ লিংএ। ইৱাংবমচা নানবা সরাবনা নহারুপ লাকপা হৌএ।* হায়না ইরি। মসিনা তাকপদি মমাংগী নিংথৌশিংগী মতমদা পানা খায়দোকপা হৌরম্লবসু লোয়শঙ্ লীংদুনা পানা লাকপা হায়বা ফম অসি হাপ্পা হৌখিবদি ক্যাম্বগী মতমদনি হায়বদু উৎলি।

নিংথৌ ক্যাম্বগী মতমদা হৌদোক্লম্বা য়াম্না শীংথানিঙাই ওইবা অমদি চৈথাবা হায়বা থৌরমসিনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোংবা *চৈথারোল কুম্বাবা* দদি *শক ১৪০৭ দা হিয়াংলোইনা চৈথাবা হৌএ।* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ২০)। অদুবু মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বদগী হৌবা মীতৈ ময়েক্লা ইবা কুম্বাবদদি চৈথাবা হৌবসি ১৪০৬ দনি হায়না ইরি। অদুগা অমুক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোংবা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র অনীনা খোমজিন্দুনা লেংথোকপা ***চৈথারোল কুম্বাবা*** অসিগী মনীংদা পীরিবা চৈথাবশিংগী মিং পরেং অসিদসু হিয়াংলোইনা চৈথাবসি শক ১৪০৬ দনি হায়না অমুক পীরি। অসুম্না চৈথাবগী চহীসি অমমম্ খেনন্না ইরকপনা শক ১৫৫৬ দগীদি মান্নরে। অমবু ওইরে অমবু ওইরে ক্যাম্বগী মতমদা হিয়াংলোইনা চৈথাবা হৌখি হায়বসিমদি খেন্নবা লৈত্রে। অসুম্না চহীদা খেন্নবা খরা লৈজরবসু চৈথাবা হায়রিবা ঙসি থোইদোক্লা শীংথানরিবা অসি ক্যাম্বগী মতমদা হৌদোকখিবনি লোয়ননা মওং চুম্না থাবানগা কোন্ননা পুৱারীগী থৌদোকপু পুৱারীগী রেকোর্দ অমা ওইবগী মওংদা ইশিল্লম্বসি নিংথৌসিগী মতমদগীনি হায়বসিদি য়েৎননিংঙাই ওইদ্রে। ***চৈথারোল কুম্বাবা*** দা মতাং অমদা অসুম্না ইরি-

> *সেকমাই লালগী কুম শক ১৮১৯ লাংবন ২৬ নি ইমশকৈশাদা বোর সাহেপনা গারোংতা ফমদুনা পণ্ডিৎ কৌশিনদুনা চৈথারোল কুম্বাবা অসিবু নিংথৌ কনানা লিংলম্বনো হংএ। ক্যায়াম্বদগী ইরমএ হৌবদি পাখংবদগী*

*হৌরমএ, খুমএ।* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র ১৯৮৯ ঃ ৫২৮)।

মথক্কী ৱাফমসিনা *চৈথরোল কুম্বাবা* অসি পাখংবগী মতমদগী চিনবুংদা ওরেল ত্রেদিসন ওইনা লৈরম্বদু মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদগীদি মওং মরিল তানা রেকোর্দ তৌশিনবা হৌখি হায়বদু খুদম অমা তশেং তশেংনা পীরি।

নিংথৌ ক্যাম্বগী মতমসি লৈবাক মনুংগী ওইবা ৱায়েল থৌদাদা শেমগৎ শাগৎপগী থবক কয়া পায়খৎলম্মী। চীংগী লমদম কয়াসু শেমগৎ শাগৎলম্মী লোয়ননা ঙমখৈদা লৈবা চীংমী কয়াগা অফবা মরী থম্নদুনা মপান লমগী য়েক্লবশিংনা লান্দাশিল্লক্তনবা মীৎকুপ নাহুম শিংনা লৈনবা থৌরাং কয়াসু পায়খৎলম্মী হায়বদু উৎলি। মসিগী ময়েক লাবা খুদম অমদি খোইবুদা য়ুংলম্বা নূংদা লাইরিক ময়েক ইরম্বা, ইপিগ্রাফিকেল রেকোর্দশিং অসিনা ওইরি -

## খোইবুগী লাইরিক ময়েক ইবা নূংশিং

### অহানবা ইন্সক্রিপসন

॥ শ্রিঁ লাইনিংথৌ ॥ কিয়ামবাগী য়াথংনে ॥
॥ মথংসোই লাইসেমবা ॥ লাইরেমাগী
॥ সরুংনে ॥ ৱারা কোনথৌবানা কোললমবা
লাইনে ॥
॥ মথংসোইনা লাইসেম্‌লম্‌মে ॥ নুং থাং থারম্‌মে ॥
॥ থেল্‌পুং সেম্‌মে ॥ লাই অহুম্‌না তিল্‌না থেল্‌নে ॥
॥ ঘোইবু পলতা নোংপোক থোংলেল্‌ ঙাক্‌বানে ॥
॥ ঘোইবু মারিং পলতা সালাই য়েল্‌বা পিবানে ॥
॥ সলফা লাইফা ॥ মিফা মিবুল তৌপা য়াতে ॥
॥ কিয়াম্‌বানা লাৎলম্‌বা লাইনে ॥

(মথক্তা ইরিবা অসি মীতৈ ময়েক্না ইরম্বদগী বঙ্গলা ময়েকতা মশাগী ফিভম কায়দনা শিন্দোকপনি)।

## শন্নপ্লা ব্রা মচংদি

শ্রী লাইনিংথৌ ক্যাম্বগী য়াথংনি মথংশোই লৈশেম্বা লাইরেম্মগী শুরুং নে, উরা কোষ্টৌবনা লাৎলম্বা লাইনে। মথংশোইনা লৈশেমলম্মে, নূং থাং থারম্মে থেলপূং শেম্মে, লাই অহুম্না তিন্না থেলনে, খোইবু পলদি নোংপোক থোংলেন ঙাকপনি খোইবু মরিং পলদি সলাই য়েনবা পীবানে মিফা-মিপুন তৌবা য়াদে কিয়াম্বনা লাৎলম্বা লাইনে।

## অনীশুবা ইন্সক্রিপসন

লাইনিংথৌ কিয়াম্পাকি
য়াথংনে ॥ চিংথৌ খাকেম্বগি
য়াথংনে ॥ খোইবু পল্তি লাই
সঙবানে ॥ সল্ফা নাইফা মিফা
মিপুল্ তৌফারোইএ ॥ চিংথৌ
পাইখোমবানা নুঙ য়ুংলম্মে
ব্রুয়ুং থারম্মে ॥ য়িম্নাম
ব্রোমব্রাহা করু থিআকোনা
থমলমমে॥ লাইনিংথৌ মায়াং
ঙমবাকি য়াথংনে॥ খোইবু
মরিং পলতি লাইসেম্বানে
আয়ইবা আপুলবা আফাবা তৌ
নাফারোইএ॥ চোইনা পানা থা
বক সোইফারোইয়ে
সরু জৎকিয়ামবানা লাৎলমবা
লাইনে ॥

(মথক্তা ইরিবসিসু মীতৈ ময়েক্তা ইরম্বদগী বঙ্গলা ময়েক্তা মশাগী ফিভমদু কায়দনা ইবনি)

খোইবুগী অনীশুবা নূংদা লাইরিক ময়েক ইরম্বা অসিনা অমুক্কসু ময়েক শেংনা তাকলি মদুদি নিংথৌ ক্যাম্বা অমসুং খাগেম্বগী মতমদা খোইবু মরিং পল অসি য়াম্না মরুওইবা মফম্নি হায়না শেমগৎ শাগৎপগা লোয়ননা চেকশিন্না ঙাকশেলন্মী। মণিপুরগী থায়নগী চীংলম্বীশিংগী মনুংদা নোংপোক মাইকৈদগী মণিপুরদা চংলক্লবগী য়াম্না মরুওইবা চীংলম্বী অমনি। অদুনা, মরুওইবা থোঙলেনশিংগী মনুংদা খোইবু পল অসিবু অমা ওইরন্মী। হায়রিবা মফম অসিদা খুন্দারিবা মরিং হায়বা ফূরুপ অসিবু মফমসিদা ঙাকশেন্দুনা থল্লন্মী। শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কয়া তৌরন্মী। খোইবু পলগী মফমসি কনাগুম্বা অমত্তনা লান্দাদুনা মীফা মীপুন তৌবা য়ারোই, মীশিং হত্তুহনবা য়ারোই হায়না ইন্সক্রিপসন অসিদা খঙহল্লি। নোংপোক হারমদগী য়েক্লবনা চংলকপসি নোংপোকথংবা মায়কৈগী মরু ওইবা চীং লম্বী অমা ওইরিবা খোইবু পল ফাওদুনা লাকফম থোকপনা মফমসিগী মীওইশিং মীশিং য়াম্না অমসুং পাঙ্গল লৈবা তঙাই ফদবা ওইরন্মী। লোয়ননা শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরম কয়া পাংথোক্লুনা নিংথৌগী অচানবা কাংলূপ অমা ওইনা খোইবু মরিংশিংসি থম্বগী তঙাই ফদবসু লৈরম্মী। মরম অসিগীদমক ক্যাম্বা, খাগেম্বা, পাইখোম্বনচিংনা নিংথৌ কয়াগী হাক্তক্তা পল লীংদুনা, লানবন শাদুনা , উ-ব্রা থাদুনা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কয়া তৌরম্মী হায়বসি মথক্কী লাইরিক ময়েক ইবা নূং অনী অসিদা হায়রিবা- *নূং থাং থারমমে, থেল পূং শেম্মে ...* (অহানবা ইনসক্রিপসন) ... । *নূং য়ুংলমমে উয়ুং থারম্মে ...* ( অনীশুবা ইনসক্রিপসন) অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি। ব্রাফমশিং অসিনা লৈঙাকলোনগী অকুপ্পা পোরম, ঙমখৈ ময়াদা লৈবা কাংলূপশিং মপাঙ্গল কলহনবা লৌবাক নিংথৌদা নুংশিনা চান্না খনবগী ব্রাখল পোকহনবগী তঙাই ফদবশিং অদু মতমদুগী নিংথৌশিংনা মুন্না খঙলম্মী হায়বদু উৎলি। নোংপোক থোঙলেনসিদা লৈরিবা কাঙবুশিং অদু খুঞ্জাও-লৈচাওদুনা

লৈবা হায়বসি য়াম্না তঙাই ফদবা হায়বদু ওই। মরমসিনা হায়রিবা নিংথৌশিং-ক্যাম্বা, খাগেম্বা, পাইখোম্বা অসিনচিংবা মফমসিদা কনাগুম্বা অমত্তনা লান্দাদুনা মীফা মীপুন তৌবা, মীশিং হত্থহনবা য়াদনবা থবক থৌরম কয়া পাংথোকলম্মী হায়বদু নূংদা ইরিবা লাইরিক ময়েকশিং অসিনা উৎলি। অসুম্না লাইরিক ময়েক ইবা নূংশিং তরাউ, হাউচোংপল, অসিনচিংবদসু থেংনৈ।

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা য়ুমথংনবা লৈবাক পোংগা অচেৎপা মরুপ-মপাং ওইনা চান্ন-চিন্নবগী ৱাফম কয়া পুৱারীদা থেংনৈ। লৈবাক মরা তপ্পা লৈবদা য়ুমথংনবা লৈবাক্কা অফবা মরী থম্বা হায়বসি লৈঙাকলোনগী কাঙলোনগী মনুংদা খ্বাইদগী মরুওইবা অমনি। নিংথৌ ক্যাম্বা অমসুং পোং নিংথৌ অনীগী চান্ন-চিন্নবা য়াম্না নুংশিনা লৈনরম্বা মরী অদুগী মতাংদা ***চৈথারোল কুম্বাবা***দা অসুম্না ইরি-

> *শকব্দ ১৩৯২ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা কবো ক্যাং ঙমগে হায়দুনা খারি চিংখোংদা শন্দং অমা ঈরাৎলে। কবো ক্যাং ঙমমে। মৈদিংঙু ক্যাম্বনা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বাগা লান লোয়ননা ইংথি মফৈ লম চামা পাকপবু সনা লুপানা থোং শাদুনা মবিঙা লানমিন্নৈএ। ম্না লিফক মথক্তা ম্না ভাংবন থানা ফম্মিন্নৈএ। ম্নরুক অমত্তদা হামিন্নৈএ। ম্নাগী লি অমত্তদা থকমিন্নৈএ। কবো ক্যাং খমপাৎ নামিন্নৈএ।... মশু মপু চহি হংনৈয়ে। পোং নিংথৌদি চহি ৪৭ শুরে। ফম্বানদি চহি ৩০ শুরে হায়এ। মৈদিংঙু ক্যাম্বদি চহি ২৭ শুরে। ফম্বানদা চহি ৩ শুরে। অসুম হায়নদুনা মাগী মাগী লৈবাক্তা লাকলে।* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ১৯, ২০)।

নিংথৌ ক্যাম্বগী মতমসি মণিপুরগী লৈঙাকলোনগী মতাংদা য়াম্না খুমাং চাওসিনবা মতমনি। মমাংগী নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা পানা হায়বসি লীংখৎলম্লবসু নিংথৌ অসিগী মতমদা পানাগী লোয়শঙ্ তোঙান্না লীংদুনা হেন্না মওং-মরীন তাবা মওংদা শেমগৎলম্মী। মসিগী মতাংদা ***চৈথারোল***

***কুম্মাবা***দা অসুম্না ইরি-

> *খুরাই রোম্বগী কুম শক ১৪০৯ দা অহল্লুপ লোয়শঙ লিংএ। থাংয়ি লমলৈ য়াংবনা অহল্লুপ লাকপা হৌএ। নহারুপ লোয়শঙ লিংএ। ইরাংবমচা নানবা শরাবনা নাহারুপ লাকপা হৌএ।* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ২০)।

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা হৌদোক্লম্বা য়াম্না মরু ওইবা অমনা ময়ামগী লল্লোন ইতিক্কি ময়োল ওইরিবা খ্বাইরুম্বন্দ কৈথেলদা চৎনগদবা চৎন-কাঙলোনশিং য়াৎতুনা থল্লমবা অসিনী। মসিগী মতাংদা ***লোয়ন সিনলোন***দা অসুম্না ইরি-

> *মৈদিংঙু নিংথৌরেল সনা হাকথক্তা পোং নিংথৌ খিখোম্বগা মৈদিংঙুগা অনিমানা কাঙপোকপি (হৌজিক্তা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটি ওফিস লৈরিবা অরিবা কোনুং কংলাগী নোংচুপথংবা থাঙ্গপাৎকী রাংমদা লৈরিবা মফম) খোংনাংবু অরাং কৈথেন লাইতিনকোনদা পুথোক্তুনা থময়ে। খা রাং কৈথেল অনিমাগী রাবু অমরক হায়রক্কে। কৈথেল ৩ মককী মমিং ৩ বু ২ মক্কী মনুংদা লৈয়ে। অসি লৈবনা কৈথেল মনুংদা মী কনাগুম্বা অয়ত্তনা খোংউপ উপ্পা ফিরুক খুম্বা পে খাননা ফিদা পুবা থাঙ, টা শুবা উতুপ খেঙ্গু শুবা অসি খৈবিক অসি তৌহৈদে। ফৈদানা য়েংদুনা পাম্লেয়ে। অমদি মী কনামত্তনা মপোৎ মচৈ মাঙবা তাহৌবা পোৎপু পাক খুম্না লৌফদে। মী ২,৪,৫ শুনা খঙহল্লবগা ফৈদাদা তাক্কনি। ফৈদানা রায়েন খঙনা তৌগনি। য়ানদ্রবদি লাকথোংদা রায়েন তৌগনি। অতৈদদি তৌফদে খংও। অদুগা কৈথেনদা মিফা মিপুনহৈদে। পোৎখোম চৈখোমফদে অদুম তৌরবা মীদি নিংথৌগী ঈরাৎ থৌনি তৌনৈয়ে। মপোৎ মচৈ মাঙজয়ে* (ওইনাম ভোগেশ্বর ১৯৮৭ ঃ ৪০)।

মথক্কী রাফমশিং অসিনা ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা লৈবাক রায়েল থৌদাগী অকুপ্পা কাংলোন কয়া পুথোকলম্মী হায়বসি উৎলি। মীয়াম

পূম্নমক তিনফম ওইহরিবা কৈথেল হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মফমসিদা ইরাং থোকপা ৱাথোক লানথোকপা অমত্তা তৌবা য়ারোই মরমদি মফমসিদা থোকপা থৌদোক্তি মাইকৈ শীনবা থুংনা শন্দোকলি। মহৌশানা কৈথেল হায়বসিমক্তবু লৈপাক্কী কাচিন কোয়া কয়াদগী লাকপা মীওইশিংনা পুনবা মফম ওইগল্লি। অসিগুম্বা মফম অসিদা খূজু খূৎলাই, মী শিবা শোকপা য়াবা থাঙ-টা, উতুপ, থেঙ্গুনচিংবা পুবদা অথিংবা থমলম্মী। মশক লোৎতুনা ফিরুক খুমদুনা কৈথেল মনুংদা চংবা য়াদবা, পে খন্দুনা চৎপা য়াদে। হুরান চিঙ্খিদগী থিংনবা অকনবা চৎন-পথাপ কয়া থমলম্মী। কনাগুম্বা অমগী মপোৎ মচৈ তাহৌবদা কনাগুম্বা অমনা খুন্দুনা লৌবা য়ারমদে। তারল্লিবা পোৎতু অহানবদা মীয়ামদা পোৎ চৈসিমা তারম্মে হায়না তাক্লগা মদু ফৈদাদা শিন্নগনি। অদুগা ফৈদানা পোৎশক চৈশক্তু কনাগীনো, কনানা ফংফম থোকই হায়বনচিংবদু ৱায়েল তৌই। ফৈদাগী ৱায়েলদুদা পেন্নদ্রবদি কংলা কোনুং মনুংগী লাকথোংদা অমুক ৱায়েল তৌরম্মী। অসুম্না ক্যাম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা লৈবাক ৱায়েল থৌদাগী মতাংদা চৎন-কাঙলোন কয়া পুথোকলম্মী।

চৈথারোল কুম্ববদা ফংবা রেকোর্দশিং অমদি অরিবা খূৎই লাইরিকশিংদা থেংনবশিংগী মতুং ইন্না হায়রুরবদি মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতুংদা লৈবাক ৱায়েল থৌদাদা মশক নাইবা অনৌবা চৎন-কাঙলোন কয়া অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা পুথোকলম্মী। নিংথৌসিগী হাক্তক্তা মায়কৈ খুদিংমক্তা খুমাং চাওশিনবা ওইরম্মী। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা নিংথৌবু লাইগী মতীক-ময়ায় চেল্লি হায়বা মীৎয়েং অসি চেৎশিন্না থাজনবা হোৎনরম্মী। মসিগী মতাংদা *চৈথারোল কুম্বাবা*দা অসুম্না ইরি-

*থোংবম মংশাগী কুম শক ১৫৩০ দা পুরুম খোমএ। ... মৈদিংঙু খাগেম্ববু লাইয়িংথৌ কৌবসুং অদুঙৈ হৌএ। খুরুমলবা খৈবিকপু লন কুচৈয়ে।* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ : ৩৪)।

***সাকোক লমলেন*** হায়রিবা অরিবা খুৎই লাইরিক খাগেম্বা নিংথৌগী মতমগী ৱাফম কয়া পন্দুনা ইরিবা অসিদা মৈদিংঙু পাখংবা অসি লাইগী মতীক-ময়ায় হেন্না পীশিনবা, লাইনি হায়বগী ৱাখল্লোন ফোঙ্দোকপগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

> *সাকৈ সললাই ৭ না নুমিৎ চৈৱোন ৭ মা থা ১২ মা থৱানপিচা ২৭ মা পুং খেন মিকুপ নাহুম পাননি সারিপা খৈপিকপু সিনথোং ঙমনা য়াৎপিরদুনা সেমবিরে। অসুমনা সেমবিরবগা লাইনিংথৌ অপানবদা মমিং ক সনা পাখংবা কৌনা, মীসুং লাইসুং ৱোইনা লৈবাক্কি মপু ফম্বালকি চাকচা চানা লোইরেল লোকতা য়াকারারে। অসাই লাকপা লাই অনিমদি লাই অমনা য়াবিরোক কৌনা পাখংবগী মমা ওইনা লৈরে। অসিপাদি তাওরোইনাই শারদুনা লৈপাক পুদুনা মমৈবু ময়ানা চিকতুনা কোইনা লৈরে। অদুকা পাখংবনা ফমবাল ওইনারে। মফমদি কংলানে। অদুগী কংলাগী মেন মখাবু লৈরোনসুং নোংলোনসুং ৭ খননা খোং ৭ সেমনা ফাৎলিবনে। খোংলম ৭ মাদা কোননা চেললিয়ে হায়বগী কোননুং কৌএ। ... অপানবা পাখংবনা মুৱাপাললি লৈপাক্তা থৱায় অয়ামববু লানবিগে হায়বগী মীগি মপোক লৌনা অতিয়া সিদবানা লাইম্না সাদনা মৈতৈ লৈপাকতা নিংথৌ ওইদুনা। লৈনুং য়াবিরোকনা নোংদা লাইরেন পাখংবা পোকএ। ফম্বালদা চহি ১২০ পাল্লমএ।* (সাকোক লমলেন)।

মথক্তা পীরল্লিবা ৱাফমসিগী মতুং ইন্না ***চৈথারোল কুম্বাবা***দা য়াওরিবা অহানবা নিংথৌ মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা অসি লাই ওইনা থারি। ***সাকোক লমলেন*** দা *লাইনিংথৌ অপানবা থৱাই অপুম্ববু লানবিরগে হায়বগী মীগী মপোক লৌদুনা অতিয়া সিদবনা লাইম্না সাদুনা মৈতৈ লৈপাকতা নিংথৌ ওইদুনা লৈনুং য়াবিরোকনা নোংদা লাইরেন পাখংবা পোকএ। ফম্বালদা চহি ১২০ পাল্লমএ।* (সাকোক লমলেন)। হায়না ইরিবা অসিমক্কা পোলিটিকেল সাইন্সতা য়াওরিবা **থিওরি ওফ দ ওরিজিন এন্ড নেচর ওব দ ষ্টেট** কী **''দ দিবাইন রাইট থিওরি''** দু ময়েক শেংনা উৎলি। ***সাকোক লমলেন*** হায়রিবা লাইরিক অসিমক

খাগেম্বগী মতমগী ৱাফমনা মপূং ওইনা ইবনা লাইরিকসি খাগেম্বা মতমগীনি হায়না লৌনরি। লাইরিকসিনা নিংথৌজা সলাইগী অহানবা নিংথৌ পাখংববু লৈশেমঙৌ পাখংবগা মান্নবা লৌনবা মওংদা ইরিবা অসিমক্না **"দিবাইন রাইট থিওরিবু"** হেন্না ময়েক শেংহল্লি। পোলিটিকেল সাইন্সকী লাইরিক্তা থিওরি অসিগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

> *The oldest theory regarding the origin of the states is the theory of divinse right. It attributes the origin of the state to the will of God. The early Jewish theocracy was founded upon this notion. Another view is that the state is founded by God but governed indirectly by Him through kings who act as the viceregents of God on earth. There are four implications of the theory: (a) Monarchy is a divinely ordained institution(b)Succession to the throne is regulated by the law of primoginature (c) Kings and rulers are accountable to God alone and not to any earthly authority (d) Non-resistance and passive obedience are duties enjoined by God upon the people* (Sibnath Chakaravarty, 1964 : 38).

থিওরি অসিদা হায়রিবা নিংথৌ হায়বসি লাইগী মহুৎ শিনবনি (viceregent) হায়বসিগী চৎন-থাজনবীসি অঙনবা মতমগী লৈঙাক কাঙলোম্দসু মরাং কায়না য়াওরি। অদুগা মথক্তা পল্লিবা ৱাফম মরি- "*monarchy is a divinely ordained institution*" হায়বসিমক্কী খুদম কয়া অরিবা খূৎই লাইরিক ***পাখংবা ফম্বাল, পাখংবা নোংগারোল, থিরেল মৈরম লীবা*** অসিনচিংবদা ময়েক শেংনা উবা ফংই। নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতাংদা ***পাখংবা নোংগারোল***দা অসুম্না থারি-

> *খোইয়ম্ নাপা য়েং॥ চিংথু নাওম্ খন্না ॥ ৱাকমানা লাইরি থিনা তেংথাবককে॥ নয়ু তুপি য়োইনোংতা॥ নোংতা লাইরেল্ পাখংপাতি॥ খোইয়ম মতে হৈপা॥ ৱাংপল মরোল য়ামপা॥ মরোং লিসিং রোনপা॥*

*থাগুলেন হাইকুপ চেনকুম্পা॥ খোইয়ম ॥ লেংনা তিনপা পুমনামানা॥ চিংগু নাতিক্ খগুতাপা॥ খোইয়ম লাই পুম্নমা লয়রোল নোংলোন ও মাকি মপুংঙো নহাককী খোইয়ম ব্রাকয়ে নহিরম॥ তোংচেং খমনৌ নচৈখুন্॥ কমপোং নাকা য়ামপা য়াইখঙ নসানম্ ব্রোনথোক্পা॥ তপত্তা সনা নঙৈথোম নিঙথিপাপু খিচিকতা তেংথারককে॥ চীংগু নঙনা তাইপঙপানপা অসিপু॥ সানসেন মতোল্ লোম্লাপাকা॥ তাউতনপা মহুমনুং॥ অঙানবা ময়িম্নাকতা॥ খোইয়ম নথন্নানা॥ তেখংখিরাপাতা॥ তাইপঙ নমু পোংপু ব্রোইনা॥ সানব্রোনলক্কে হায়পাকি॥ নুমিৎসনা মহুমনুংকি লাইরেন তাওরোইনাই সিতাপকী॥ য়ারেন খোংচিনুংতা॥ লিকলাই পুমতারক্কুম॥ চেংলৌ মিংপু লংনা॥ উমথারকএ॥ লয়নুং চাখা খোংচোননুপী॥ মালেম তমপাক লৈমরেননা॥ ফৈরা তানতা থোংনা য়াঙমএ॥ খুনুং লোনচা চনু॥ লয়নুং য়াপিরোকনা॥ চেংলৈ অব্রাংকোন ব্রাংকোন তমপাক্ লয়নামুংতা নাউনৌপাপু॥ খোইয়ম চেংলৌ শকপানথোং॥ পুনুং লেপপানথোংপু॥ সানখঙতে॥ খোইয়ম লমপু মপা॥ চিংগু তুপু মপা লমলৈমা লমনিংথৌব্রো॥ য়োইনাপাতি নমু কনা হায়ঙমতে॥ চিংগু নোংতমপা মপুরেন॥ থোইখোইপা নঙনা॥ কংলৈ লৈময়োন॥ খোইয়ম লেংনা তিনপা পুমনামানা॥ য়োইনফম তুপি নয়ানুং॥ লাইরেন নকোনফমতা॥ খুনপি নোংলৈসংনা য়ুমব্রোইননা॥ নোংতা সনা নয়িমনুংকি॥ তাইপঙ নমু পোংপুক চঙতানা নমু পোংপু ব্রোইনা সানফোঙলাকে হায়পাকি নোংলিকলাই অহেনপা নঙনা খোইয়ম য়াব্রা নখোনচেল খোনচল সৈঙনপাপু॥ য়াব্রা খোনচেল ঙং॥ চেংলৌ মিংপু লাংনা॥ নমু পোংপু ওইনা সানওনলাকলে হায়পাকি মীরা পোংথোকলম ও থোনলমএ।* (নোংথোনবমচা অঙৌ, ১৯৮৩ : ৫,৬)।

নিংথৌ অমসুং লৈবাক্কী অঙস্মা ফম্নাইবা, ব্রায়েল থৌদাগী চুপলি পায়রিবশিংবু লাইমক্কা মান্ননা নীংবা, লাইগী মহুৎ শীনবনি হায়না থাজনবগী ব্রাফমশিং অদু ***ফমলোন*** দা খুনফাংথৌ মপানগা উমংলাই মাপনগগী লাইপা পীরিবা অসিনা উৎলি-

*খুরায় লাকপদি লাইয়িংথৌ হনবনে, ব্রাংখৈলাকপদি মোংবাহনবনে॥ নোংথোনবদি খমলাংবনে॥ পুখ্রনবদি চাখাবনে॥ খাইরাকপদি নাওকম্নে॥*

*য়াইস্কুল লাকপদি মুবা নিংথৌনে॥ অহল্লুপ লাকপদি লুবাং পুনসিবনে॥ হিয়াংলোই হল্লবদি মারজিংনে॥ চোঙখানবা হনজবদি কৌবরেন্নে॥ মাপলমা অসিনে॥ খুনফাংথৌ মাপনমাগী মকোকনে॥* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৭ ঃ ২)।

নিংথৌগী য়াথং ইনগদবনি, লাইমক্কী য়াথংনি খনগদবনি অমদি নিংথৌ সনা য়াথং লৈবাক তাহৈদে, হায়বনচিংবগী মতাং ***লোইয়ুম্বা শিনয়েন*** অমসুং ***লোইন শিনলোন*** নচিংবদা য়াওরি। হায়রিবা পুম্নমক অসি য়েংলুরগদি মথক্তা **দিবাইন রাইট থিওরিগী** মচং ওইবা ৱাফম মরি-

(a) Monarchy is a divine ordained institution,

(b) Succession to the throne is regulated by the law of primogeniture,

(c) Kings and rulers are acountable to God alone and not to earthly authority.

(d) Non resistance and passive obidience are duties enjoined by God upon the people.

অসিনচিংবসি অঙনবা মতমগী লৈঙাকলোন্দা নীংথিনা য়াওরি।

নিংথৌবু লাইগী মতীক-ময়ায় পীশিনবা, লাইগী মঙল চেল্লি থাজনবী অসি হান্না লৈজরম্লবসু মৈদিংগু খাগেম্বগী মতমদদি য়াম্মা হেন্না চেৎশিনহনখি হায়বসি নিংথৌসিগী হাক্তক্তা সনামহী অমসুং পাখংবগী মফম মীতৈ লাইনীংদা হেন্না চাওনা কনশিল্লকপা অসিনা উৎলি। মসিগী খুদমদি ***সনামহি লাইহুই, খাগেম্বা লাংজৈ*** অমসুং ***সাকোক্ লমলেন*** অসিনচিংবনা ওইরি।

***খাগেম্বা লাঙজৈ*** অমসুং ***সনামহি লাইহুই***দা লাইনিংথৌ সনামহীনা সাইওন্দুনা খাগেম্বগী মচা ওইনা পোকলবগী ৱাফম য়াওরী। নিংথৌসিনা

ৱাঙ্গোইদা সনামহীগী সঙ্গায় লাইয়ুম শাদুনা শেঞ্জেংনা সনামহী শক্তম হৈদুনা লাৎপগী মতাংদা ***খাগেম্বা লাংজে***দা অসুম্না ইরি-

*মৈদিংঙু খাগেম্বনা মপারীগী চেংলৌ শকপানথোংবু উরবদা ইনুং শরা ঙাল্লবগা পোইরে খুৎহৈবশিংবু পুদুনা লমলেন ৱাঙ্গোই মকাইফমদা মপারীগীদমকপু ফুরা লাইয়িম শাহললে। ফুরা লাইয়িম শারবগা পোইরে সনা লৈবাককী সেনজবা অমুদোনবু কৌদুনা মপারীগী চেংলৌ শকপানথোংবু মালেম লায়রুম তৌ খোইরু মিতম লাকহন্না ফাইরেন থাজগী থানিন নোংজাদা পোইরে নাইচা হুপ্না চীংঙু তাইবং খায়ববু ৱাঙ্গোই মকাইফমদা পুথদুনা ফুরা লাইয়িমনুংদা থমনা ইরাং পুরুমলে* (ওইনাম ভোগেশ্বর, ১৯৬৭ ঃ ১১৮, খ)।

খাগেম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা মরুওইবা মফমশিংদা কৈথেন কয়া লীংখৎলম্মী। মসিগী মতাংদা ***চৈথারোল কুম্বাবা***দা অসুম্না ইরি-

*মৈদিংঙু খাগেম্বনা কৈথেন ১০ মা হোঙএ। সনা কৈথেনগী লানমিংদি লাংকোই মরাম্বদি খাগা থাইএ। তাইপোং নিংথৌ চৌকোংদি থক্কা থোন্না অহোং য়ুনৈনৈএ। খা কৈথেনগী লানমিংদি পানবা কৈমুদি খাগা থাইএ। মংকন নিংথৌ সায়িদি থককা থোন্না অহোঙ য়ুনৈনয়ে। ফায়েঙ কৈথেনগী লানমিংদি খারিকিলোৎকমনে। ফায়েঙ কৈথেনগা শেংচানয়ে। চাইরেনদি নামফৌগী নোংমা তানফবনে। কোনতাংকিতি তখেন সিং কাপোননে। অন্দ্রোগী মাৱাওগী থামুংনে। সেক্তাগীদি কাসান নিংথৌ লমসিংপুনে। খোইয়া খুনগীদি তাংখুনগী কারৌরেংনে॥* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ৩৫)।

খাগেম্বগী মতমদা কৈথেন ১০ হোংখি হায়রিবসিমক্তা নিংথৌসিগী মতমদা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা কৈথেল কয়া লীংখৎভুনা চাওখৎ থৌরাংগী থবক কয়া পুরকখি। নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা শঙ লীংখৎখিবগী অমসুং ফম্লাইবা কয়া হাপখিবগী মতাংদা ***ফমলোন***দা অসুম্না ইরি-

*মৈদিংঙু খাগেম্বগী খোঙলুপতি- দোলাইৱোই হঞ্জবদি খাবমনে। লাইফম শঙলেন, খাবম শঙলেন অনীমা লিংএ। শঙখুবা মৱিমাসু লিংখৎলে। লাইৱিক য়েংবা হনজবা ক্ষেত্রি হনজবা অনীমা হাপতুনা লাইফম ইনহনলে। শঙ পুন্নমাসুঙ লিংখৎলে।* (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৭ঃ৫)

নিংথৌসিগী হাক্তক্তা তোঙান-তোঙানবা লোয়শঙ্ কয়া লীংখৎতুনা লৈঙাক ৱায়েল থৌদাদা হেন্না মঙং মৱীন তানবা হোৎনৱম্মী হায়বদু উৎলি। নিংথৌ খাগেম্বগী মতমদা খুন কয়া লিংলম্মী। মসিগী মতাংদা ***চৈথারোল কুম্বাবা*** দা মতাং কয়াদা অসুন্না ইরি-

*চোংথাম তেনবগী কুম শক ১৫৪৯ দা মৱি খুনবিসু কৱোংথেনসুং লমলোংসুং কাংওইনখুন ৪ মা খোমনা ঙাপুৱম লিংএ। ৱাংড়ু লৈতৌদুনা কৈ শাইএ। মোইৱাংথেম সানোইগী কুমদি শক ১৫৩৮ ... থঙৱাইপন লিংএ। ... য়েনখোইবা সাৱাগী কুম শক ১৫৪২ য়িহাৱাই কৈ লিংএ। ... ঙাংঙোম কবোগী কুম শক ১৫৫০ দা ... হাওচোংপনসুং লিংএ। ... য়াইৱিপোকতা খুন তাহনএ। ... য়েনখোইবম মুৱাগী কুম শক ১৫৬৯ ... মৈদিংঙু খাগেম্বনা কোংবা কৈনৌ লিংএ। ...* (লাইৱেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ২, ৩৭, ৪১)।

ৱাফমশিং অসিনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা চীং অমসুং তমগী শৱুকশিংদা খুন লিংদুনা খুনশেম লৈশেম্বগী থবক কয়া পাংথোকলম্মী। নিংথৌসিগী হাক্তক্তা মণিপুৱগী লৈঙাকলোন অমদি ৱায়েল থৌদাদা য়াম্না খুমাং চাওশিনবা মতমনি।

মনিপুৱ লৈঙাক ৱায়েল থৌদাগী পুৱারীদা মৈদিংঙু ক্যাম্বদগী (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) খাগেম্বা ফাওবসি (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) য়াম্না মৱু ওইবা মতমনি। মতম অসিদা লৈপাক ইংনা তপ্পা পান্নবা অকুপ্পা কাঙলোনশিংগা লোয়ননা চৈঙাকশিং, নিংথৌগী অঙম্বশিংগী লোয়শঙ্গী মথৌ, মখোয়গা মীয়ামগগী মৱী, শেল-থুম, লৌচা-পথাপ, অৱাল-অহুইগী চৈৱাক, নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী চৎনৱোল,

লাইনীং-লাইশোলগী চৎন-পথাপ, অকল-অথৌ অমদি লৈপাক্কী লৈনবা মরী অসিনচিংবা কয়া পায়খৎলম্মী।

ক্যাম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা পায়খৎলম্বা য়াম্না মরুওইবদি চীংগী লমদমশিংগী চাওখৎ থৌরাংদা পুক্লিং থিংজিনবা অসিনি। মসিগী খুদমদি খোইবুদা ফংলিবা ইন্সক্রিপসনশিংনা উৎলি। য়ুমথংনবা মপান লৈপাক্কা অফবা মরী থম্নদুনা লৈবাক মরা তপ্নবা হোৎনবগী খোঙথাংশিং কয়াসু পায়খৎলম্মী। মসিগী খুদমদি পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগা অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা কবো ক্যাং লৌসিনমিন্নবা তৌমিন্নবা, য়াম্না নুংশিননা অমদি পুকচেল অমত্তা ওইনা য়ানদুনা মণিপুরগী ঙমখৈ য়াংখিবগী মতাংসিনা ওইরি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদদি লৈবাক ব্রায়েল থৌদাগী লমদা হেন্না খুমাং চাওশিনবা ওইরকখি। লৈবাক ব্রায়েন থৌদাগী মরুওইবা লোয়শঙ কয়া লিংবগা লোইননা খুনশেম-লৈশেমদুনা লম্বী-থোং শেমগৎতুনা চাওখৎ থৌরাংগী ওইবা থবক কয়া পায়খৎলম্মী। থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইবদি য়াম্না সেক্যুলার ওইনা লাইনীং অমসুং কাঙ্লূপকী ব্রাফম থিদনা খুদিংমকপু ঙাক শেন্দুনা লৈবাক ব্রায়েল তৌরম্বসিনি, লান্দা লৈহৌখিবা মুসলিমশিংবু খুন্দা লৈতাহন্দুনা মখোয়গী মফম চাওনা কন্দুনা থমখিবা অসি সেক্যুলার ওইবগী চাওরবা খুদম অমনি। *হৈরাংখোংজম মোনশাংগী কুম শক ১৫২৮ ইবুংঙো শানোংবনচিংদুনা য়াংকোইরোমদা ময়াং লাকএ হায়দুনা চৎএ। লাইনিংথৌ খাগেম্বনা ময়াং ঙমলৌএ। শাচনাংবসু খামলৌএ। শামু ৩০ নোংমৈ ১০০ পাঙন পারা ১০০০ থাঙ শাবা, কোনশাবা, খোরী, শগোন শেনবা, শামুশেনবা অসি খৈবিক লোকলৌএ। পাঙন অচঙবা খৈবিকতি লোয়শঙ অমা লিংলৌএ।* ব্রাফমসিনা ময়েক শেংনা তাকই মুদদি লান্দা লৈহৌবা পাঙলশিংদুফাওবা নীংথিনা খুন্দা লৈতাহন্দুনা মখোয়গী লোয়শঙ্ফাওবা লিংহনখি। মসিমক য়াম্নমক সেক্যুলর ওইবা ময়েক লাবা খুদম অমনি।

নিংথৌ পানবা অঙনবা চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা লৈনরম্বা লৈঙাকলোনগী মশকশিং অদু লমদমসিদসু লৈরকখি হায়বদু মথক্তা নৈনগ্রিবা ৱাফমশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। লৈবাক মরা তপ্না ইংনা পান্নবা অকুপ্পা কাঙ্লোনগা লোয়নবা চৈঙাক, নিংথৌ অমসুং অঙম্বশিংগী মথৌ, মখোয়গা লৈবাক মীয়ামগা লৈনবা মরী, শেল-থুম, শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরমশিং, অরাল-অহুইগী চৈরাকশিং, মীয়ামগী চৎনরোল, লাইনীং-লাইশোনগী চৎন-পথাপ, য়ুমথংনবা অমসুং মপান লৈবাক্কা অফবা মরী থম্মবা হোৎনবা, লৈঙাক ৱায়েল থৌদাদা অচৌ-পীশক, অমাং-অশেং অমসুং লাইনীংগী খেন্নবা থমদবা, অসিনচিংবা কয়া মচল শুনা য়াওরম্বা থেংনৈ।

-

# মতেং লৌখিবশিং

## অরিবা খূৎই লাইরিকশিং

১। *লৈরাপকি ফমলুপ,* কষ্টদিয়ান, নামৈরাকপম ইবোচৌবা, হাওবম মরক, ইম্ফাল।

২। *ফমগী মিঙ্কৌ, কষ্টদিয়ান,* নামৈরাকপম ইবোচৌবা, হাওবম মরক, ইম্ফাল।

৩। *সাকোক লমলেন,* কষ্টদিয়ান, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল।

৪। *সড পান্নবগী মসিল* কষ্টদিয়ান, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল।

৫। *নুমিৎ কাপপা* কষ্টদিয়ান, পাওনম গুনিন্দ্র, কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

## মণিপুরীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

৬। ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), *নিংথৌরোল লম্বুবা,* অহানবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৬৭, (ক)।

৭। নোংথোনবমচা অঙৌ (সম্পা.), *পাখংবা নোংকারোল,* ইম্ফাল, ১৯৮৩।

৮। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা.), *নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা,* অনীশুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৯৫।

৯। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা.), *চৈথারোল কুম্বা,* মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অনীশুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৮৯।

১০। ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), *লোয়ন-শিনলোন,* অনীশুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৮৭।

১১। ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.) *খাগেম্বা লাঙজৈ,* অহানবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৬৭ (খ)।

১২। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা.), *ফমলোন,* অহানবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৮৭।

১৩। খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), মসিল, ইম্ফাল, ১৯৯৭।

১৪। খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), *লোয়য়ম্বা শিনয়েন,* অহানবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৭৫।

১৫। নন্দলাল শর্ম্মা, *মৈত্রবাক,* ইম্ফাল, ১৯৬০।

১৬। খুমল্লম্বম য়াইমা (সম্পা.) *কংলা লৈয়াৎ,* অহানবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৮৭।

১৭। ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (সম্পা.), *থবানথাবা হিরান,* অহমশুবা খূৎনম,

ককচিং, ১৯৯৮।

১৮। মোইরাংথেম চন্দ্রসিং (সম্পা.) *গম্ভিরসিংহ নোংগাব,* অনীশুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৯৬।

## ইংরাজিগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

১৯। N. Ibobi, ***The Manipur Administration,*** (1709-1907), Imphal, 1976.

২০। Pemberton R. Boileau, ***Report on the Eastern Frontier of British India,*** Calcutta, 1835.

২১। Sibnath Chakravarty, ***An Introduction to Politics,*** Calcutta, 1964.

২২। Brown Robert, ***Statistical Account of the Native State of Manipur and the Hill Territory Under Its rule,*** Calcutta, 1874.

২৩। Hodson, ***The Meithies,*** Reprint. B.R. Publishing. Delhi, 1975.

২৪। N. Khelchandra, ***Manipuri to Manipuri English Dictionary*** First Edition, Imphal 1964.

# লাইনীং-লাইশোন

লাইনীং অমসুং মীওইবগী পুন্সি য়েলহৌঙৈদগী তৎন-থানদনা থাগোন্নরক্লি। মী কাঙলূপ অমা য়ুম্লিং-খুল্লিংদুনা লৈরবদি মহৌশানা কাঙ্লূপতুগী ওইবা চৎন থাজনবী লাইনীং-লাইশোন, ঈরাৎ-থৌনি লৈফম থোকই। পুৱারীগী ওইবা রেকের্দশিং, চিনবুঙ্দা চিন্থাং য়ৈনা থংথরকপা চৎন-থাজনবীশিং, পুথাংকোক্তগী পাথাংকোক্তা মথং-মথং থংথরক্লিবা লীচৎ-শাজৎশিং কয়ানা মীতৈ ফরুপ অসিগীসু য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মশাগী ওইবা লাইনীং-লীচৎ, লাইশোন-তীনশোন, ঈরাৎ-থৌনি লৈজরকই হায়বদু উৎলি।

কাঙলূপ খুদিংগী লাইনীং-লীচৎকী পুৱারী পরিং য়েংলুবদা অয়াম্বনা তাঙ্কক অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াবগী মওংশিং থেংনৈ। মদুদি মহে-মশিংগী মঙাল নীংথিনা ফংদ্রিঙৈ চাওখৎপগী মমি নীংথিনা তাদ্রিঙৈ, অঙনবা মতমগী লাইনীং অমসুং হৌজিক্কী মতমগী লাইনীং। শম্না হায়রবদা *প্রিমিটিব রিলিজন* অমদি *মোদর্ন রিলিজন* অসিনি। মসিগী মতাংদা জোহন কোলিন্সকী মমিং লৈরবা ***এন্থ্রোপোলিজি, কলচর, সোসাইটি এন্দ ইভোলুসন*** হায়বা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি-

*Primitive religions differ from those of modern societies in the following ways. First, modern systems of belief have a sense of history, going back as they do to historical figures of an outstanding nature (Budda, Christ). Primitive religions, certainly, have founders, but they are usually lost to memory. Second, there is the fact that most modern religions are world religions. Either because of the migrations of their adherents or active missionizing. Most Primitive faiths are indegenous; they have developed*

*among those people who believe in and practice them. They are "native cults" (Collins 1975 : 417).*

মথক্কী ব্রাফম অসিগী মতুং ইন্না মোদর্ন রিলিজন অসি কনানা করম্বা মতমদা হৌদোকখিবনো, কয়াম কুইরবনো হায়বদু খঙবা ঙমগল্লি। অদুগা প্রিমিটিব রিলিজনশিং অসি কনানা করম্বা মতমদা হৌদোকখিবনো হায়বা ঙমগন্দে। মসিগী খুদমদি খৃষ্টানিটি, ইস্লাম, বৌদ্ব, জৈন অসিনচিংবসি পুব্রারীগী মীওইপোক্তগী অথোইবা লাইপোক ওইবশিংনা হৌদোক্লম্বনি হায়বা ঙম্মী। মখোয়শিং অসি মফম অমদগী অমদা পাক শন্নসু শন্দোকখি। অদুগা প্রিমিটি রিলিজনশিংদি অপিক-অপিকপা কাঙলূপতুগী কল্ট ওইনা লৈগল্লি। মখোয়গী হৌরকফম লৈরবসু অসুক্কী মতীক কুইখিবনা খোঙ্গুল লীরুবদা অকাওবগী ইরোন্নুংদা লুপখিবা ওইগল্লি।

অঙনবা মতমদা ফাওরকখিবা লাইনীংশিং অসি করিগুম্বা মতাং খরদদি ইমান-মান্নবা মশক কয়ামুক থেংনৈ। পেস্কুঅ্যাল জিসবর্টকী মতুং ইন্না প্রিমিটিব সোসাইটিগী লাইনীং অয়াম্বদা তৎন-থানদনা য়েৎশিন্নদুনা য়াওবা মচল খরা লৈনৈ। মদুদি মহৌশাগী পোৎশকশিংবু থব্রায় পাল্লি মতীক-ময়ায় লৈ থাজবা, থব্রায়গী মতীক ময়ায়বু থাজবা, মপা-মপু লাৎপা, হী-য়াইগী মঙলবু থাজবা, লাইব্রা-তীনব্রাবু থাজবা, করিগুম্বা শা-ঙা নৎত্রগা থব্রায় পানবা অমবু অখন্নবা শাগৈ শলাই অমগা হৌদোকমীন্নরকপা তৎন-থানবা য়াদবনি হায়না কিনা-লুনা নিংবা অমসুং মখোয়বু হাৎপা-তুপ্পা তৌদবা অসিনচিংবা।

*Primitive religions is usually intrmingled with such phenomenon is animism, fetishism, superstition and magic. (Gisbert, 1978 : 237).*

হায়রিবা অসিগী মতুং ইন্না এনিমিজম, ফেটিসিজম, সুপরষ্টিসন, মেজিক অসিনচিংবসি তৎন-থানদবা মচল ওইনা অঙনবা মতমগী লাইনীংশিংদা য়াওবগী ব্রাফমশিং ফূরুপ কয়াগী লাইনীংগী পুব্রারীদা থেংনৈ। অঙনবা

মতমগী মীওইশিংদা ফাওরকখিবা লাইনীংগী মশকশিং অঙনবা মতমগী মীতৈ খুন্নাইদসু অদুম্মক ফাওরকখি।

## এনিমিজম ঃ

### থৱায় পানবশিংবু থাজবা অমসুং কিনা লুনা নীংবা

এনিমিজম হায়বা ৱাহৈসি লেটিনগী এনিমা (থৱায়) হায়বা ৱাহৈদগী থৈথরকপনি। ই.বি. টায়লরগী মতুং ইন্না থৱায় অমসুং থৱায়গী মতীক ময়ায়বু থাজবা লাইনীংবু এনিমিজম কৌই। মহাক্কী খঙবা মতুং ইন্না মীওইবনা শিবা অমসুং মঙ-মঙবা হকথেংনরকপদগী মীওইবগী হকচাংদা থৱায় হায়বা অমা লৈ হায়না খনবা হৌরকখি। মসিগী মতাংদা অসুন্না ইরম্মী।

> *Animism as defined by Tylor, is the belief in spirit being ... Tylor saw the origin of animism in the phenomena of death and dream ... Non literate people concluded there were two parts to the individual the bodily self of mortal flesh and the spiritual self, the soul. The soul concept is the universal root of animism* (Hoevel and Weaver, 1979 : 537, 538).

অঙনবা মতমগী লাইনীং-লীচৎ অয়াম্বদা থৱায় অমসুং থৱায়গী মতীক ময়ায়বু থাজবা কিনা- লুনা নীংবগী চৎনবী অসি মচল অমা ওইনা য়াওরম্বা অয়াম্বা মতমদা থেংনৈ। এনিমিজম হায়রিবা লাইনীং-লীচৎ চৎপা কাঙবুশিংগী লাইদি অয়াম্বা মতমদা শিখ্রবা মপা-মপুনা ওইগল্লি। মখোয়না মহৌশাগী ওইবা কি-তুজুংনিঙাই ওইবা পোৎশকশিংগী থৱায় পাল্লী, থৱায়গী মতীক ময়ায় লৈ হায়নসু থাজে। লৈখিদ্রবা মপা মপূগী অমসুং লাই ওইখ্রবা থৱায়, মহৌশাগী পোৎশকশিং, মতীক ময়ায় লৈবা অদুনা মীওইবগী পুন্সিদা অফবা অমসুং ফত্তবা পীবা ঙম্মী হায়না এনিমিষ্টশিংনা থাজে। অসিগুম্ববু থাজবা কাংলূপ অদুনা

মখোয়না শক্তি লৈ অমদি মীওইবগী পুন্সিদা অফ-ফত্তা থোকহনবা ঙম্মী থাজরিবা লাইশিং অদুদা পোৎচঙ্-চৈজঙ্ কয়া য়াওনা ঈরাৎ-থৌনি তৌবগা লোইননা খূরুম খাজংই। মসিগী মতাংদা *এ দিক্সনারি ওব বিলিবর্স এন্দ নন বিলিবর্স* তা অসুম্না ইরি-

*Belief in souls and spirits, an essential element in any religion. Animistic images are spirits of deceased ancestors, the souls of living people and the personification of the forces of Nature. The host of spirits from nature is particularly numerous and varied. The spirits of the elements could be benevolent, or, on the other hand, they could threaten the well-being of mankind. This is why small sacrifices were offered to them, when it was deemed necessary. As belief in spirits and souls developed there emerged generalized concepts for the designation of the supernatural properties attributed to things (or people), such as mana, grace (in Christanity). Elements of animism are still to be found in the world religions of today* (Progressive Publishers, 1989 : 19).

মালেমগী অতৈ অঙনবা ফূরুপশিংগী লাইনীং-লীচৎ অয়াম্বদা মহৌশাগী পোৎশকশিংবু থৱায় পাল্লি, মতীক ময়ায় লৈ, তৌবা ঙম্মী হায়না থাজবসি থেংনৈ। মহৌশাগী ওইবা পোৎশকশিং নুমিৎ, থা, চীং, পাৎ, তুরেল অসিনচিংবা থৱায় পাল্লি, মতীক ময়ায় লৈ হায়না থাজবা অমদি ঈরাৎ-থৌনিবগী ৱাফমশিং লমদমসিগী অরিবা খূৎই লাইরিকশিংদসু থেংনৈ। মালেমগী অতৈ অঙনবা ফূরুপশিংদা নুমিৎ-থা ঈরাৎপগী ৱাফম থেংনবগুম অঙনবা মতমগী মীতৈ লাইনিংদসু নুমিৎ-থা, থৱানমিচাকশিংবু কিনা লুনা নীংবগী অমসুং লাইগী মঙল অমসুং মতীক ময়ায় চেল্লি হায়না নীংবগী মতাং থেংনৈ। ঔগ্রী অসিমক নুমিৎকী মতীক ময়ায় শক শোন্দুনা থাবা মতাং কয়া য়াওরি, নুমিৎ কাপ্পা লাইশোন্দা নুমিৎপু কিনা-লুনা নীংবগী ৱাফম য়াওরি। অরিবা

লাইশোন-তীনশোনশিংদা নুমিৎপু ঈরাৎ থৌনি তৌবগী মতাংদা অসুম্না শৈথারী-

*নপন তুবী অঙনবা কোরৌ নোংবু খোনবা চনু মালেম লৈবুরুম্বা চনু নোংপোক মহৌ লৈরাংপাংনা নিংথৌ চনু পাইমা সনা লিনগোইনুংগী থৌদু নুংপাক থক্তা নাওনৌবা, চানা লমথাংথৌনা খোইরেনবা, লাইজা ঈপাকথক্তা মিংথোংবা, লাংলেন কোংয়াং ব়াতোনথক্তা খংতাকপা, নোংপোক মরাইতা ব়াইরং লমনা তাম্বা সনা চীংদোনপোক্তা মচেং কাইরে খোংমরক্তা চীঙ্খে খোংতিং লৈনা হল্লগা মালেম খিং-খিং থেঙ্গারকপা থবিশেন কোইরেন অপানবা, মালেম লাংজখৈ য়োইময়াই নুমিৎ সনা খোম্মতোন অতোনবা নংবু পুনেমজরিএ। নুমিৎ নংনা লূবগুম লূজরেগে, থবি নংনা শেংবগুম শেংজরগে, থাবা নংনা পানবগুম পানজরগে কুবিও।।* (থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ ঃ ৭১)।

**থাবুসু ঈরাৎপগী মতাংদা অসুম্না ইরি-**

*লোইদাম থাজা পাখংবা থাজা থানিংথৌ, নুমিদাং তাংলৌ লৈনা থেংলবদা অমমম্ তোনবা নারন শিরবদা লৈতেংনরিবা নংবু পুনেমজরিএ, কুবিও।।*
(থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ ঃ ৭১)।

অসুম্না নুমিৎ থাবু লাইশোন-তীনশোন তৌদুনা ঈরাৎ-থৌনিবা কিনা-লুনা নীংবা অমদি মখোয়না তাইবঙ মীওইবদা অফ-ফত্ত পীবা ঙম্মী থাজনৈ হায়বসি মথক্কী লাইশোনশিং অসিনা উৎলি।

নুমিৎকি মতীক ময়ায়বু ঔগ্রী দা অসুম্না শৈথারি-

*হোইরৌ হয়া হয়া*

. . . .

*হে হুপ হে*
*ঔগ্রী ও কোম্লো*

*কংলৈয়োম্দা পুংময়োম্দা*
*য়োইময়াইবু তাউদনবু*
*তাউরোইনাইবু অণ্ডানববু*
*মালেমখৈবু লাংজখৈবু*
*সনাতোনবু খোমদোনবু*
*থবীলেংবু সেঙ্গোয়রেংবু*
*অপানববু চরংশেনবু*
*খোইবুংশেনবু নোংশাবা মৈবু*
*নোংপোক লৈমা চাবু ... /* (এন. খেলচন্দ্র, ১৯৯২ ঃ ১৬)।

তূ-খোংবু শৈথাবা অমদি ঈরাৎপগী মতাংদা ***থিরেল লায়াৎ*** তা অসুম্না ইরি-

> *হৌজিক্তি তিনলোন লাইফম মসিং সুনা হায়রক্কে। নিংথেমগী কংলাগী নাকচি থংবদা খোময়াইপুং কৌবা অদুগী নাকচি থংবদা মোইরাংনা অণ্ডাখোং। খুমননা নাউদুখোং। নিংথেম্না মরোংখোং কৌবা অদুদা ইথৈ ওইনা লইএ। হাওবমগী ইমফমদো তোরৈ থেকতো মরিংখোং কৌএ। মফম অদুগা নাখুখোং খোংগা ফাওনৈএ। তোরৈ চিথেক অমদি হন্নাইখোং কৌএ। খোং মাপন মানে। খাখোং। লাইখোং। মরোংখোং। মরিংখোং। হন্নাইখোং। কাংদ্রুকখোং। য়াউরৌখোং। সণ্ডাইখোং। লোইবীখোং। খোং মাপনমা অসিনা তোরৈ মাপনমাগী মরুনে। য়েরুম খয়োম থানা ন্নাকচিং থা হুমনি পানবা তরুকনি পানবা, মাপননি পানবা অসিদা কুম খাইয়ে। কুমদম লাংনা তরামণ্ডানি পানবদা কুমচনলে।* (এন. ইবোচৌবা, ১৯৮১ ঃ ৩১)।

অতোপ্পা তু খোংগী মতাং অমদা অরিবা লাইরিক ***নোংপোক লৈহৌচিং*** দা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ-

> *নোংমাই নিংথৌ কায়নৌ চিংশোমবা মতমদা ইরৈমনা তাম্লোই ওই। ইরৈমানা লাকপগী মরমবু ইরিন তুরেল কৌই। ইরৈমনা নমু তাইবং*

*মীওইনা সাইওনলবদা মমিং কম্বোং পুৎ কৌই। লোন অরিবদা লাইজ ঈশিংবু কম্বোং পুৎ হায়নসু লৈ। ইরৈমাগী মিংখৈরোনসু কম্বোং পুৎ কৌই। ইরৈমানা নমু তাইবং মীগী মশক ওইনা লৈরম্বা মফম অদুবু কম্বোং পুৎ হানা কৌখি।* (খুমল্লম্বম য়াইমা, ১৯৫৮ ঃ ১৩)

তূ-খোংশিং খরদি অরুবা লাইফমনি, মখোয়বু কিনা-লুনা নীংবা অমদি, তুরেন খরবু থৱায় পানবগুম্না নীংবা অমসুং থাজবগী চৎনবী লৈরম্মী হায়বসি মথক্কিসিনা উৎলি। **হিজন-হিরাউ** শৈরেংদা চীংশাংনিংথৌবু তাইবং মীগুম থারম্বগী মতাং থেংনৈ। খুদম ওইনা ***চীঙ্গোইরোন*** দা মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা লৈরিবা চীংশিং অসিগী মতীক-ময়ায় থাবগা লোয়ননা মখোয়বু ইরাৎ-থৌনি তৌরগা মীওইবগী পুন্সিদা নুংঙাই য়াইফবা পী, লৈমা নিংথৌ পুন্সি নুংশাংই হায়না শৈথারম্বগী মতাং কয়া য়াওরি। খুদম ওইনা পল্লবদা কৌব্রু অমসুং থাংজিংনচিংবা চীংশিংগী ঈরাৎ-থৌনি অমসুং মখোয়গী মরমদা অসুন্না শৈথারি-

*কৌব্রুগী মমিংদি মীহিংলেন মীপোকপা কৌএ। মিংখৈদি ঙৌবা কৌএ। মাগী ঈরাৎ পোৎয়াওদি ঃ- লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীমাগী ফিরোয় অশুবা অমা, ফিদা অমা, থাকন অমা, উচিব্রা মঙা, খোইরু, থাউমৈ অমা, ফমফি অমা, ফিরাক অনী, লফোয় লফাং তরেৎ, হৈ মনম নাইবা তরেৎ, চু হৈ অয়াম্বা, ক্বা তরেৎ, মনা, লৈশং মরোং মরি, লাকোন অনী, ফৌদাং, থুম কাগুপ, শেন কাগুপ, ব্রানদোন অমা, ঙাংখা, নাহৈফু, চেঙ, য়াম, য়োৎশুবী, খাবৈ চেকপ, য়োৎ অমা, থাঙ অমা, শরেং অমা, ঙাতেন অমা, ঙানোয় অমা, য়োৎ খুনেৎ, শেন খুনেৎ অনী, ইরোই অঙৌবা অমা, ওক অমা, য়েলহিং য়েন অমা, খোঙজি-নাশি, কোনয়াই ফৈকমনা হুনলো, পোৎয়াও অসিনা লাৎও মী শিদবনে, লৈমা নিংথৌ পুনশিএ।* (এন. খেলচন্দ্র, ১৯৮২ ঃ ২০)।

মালেমগী অতৈ অঙনবা মতমগী খুন্নাই কয়াদা লাই তোংলবা নৎত্রগা তোংলবীগী চৎন-থাজবা লৈনবগুম মীতৈ ফুরুপকীসু য়েলহৌঙেদগী

হৌনা মাইবীগী চৎন-থাজনবিসি লৈরকই। মীতৈশিংনা শকউদবা লাই অমসুং তাইবঙ মীওইবা অনীগী মরক্তা মাইবীনা পাউ ফাউদোক-ফাউজিন তৌবা ঙম্মী হায়না থাজনৈ। লাই তোঙলবা নৎত্রগা তোঙলবী মাইবীগী মপাউবু লাইপাউ হায়না খঙনরি। অসিগুম্না লাই তোংবা মাইবীগী চৎনবী থাজনবীসি শমান হায়বসিগা হায়রপ মান্নে। ৱাহৈ অসি Tugusগী ৱাহৈদগী থৈথরক্নগা ওইরকখিবনী। তরানিপালশুবা চহী চাদা রশিয়াদগী শন্দোকখিদুনা মালেম পুম্বনা খঙনবা ৱাহৈ অমা ওইখি। শমানিজমগী চৎন-থাজনবী অসি অৱাং এশিয়া, মরুওইনা সাইবেরিয়া ফার ইষ্ট, খা নোংপোক এশিয়াগী লৈবাকশিং, আষ্ট্রেলিয়া, চাইনা, মঙ্গোলিয়া অসিনাচিংবদা চৎনরম্বা অমসুং চৎনরিবগী ৱাফমশিং থেংনৈ।

> *The word "Shaman" comes from the Tunguisic language (Shaman, an excited person in a frenzy) The term spread from the Russian language throughout Siberia, and in the eighteen century it was incorporated in west European languages, becoming an international scientific term. Despite the diversity of terms and some characteristics, shaman phenomena among nearly all people are quite similar* (Sergei Tokarev, 1989 : 87, 88).

শমানশিং অসিনা লাই তোংলকপা মতমদা মখোয়না শকউদবা লাইশিংগা ৱা ফাউদোক-ফাউজিন তৌবা ঙম্মী, মখোয়না পোৎমাং-চৈমাং তৌবা মতমদা লাইগী মতেংনা কদায়দা লৈবগে করম্না তৌখিবনো হায়বদু খঙবা ঙম্মী অমসুং তুংদা থোকলগদবশিং লাই তোংদুনা ফাউবা ঙম্মী হায়বনচিংবা থাজে। মখোয়না লাই তোংলকপা মতমদা অতৈ চুম্নগী মতমদা তৌবা ঙমদবা অঙকপা কয়া তৌবা ঙম্মী, চৎনদ্রবা অরিবা লোন ময়াম ঙাংলকপনচিংবা তৌই, মসিগী মতাংদা ***হিষ্টরি ওব রিলিজন***দা অসুম্না ইরি-

> *The most common characteristics of Shamanism as a form of religion is belief that special people, shamans, putting*

*themselve in a state of frenzy, possess the supernatural power to directly communicate with spirits. The usual method of shaman is to derive himself into a state of ecstasy by singing, beating a drum, dancing or going through other motions. The people believe that during this time the shamans soul goes to the kingdom of spirits and communicates with them, either by negotiating with them or fighting them .... The shaman performs the services of healing a patient, but many people believe their shamans can also foresee the future, determine the location of loss items or animals, chant for a successful hunt, chant at funerals, etc .... When a shaman is in a deep, ecstatic trance he can, indeed perform unusual act that a person in a normal state cannot : jump extraordinary high, free himself of ropes, and speak in an " unfamiliar" language .... Among most peoples the future shaman learned his profession over a long period of time, studying under old and experienced shamans.* (Sergei Tokarev, 1989 : 88, 89, 90)

মালেমগী অতে মফমশিংদা খঙনরিবা শমান হায়বসিগা মীতৈগী মাইবীগা মওং কয়াদা মান্নবা মতাং য়াওরবসু খেন্নবদি অদুম্মক লৈ। মীতৈগী মাইবীশিংদি অফবা মাইকৈদা মীওইবগী অৱা-অনা, অনা-অয়েক কয়াদগী কোকনবা ঈরাৎ-থৌনি তৌবদা, তুংদা থোকলগদবা থৌদোকশিং অদু লাইদগী খঙদোক্লগা ফত্তবা ঙাকথোক্লগা নুংঙাই য়াইফবা পুরক্লবা অমসুং অহোং-কুম্মৈ কয়া পাংথোকপদা মাইবীনা চাওরবা থৌদাং লৌবা অসিনচিংবগী তৌবা ঙম্বা অদু য়াওই। মীতৈগী মাইবীদি লৈবাক মীয়ামগী, লৈমা-নিংথৌগী য়াইফনবা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌই। অসুম্না হেক তৌবমক্তি শমানসিদদি অদুক হাক্লা থেংনদে। মীতৈশিংনা শিখ্রবা লাইওইগ্রবশিংগী থৱায়শিংগা মাইবীগা পাউ ফাউদোক-ফাউজিন তৌবা য়াই হায়না চেৎন-থাজনবসি লৈ হায়বগী

খুদম কয়ামুক লৈ। লমদমসিগী য়েলহৌঙৈদগী চৎনরক্লবা মংদম্বা হায়বসিমক্তা শিখ্রবা থবায়গা মাইবীগা পাউ ফাউদোক-ফাউজিন তৌনৈ হায়না থারম্বা মতাং কয়া অরিবা লাইরিকশিংদা য়াওরি। ***থবানথাবা হিরান***দা খূমন চনু চকপা শম্ফবী মতৌ করম্না শিখিবনো হায়বদু মংদমদুনা য়েংখিবগী মতাং অমসুং চকপা শম্ফবীগী থবায়গা চকপা লল্লাং অমাইবী মংজুম্বীগা বারী শানবগী থারমলিবসি খুদম ওইনা পনবা য়াই-

> *নোংয়াই খুমন নিংথৌনা তয়ম চকপা লল্লাং মাইবী মংজুম্বী-ও নংবু লাও-ও ইমোম্বু কোরৌ মনোংথৌ করম্বনা খোঙহৌখিবনো, বাংবা মকাশা কনানা ঙল্লোনবনো পাওহংলু-ও হায়থবদা মদাইরেম চকপা লমলাং মাইবী মংজুম্বীনা ফৈরোই মঙদালুক্তা চাম্লৌ লারোল ঙাইথিংয়ৈ, চেংঙৌ ফাহাপ্লা য়েরুম কাংখিন্না, তরেৎ শেনদি মরোন নাই, নোইনু থুমদি কাকুপ্লা শিংশিংলাগা য়োম্না খোমলেন মংজংথখিয়ে। য়োইবু খয়োইরোন তাংজ শম্ফাবীদি খমুং মথোঙজিনদা চকপা লল্লাং মাইবী মংজুম্বীনা য়োইবু খুজেং হংজি পাইনা পাওহংখিয়ে নপল নোংয়াই খুমন নিংথৌনা থৌশিরকয়ে কোরৌ ননোংথৌ কনানা থৌথাবনো হায়না পাওহংববু, হোয়দা তয়ম চকপা লল্লাং মাইবী-ও, ঐদি পলেম পীখোইরেন পনথৌ পাখোইরেনগীবু নোংমন্দে হায়না পাউখুমখিয়ে।* (ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ৩১, ৩২)।

মাইবীগী লাইপাউ হায়বসিমক শকউদবা লাইগা মাইবীগা পাউ ফাউনৈ হায়বা থাজনবগী খুদম অমনি। মাইবীগী থাজনবীসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা লমদমসিদা লৈরক্লবনি হায়বসি অরিবা খূৎই লাইরিকশিং কয়াদগী খঙবা ঙম্মী। অরিবা লাইরিক ***থিরেন মৈরম লিবা***দা মাইবিগী বারীসি লৈশেম্না মতমদগী হৌনা থাগোন্নরক্লবনি হায়বসিগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

> *মৈতে লৈপাক অসিগী লোনলি। অরাং (ঈরাং), অসক (তেংথা শৈশক), পাহায় (ইপা-ইপুগী বাহায়) থৌদা অসি খৈপিক থোক্ললবগী বাবু হায়কে ... । অসুম তৌরগা ঈসিং তমলেন অমম্বা মসক ওইনা লাকলে। অমম্বা*

*অদুগী নুংকাংগী মসককুম তরংচিং কৌবা অদুগী মথকতা অতিয়া সিদবনা মসক অনি ওইদুনা লয়হৌ মাইবি লয়হৌ মাইবা কৌনা লংখৎলকলে। লংমাইবা মহাকতি পনথোইবিগা নোংপোকক্কা অনিমনা লাই অনিমাবু ওইনা তরংচিং অদুগী মথকতা তোংদুনা অমম্বদা লৈপাক শেমগে হায়দুনা ফাওরকলে। অদুগী দমক মাগী মরীবু হৌথোকলে হায়বগী লয়হৌ মাইবী কৌএ।* (এং. ইবোচৌবা, ১৯৮২ ঃ ১,২)।

ব্রাফমসিনা মাইবীগী চৎন-থাজনবীসি য়েলহৌঙৈদগী লৈরকলে হায়বগী খুদম অমা ওইরি। লাইতোংলবা মাইবী অমসুং এনিমিজম অনী অসি ইরোয় লোয়নবগী ব্রাফম অঙনবা মতমগী লাইনীংগী পুৱারীশিংদা খুদম কয়া লৈ। এনিমিজম অমসুং লাই তোংলবা মাইবীগী নৎত্রগা শমানগী চৎনবীসি অঙনবা মতমগী অষ্ট্রেলিয়াগী টাসমেনিয়াশিংগী পোলিনিসিয়া, মেলানেসিয়া, খা-নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিং, অমেরিকাগী রেদ ইন্দিয়ানশিং, আফ্রিকাগী লৈবাকশিং, সাইবেরিয়া, চাইনা, জপান, মোঙ্গোলিয়া অসিনচিংবদা চৎনরম্বগী ব্রাফমশিং মোস্কোদা ফোংবা ***হিষ্টরি অব রিলিজন***দা পীরম্বা থেংনৈ।

**ফেটিশিজমঃ**

## হী-য়ায়গী মতীক মঙলবু থাজবা কিনা লুনা নীংবা

হী-য়ায়গী মঙলবু থাজবা, কিনা লুনা নীংবা, মখোয়বু ঈরাৎ-থৌনি তৌবগী মশক অসি অঙনবা মতমগী ফূরুপ কয়াগী লাইনীং-লীচৎশিংদা য়াওবা থেংনৈ। থৱায় পানবা পোৎশক চৈশক, উ ওইবা য়াই, নূং ওইবা য়াই, করিগুম্বা পোৎশকশিং অসি মহৌশাগী নৎত্রগা তাইবং মীওইবগী খূৎশেম ওইবা য়াই। কনাগুম্বা কাঙলূপ খরনদি মখোয়না থাজবা কিনা-লুনা নীংনরিবা লাই অদুনা মখোয়না কিনা-লুনা নীংনরিবা পোৎশক-চৈশক অদুদা তোংদুনা লৈ হায়নসু থাজনবসু য়াওই।

*An object which has supernatural potency, often because*

*of association with a supernatural being is known as fetish or fetich.* (Tylor, 1978 : 207).

ৰাহৈ অসিমক্তি ১৫ শুবা খৃষ্টগী চহি-চাদা পোর্টুগালগী হিহোনবশিংনা নোংচুপথংবা আফ্রিকাগী সমুদ্রা খোঙবান্দা তাবা মীশিংনা থৰায় পান্দবা পোৎশক চৈশক মখোয় মখোয়গা শাগোন্নবা অদুবু লাৎপা নীংববু উরুবদগী পোর্টুগুইজগী হিহোনবশিংনা শেমখিবা ৰাহৈ ফৈটিকো হায়বদুদগী থৈথরকপনি। মসিগী মতাংদা *লেক্সিকোন য়ুনিভর্সেল এন্‌সাইক্লোপেদিয়া* দা অসুন্না ইরি-

*A fetish is an object believed to have magical powers; it may either a natural object, such as a shell, or an artifact, such as a wood carving. The word is derived from the Portuguese feitico, meaning a charm, talisman, or Amulet. Portuguese sailors coined the term in the 15th century when they observed the veneration that West Coast Africans had for such objects, which they wore on their persons* (Lexicon Publisher, 1997 : 63)

ফেটিশিজম করিনো হায়বগী মতাংদা *ডিক্সনারি ওব বিলিভর্স এন্দ নন-বিলিভর্স* দা অসুন্না ইরি-

*Fetishism is veneration of inanimate object, to which are ascribed supernatural properties. Fetishism is one of the elements of religious picture of the world, an ingredient of virtually all early forms of religion and also advanced religious systmes. Fetishes or the inanimate objects of such veneration may include stones, sticks, trees or any kind of object. They can be natural or man-made.* (Progress Publisher, 1989 - 199)

ফেটিশিজমগী ৰাহয়োক অমসুং ৰাখল অসি অহানবা ওইনা য়ুরোপিয়ানশিংনা আফ্রিকাদা থেংনরুবা মরম্না চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রিবা কাঙলূপকী চৎন-থাজনবী লাইনীংনি হায়না খল্লম্মী। মরমদি,

য়ুরোপিয়ানশিংনা আফ্রিকানশিং অসি চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রিবা কাঙলূপনি হায়বা ৱাখল অদুনা মাঙজৌনবা ওইখিবনি। অদুবু স্কোলারশিংনা কুপ্না নৈনরক্লবা মতুংদদি মসি খ্বাইদগী ঙনবা লাইনীং-লীচৎশিংগী তাক্কক অমনি হায়না খন্নবা হৌরকখি। স্কোলারশিংনা হেন্না কুপ্না পাক্ শন্না নৈনরুরবা তুংদা ফেটিশিজমগী মচল অসি অঙনবা মতমগী লাইনীং কয়াদা অমদি হৌজিক্কী মতমগী চৎন-থাজনবিশিংদফাওবা মসিগী মমি নীংথিনা য়াওরম্বা স্কোলারশিংনা থেংনরকখি। Auguste comte অমসুং Charles de Brosses নদি ফেটিশসিজমসি অঙনবা মতমগী লাইনীংগী য়ুম্ফম অমসু ওইরকই হায়বগী মতাংদা *লেক্সিকোন য়ুনিভর্সেল এনসাইক্লোপেদিয়া*দা অসুম্না ইরি-

> *Auguste comte and charles de Brosses interpreted the fetich as a basis for their theories concerning the origin of religion. Today, the term is popularly used to refer to an object or idea that receives superstitions or unquestioning trust or reverence* ( Lexicon Publisher, 1997 : 63).

অঙনবা মতমগী মীতৈ লাইনীংদসু হী-য়ায় ওইবা নূংশিংবু কিনা লুনা নীংবা লাৎপগী অমসুং ঈরাৎ-থৌনি তৌবগী থাজনবী লৈরকই হায়বসি অরিবা খূৎই লাইরিক *নূংলোন, নূংলোন লাইহই, নূংলোন থম্বাল, নূংলোন অচৌবা, সতিং সকোক*নচিংবা কয়াদগী খঙবা ঙম্মী। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা করম-করম্বা মফমদা করি-করম্বা লাইগী মশক ওইবা হী-য়ায় ওইবা নূংশিং লৈবগে, মতৌ করম্না লাইগী মতীক- ময়ায় চেনবগে, মখোয়বু ঈরাৎ-থৌনি তৌরগা মীওইবগী পুন্সিদা, লৈবাক নিংথৌদা অমদি ঈরাৎ-থৌনিরিবা মীশক্তুদা করি-করম্বা ফল পীবগে হায়বনচিংবগী মতাংশিং কুপ্না য়াওরি। খূদম ওইনা অমত্তং পল্লবদা-

*অসুম্না লাই মরিমানা॥ লৈপাক সেমলে্ ॥ লৈখারোন্ মাপল্ সেম্ল॥*

*নোংথৌ মরোল মাপল সেমলে॥ ফৈতোম মাপল্ য়াৎলে ॥ সুংতোই অহুম্ সেমলে॥ চিথেক্ মরি সারে॥ লৈমায় মরি সেম্‌লে॥ কিসি মরি সেমলে॥ অসুমনা সেমলে॥ হৌচিকতি অসি খিপিক্‌না॥ হি য়াই॥ নুঙ লাই পোকপা॥ মখোয়না লৈপা॥ মফম খঙনাপা হায়কে॥ নপুক তপ্‌না তপ্‌না তাও-ও॥ হে মীওইপাসিংও॥ অচেৎপা ব্রানে ॥ খঙনাপা হায়রককে॥ কুরুকী নুঙ তরেৎ থোকলে॥ মচুতি হিকোককী মচুনে॥মমিংতি হি কৌএ॥ লৈমরেলকী তরেৎ থোকলে॥ মচুতি লিকলাই অঙৌপা লোনকী মচুনে॥ ... লাইপঙথৌ মাপলকি নুঙ মাপলনে॥* (নূংলোন)

অশিগুম্বা নূংশিং অসিগী মতীক-মঙল অমদি মখোয়না লাইগী মতীক-ময়ায় চেনবগী ব্রাফমশিংদা নূংলোন লাইরিক্কী মতাং কয়াদা থারি।

হায়রিবা নূংশিং অসি মওং মতৌ করম তৌবগে, করি মচু-মমেননো, কদাইদা লৈবগে, করি পোৎচঙ্-চৈজঙ্‌না ঈরাৎ-থৌনি তৌবগে, মখোয়বু ঈরাৎ-থৌনি তৌরগা করি মহয়(ফল) পীবগে হায়বনচিংবা কয়া শুগাইনা ইরি। খুদম ওইনা অমত্তং পল্লবদা-

*কংলাগী কৌপরু চিথেকতা পুঙ অমা লৈপনে॥ লৈসা পুঙ কৌএ॥ অদুদা য়াই কৌপা নুঙ অমা লৈপনে॥ মচুতি হিকোকনে॥ মসকতি নুওককি মসক্‌নে॥ সা অমগী ঈনা লাৎও॥ মথংতা লাইখোংকি চিথেকতা ঈ কৌপা নুঙ অমা লৈএ॥ খরু খুতক কুননা লৈএ॥ উহৈদে॥ উরবদি লৈপাক তাকএ॥* (নূংলোন)

নূংলোন লাইরিকশিং অসিদা মখল কয়াগী লাইশকশিংগী নূংশিং অমসুং মখোয়বু ঈরাৎ-থৌনি তৌবগী ব্রাফম কয়া য়াওরি। হী-য়ায় ওইবা নূংশিং অসিগী লাইশক-লাইওং খেন্নবগী মতুং ইন্না মখোয়বু ঈরাৎ থৌনিবগী পোৎচঙ্ চৈজঙ্‌সু খেন্নে। লোয়ননা তোঙান-তোঙানবা মহয়সু

পী হায়বসি মথক্কী ৱাফমশিং অসিনা তাকই। করিগুম্বা হী-য়ায়গী মশক্ ওইবা নূং খরদি মখোয়বু ঈরাৎলবদি মীবু ঙম্বা, য়েক্লবা ঙম্বা, লৈমা-নিংথৌ পুল্সিবা, লৈবাক মরা ইং-তপ্পা, নীংবা-থুংবা, ৱায়েল চুম্বা অসিনচিংবা মহয় (ফল) কয়া পী হায়না ইরি। অরিবা খূৎই লাইরিক *সতিং সকোক* তা করম করম্বা মফমশিংদা হী-য়ায় ওইবা পোৎশকশিং লৈবগে অমদি মখোয়গী মতীক-মঙল না করিনো হায়বগী মতাংদা থাদুনা ইরি। খুদম ওইনা অমত্তং পল্লবদা-

*... কোনচিং তিংথোকপনা॥ পোকপা য়াইতি॥ লাইরেল য়াইনে॥ লিনকি য়াইনে॥ ... থাঙকি য়াইনে চকপানে॥ পুকপনে॥ মাইকৈ মরিমাকি য়াই মরিমানে॥ ... ৱুতারাকি মখাতা খোয়কি মতম লুনা নোংথই য়াই লৈপানে॥ মংনাউতাতা লমহুই নিংথৌকি মচি লৈপানে॥* (সতিং সকোক)

মতৌ অসুম্না অরিবা মীতৈ খূৎই লাইরিকশিংদা কিনা-লুনা নীংনবা হী-য়ায় ওইবা পোৎশকশিং কয়াগী লৈফম মখোয়বু ইরাৎ-থৌনিবগী মতাং কয়া পন্দুনা ইরিবা অসিনা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মীতৈশিংনা হী-য়ায়বু কিনা লুনা নীংবা অমসুং লাৎপা চৎনরকই হায়বসি উৎলি।

## এন্সেষ্টর ৱাশিপ ঃ

## মপা-মপু লাৎপা

মপা-মপু লাৎপা নীংবা, ইংরাজীদা হায়রগা এন্সেষ্টর ৱাসিপ হায়বসি অঙনবা ফূরুপ কয়াগী অমসুং হৌজিক্কী মতমগী লাইনীং-লীচৎ কয়াদা য়াওবা থেংনৈ। খা-থংবা, খা-নোংপোকথংবা, অমসুং নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিং অমদি অফ্রিকা, মেলানেসিয়া, রোম, জর্ম্মন, গ্রীক, ইন্দিয়া অসিনচিংবা লৈবাকশিংগী মফম কয়াদা মপা-মপু লাৎপা নীংবগী ৱাফম কয়ামুক রিলিজনগী হিষ্টরিদা য়াওরি। খুদম ওইনা খরদং পল্লবদা- মেলানেসিয়ানশিংনা মখোয়গী মপা-মপুগী শক্তম অদু ওইনা হক্তুনা,

শাদুনা, খুরম-খাজং তৌদুনা কিনা-লুনা লাৎন-নীংনরম্মী। হায়রিবা লৈবাকশিংগী মীওই কাংবু খরনদি অখন্নবা, লাইগী ওইবা মফম অমদা মপা-মপুশিংগী কোক্কী তুম্বা অদু লাৎতুনা ঈরাৎ-থৌনি পাংথোক্লম্মী। হায়রিবা ৱাফমশিংসিগা মরী লৈনবা "The History of Religion" দসু অসুম্না ইরিঃ-

*Ancestor cult is prevalent nearly every where in Melanesia, except for some islands in Northwestern Melanesia (The Trobriand island). To venerate their ancesters the Melanesians make anthromorphic status, sometimes employing the skulls of their ancestors. Skulls are kept in special sanctuaries, in men's houses. Ancestors are considered to be the preservers of all old customs. The native beliefs that by carrying out their rites they are pleasing their ancestors.* (Sergei Tokarev, 1980:40)

চাইনাদসু মপা-মপু পোকপা অপোকপবু নীংন-লাৎনবগী চৎনবী অসি লৈবগী মতাংদা অসুম্না ইরম্মী। চাইনাগী শাং শাগৈনা পানবা মতমদা (খৃঃ মমাঙ চহী১৫৫৮ দগী ১০২৭), ঝৌ নত্রগা চৌ শাগৈনা পানবা মতম (খৃঃ মমাঙ চহী ১০২৭দগী ২৩০) ফাওবদি অপোকপা খুরম্বসি নিংথৌশিংগীদমক ওইনা তৌরম্মী। অদুবু হান শাগৈনা পানবা মতম (খৃঃ মমাঙ চহি ২০৬ দগী খৃঃ গী চহি ২৩০ ফাওবা) দগীদি শাগৈ শলাই খুদিংমক্লা মাগী মাগী অপোকপা, মপা-মপুবু লাৎপা হৌনরকখি হায়বগী মতাংদা **Lexicon University Encyclopadia** দা অসুম্না ইরি-

*Ancestor worship has been the most popular ritual in China and also widespread in Korrea, Japan, India, and Subsaharan Africa. In China it began as a practice of symbole. In the Shang dynaasty m(1558-1027 B.C.) and the Zhou (chou) dynasty (1027-256 B.C), only royal ancestors were worshiped. But beginning with the Han dynasty (206 B.C- A.D. 230), the preceeding four*

*generations of ancestor of all classes were honoured. Chinese villages and towns had ancestrals halls where ancestors of the same paternal linerges were worshipped* (Lexicon. 1997 : 399).

মপা-মপু পোকপা, অপোকপবু লাৎপা নীংবা অসি চাইনিজ লাইনীংগী য়াম্না মরুওইবা শরুক অমা ওইরম্মী। শাগৈ-শলাই খুদিংমক্না মাগী মাগী এন্সেষ্টর Xiao বু শাগৈ-শলাই অদুগী মকোক থৌবুরেল অদুনা পাঙথোকলম্মী। অদুগুম্বা Xiao গী লাইশঙ অদুবু 'Miao' হায়না খঙনরম্মী। য়ুম্নাক শাগৈ কয়ানা পুল্লগা শেম্বা Xing খুদিংমক্কী মপা মপু পোকপা অপোকপগী লাইশঙ লৈনরম্মী। হান শাগৈনা পানবা মতমদা হায়রিবা 'Miao' অসি শাবগী অকক্লবা চৎন-পথাপ থমলম্মী। মী-মী অদুগী য়ুমলিং খুল্লিংদুনা লৈরিবা মাগী থাক অদুগী মতুং ইন্না হায়রিবা লাইশঙসি শাবগী অয়াবা পীরম্মী। চুম্নগী মীচমনদি লাইশঙসি শাবগী অয়াবা পীরমদে। লৈঙাক লোয়শঙগী থৌমীশিংনা লাইশঙ অমা শাবগী অয়াবা পীরম্মী। অঙম্না অমনা লাইশঙ অহুম, নিংথৌ মচা অমনা মঙা অমসুং নিংথৌরেলনা তরেৎফাওবা শাবগী অয়াবা লৈরম্মী। চাইনিজগী লেজেন্দগী মতুং ইন্না লাইশঙ অদুদা মপা-মপু পোকপা অপোকপা অদুগী শক্তম নৎত্রগা মদুগী মহুৎ শিনবা লাইথিগী শক্তম থমলম্মী। হান শাগৈনা পানবা মতমদগীদি মৃগা অঙৌবগী অশাংবা ফি অমনা মীগী মওং শাদুনা লাইশঙগী ময়ায়দা থম্বা হৌনরকখি। অসুম্না চৎনরম্বদগী উপাক অমুবা Zhu হায়না খঙনবা অমনা লাইথিগী মহুৎ শিন্দুনা থম্বা চৎনরকখি। চৎনবী অসি শুং শাগৈনা পানবা মতম (ইং ৯৬০-১২৬০) দগীদি য়াম্না পাক শন্না শন্দোকলম্মী। ঈরাৎ-থৌনি কয়া পাংথোক্লবা মতুংদা হায়রিবা অমুবা উপাক অদু মপা-মপু অপোকপদুগী থরায়না চংঙী হায়না থাজনৈ। হায়রিবা উ অদু অখন্নবা উপু অমদা থম্মী। হায়রিবা অপোকপগী খুভমগী মশক ওইরবা পোৎশক অসিগী মমাংদা ঈরাৎ-থৌনিগা লোয়ননা চহি অমগী অকক্লবা মতম অমদা ঈরাৎ-থৌনি তৌই। অদুগা শাগৈ-শলাই

অদুগী পোকপা, শিবা, লুহোংবনচিংবা থৌদোক থোকলকপদসু ঈরাৎ-থৌনি পাংথোকই। হায়রিবা অপোকপা লাই অসি ঈরাৎপদা শাগৈ-শলাই অদুগী মকোক পীবা অদুনা পাংথোক্লে।

চাইনাগী confucian চৎপা কাঙবুশিংগীসু অপোকপা খুরুম্বগী চৎনবীসি লৈরম্মী। শাগৈ খুদিংগী মাগী মাগী শাগৈদুগী অপোকপগী লাইশঙ শাই। শাগৈগী অহল নৎত্রগা শাগৈগী মকোক ওইরিবা অদুনা লাইশোন-তীনশোন, ঈরাৎ-থৌনি পাংথোকই। চহী অমগী অকক্লবা মতম অমদা অপোকপা খুরুম্বা পাংথোকই অদুগা লূহোংবা, অশিবগী থৌরম, অমদি মচা পোকপনচিংবা থৌরমদসু অপোকপা খুরুম্বগী থৌরমসি পাংথোকই।

*Confucian cult was the simple institutionlisation of traditional family and clan rituals that had developed in China since ancient times .... The most important of these was the ancestor cult .... Each clan had its own ancestor temple dedicated to its forefather. Each of the larger clan group xing (familia) also had a temple dedicated to the forefather of the group. Sacrifices and prayers in these temples were either led by the head of the family or the clan elders.* (Sergei Tokarev, 1989 : 144).

এন্সেষ্টর রাশিপকী চৎনবীসি অঙনবা মতমগী জপানগী লাইনীং লীচৎতসু য়াওরম্লা থেংনৈ। কোরিয়ানশিংনসু মপা-মপু লাৎপগী রাফম থেংনৈ। তৌবগীদি মসি কনফুসিয়ানশিংগী ইথিলননি।

*The Korean maintained their ancestor worship, but it was heavily influenced by the deeply rooted confucian tradition* (Tokarev, 1989:)

রোমানশিংনসু মখোয়গী শাগৈ-শলাইগী মকোক পুকোক অদু লাৎপগী রাফম থেংনৈ। খুদম ওইনা Claudius শাগৈনা মখোয়গী পুকোক Clausus

বু Caecillea না Caeculus বু, Julia না Julius অসিনচিংববু লাৎনা-নীংনরম্মী।

*The cult of family clan guardians was practised within the family or clan. The head of these units led the others at the hearth in honouring their guardian ancestor. Clan prayer meeting were similar. The first ancestor, legendary or mythical, of the family or clan after which it was named, was the object of these prayer meetings. Thus the claudius clan paid honour to its first ancestor clausus, the caecillia to Caeculus, the Julia to* Julius (Sergei Tokarev, 1989 : 281)

অসুম্না মপা মপু লাৎপা, এন্সেষ্টর ৱার্শিপ মালেমগী অঙনবা ফূরুপ কয়াগী লাইনীংগী পুৱারীদা য়াওবা থেংনৈ। মীতৈ লাইনীংসু মপা মপু অপোকপু খুরম্বসি অঙনবা মতমদগী য়াম্না কিনা লুনা থাজবগা লোয়ননা লৈরকই। মসিগী মতাংদা টি. সি. হদসননা অসুম্না পীরি-

*It the definition of ancestor worship is strictly narrowed. we have in Manipur, among the Meithei only, the form of worship which is practised by all Hindus, but if it be enlarged, as in the circumstances it ought to be, we find several curious phenomena to which attention should be given. The worship of clans which, seven in number, composed of Meithei confideracy, clearly consists in the adoration and propitation of the eponymous ancestors of the clan* (Hodson, 1975 : 99).

মীতৈ নৎত্রগা মৈতৈগী অপোকপা খুরম্বা হায়রিবসিমক এনসেষ্টর ৱার্শিপকী ময়েক লারবা খুদম অমনি। তোঙান-তোঙানবা শাগৈ-সলাইশিংগী অপোকপা খুরুম্বা ঙসি ফাওবদা পাঙথোক্লরি। অপোকপা খুরুম্বা ঈরাৎ-থৌনি তৌবসি সলাই-সলাইদুগী মতুং ইন্না মতম অমসুং পোৎচঙ-চৈজঙ তোঙাল্লি। সলাই তরেৎকী অপোকপা খুরম্বগী অমসুং পোৎচঙ চৈজঙশিংদি-

মঙাং নৎত্রগা নিংথৌজা শলাইগী অপোকপা ইঙা থাগী থানীল ১৫ নি পানবদা খুরুমনৈ। মসিগী মতাংদা অকুপ্পা মরোল অসুম্না ইরি-

## মঙাং নৎত্রগা নিংথৌজা সলাই ঃ

মঙাং নৎত্রগা নিংথৌজা সলাইগী অপোকপা খুরুম্বদি লোইদাম ইঙা থাগী থানিল ১৫ নি পানবদা খুরুম্নে। হায়রিবা সলাই অসিগী খুরুম্বগী অকুপ্পা ৱারোল অমসুং পোৎচঙ্ চৈজঙ্গী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*নিংথৌজা সলাইগী মবুথৌ পাখংবা তরামঙানি পানবদা ঈরাৎ থৌনিএ। মরোন পোচ্চঙদি- লৈকক লৈয়ারেন চনুনা নুমিৎ কোল্লে। পাখংবা পোকএ। ইঙা থা তরামঙানি পানবা শগোলশেন নুমিৎকি নুমিৎয়ুংবা ঙকয়াদনে। নাউরোইবিদি য়াবিরোকনে। মচুদি অঙাঙবনে। থৌরাম্মিচাক্তি থায়াইনে। ঈশিংদি নুংজেংনে। লৈদি থম্বাল অঙাংবনে, লাদি থম্না খেঞ্জোংনে। হৈদি থমচেৎনে। শীংদি শয়িনে, থাঙদি চেকথাঙনে, নাহৈবদি উরুমনে, ঙাদি শরেং অঙাঙবনে। মৈদি মৈথাং তরেৎনে। নুং পাৎ উ অহুম্মক্তি নুংজেংদা লৈএ।* (থোংঙম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ ঃ ২২)

## লূৱাং সলাই ঃ

লূৱাং সলাইগী অপোকপা লোইদাম ৱাকচিং থাগী নীলমাং ১২ পানবদা খুরুমনৈ। সলাই আসিগীসু অতৈ অতোপ্পা সলাইগুম্না অপোকপা খুরুম্বদা চংবা পোৎচঙ্ চৈজঙ্গী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*ৱাকচিং থাগী তরানিথোইনি পানবদা লুৱাং শলাইগী অপোকপা খুরুম্মে। মরোন পোচ্চঙদি তুংৱাইবীদি থোইনুনে, ইরোই কোল্লে। পোইরৈতোন পোকএ। ৱাকচিং তরানিথোইনি পানবা ইরাই নুমিৎকী চীংখৈ হুল্লকপদনে। থৌৱান মিচাক্তি কুরুশিদবনে। ঈশিংদি লমফেন্নে। মৈদৈ খোইজুমৈনে। লাদি লায়াইনে। লৈদি মেল্লেনে। নাহৈবদি উ-খোক মতোম্নে। হৈদি কিহোমনে। থাঙদি তোম্দুম্বনে। ঙাদি শরেং লুৱাওবনে । শীংদি হৈক্রুনে। মচুদি হিগোক্রে। অসুম্না লুৱাং পোকএ।* ( থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ঃ১৭)।

## খূমন সলাই ঃ

খূমন সলাইগী অপোকপা লোইদাম শজিবু থাগী থানীল ১৫ নি পানবা নুমিৎতা খুরুম্লে। খূমন সলাইগী অপোকপা খুরুম্বগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*লোইদাম শশিফোই থা তরামঙানি পানবদা খুমন শলাইগী শিদবা মপু অপোকপা খুরুম্মে। মরোন পোচ্চঙদি মাংৱাইবীদি তোনথাংনুনে, শামু কোম্লে, খুমন পোকএ। শজিফোই থা তবামঙানি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অহিং নোংয়ায়দনে। থরানমিচাক্তি থায়াইনে। নাওরোইবীদি পিয়াইনুনে, ঈশিংদি পুমলেম্মে। লৈদি লৈশংনে, ক্লাকলৈনে, হৈদি হৈবুংনে, মৈদি মৈথাং তরেৎ লৌএ। ঙাদি শরেং অমুবনে। লাদি চংবিনে, ক্লাকলানে, থাঙদি তোনককপনে। নাহৈবদি পুংফাইনে। শীংদি চাউথোংনে, মুচদি অমুবনে। নুং, পাং উ অহুম্মক্তি পুমলেন্দা লৈএ।* (থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ঃ১০)

## অঙোম সলাই

ইঙেন থাগী পানখৎলকপা নীলমাং তরানিথোই পানবদা অঙোম সলাইগী অপোকপা খুরুম্মী। মসিগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*লোইদাম ইঙেন থাগী তরানিথোইনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা অঙোম শল্লাইগী অপোকপা খুরুম্মে। মরোন পোচ্চঙদি লাইয়িবিদি মহুমনুনে, নোংলুম কোম্লে, পুরৈরোম্বা পোকএ। ইঙেন থাগী তরানিথোইনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক্তনে। থৌরাম্মিচাক্তি থাদোম্নে। মৈদি মৈবানে, হৈদি হৈবোংনে। শীংদি উপম্নে। থাঙদি পুককথাঙনে, নাহৈবদি তাইরেম্নে। মুচদি অঙৌবনে, নাওরোইবিদি খাকপা নিংথৌ চনুনে, ঙাদি শরেং অঙৌবনে। অসুম্না অঙোম পোকএ। অঙোম পোকপা মপুরেন শিদববু অঙোম শলাই পুম্নমকনা ঈরাংলে।* (থোহঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ঃ১৩)

## মোইরাং সলাই ঃ

মোইরাং সলাইগী অপোকপা লমতাগী পানখৎলকপা নীলমাং তরানিথোইনি পানবদা খুরুম্মী। মসিগী মতাংদা অসুন্না ইরি-

*লমদা থা তরানিথোইনি পানবদা মোইরাং শলাইগী অপোকপা খুরুম্মে। মরোন পোচ্চঙদি চিংনু লৈমনা শচিক কোল্লে। ঙাংহনথোক্লা, ঙাংনিংশিংগা অনী পোকএ। লমদা থা তরানিথোইনি পানবা থাঙজা নুমিৎকী নুংদাং য়ুথক্তুনে। থৌৱানশ্মিচাক্তি চীংরোইবীনে। মচুদি নাপুনা লাংবনে। নাউরোইবিদি ঙাংশবীনে। ঈশিংদি লোক্তাকনে। হৈদি কাংগ্রৌনে। লাদি খাংগ্রানে। লৈদি য়েরুমলৈনে। শীংদি কুহিনে। ঙাদি শরেং নাপুনে। মৈদি মৈথাং অহুমলকনে। নাহৈবদি নাওহিংনে। থাঙদি য়েনবাতোকনে। অসুন্না মোইরাং পোকএ। অসুন্না মোইরাং শল্লাই পুন্নমকনা মবুথৌগী ঈরাংলে।* ( থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ঃ৭,৮)।

## ঙানবা সলাই ঃ

লোইদাম কালেন থাগী পানখৎলকপা নীলমাং তরানি পানবদা ঙানবা সলাইগী অপোকপা খুরুম্মী। সলাই অসি খুরুম্বগী মতাংদা অসুন্না ইরি-

*লোইদাম কালেন থা তরানি পানবদা ঙানবা শলাইগী মবুথৌ অপোকপা ঈরাংলি। মরোন পোচ্চঙদি- থেরেরোংবম চন্নুনা কৈ কোল্লে, খমচিংকোন পোকএ। কালেন থা তরানি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক্তুনে। মচুদি শংনা লাংএ। নাওরোইবীদি পুরোইলেমনুশুনে। ঈশিংদি লৈতাংনে। লৈদি লৈশংনে। লাদি লৈহৌরানে, মৈদি লৈখামৱাইদগী লৌএ। নাহৈবদি নাপু নাশেন্নে। থাঙদি চিনাইবনে। ঙাদি শরেং ঙাঙনা লাংবনে, হৈদি হৈবানে, শীংদি চীং য়োঙ্খিন্নে। নুং, পাৎ, উ অহুম্মক্তি লৈতাংদা লৈএ। অসুন্না ঙানবা পোকএ। ঙানবা শলাই য়ুমনাক পুন্নমকনা মানা মানা ঙমজবা চেঙ, চাক য়েঙ্গাং নাপী, ঙা, থুম, ফিরোন পুন্নমক কত্তুনা ঈরাং থৌনি খাজংএ।* (থোংঙম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ ঃ ১০, ১১)।

## সরাং লৈশাংথেম (চেংলৈ) ঃ

সরাংলৈশাংথেমগী অপোকপা ফাইরেন থাগী মাকমৈ কুন্তরুক্নি পানবদা অপোকপা খুরুম্মী। মসিগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*ফাইরেল থাগী কুনতরুককনি পানবদা শরাংলৈশাংথেম ( চেংলৈ) শলাইগী অপোকপা ঈরাৎলে। মরোন পোচ্চংদি- লফুবিদি লৈমানুনে, হামেং কোল্লে। লমলেকশাংগা, নুংঙৌ য়ুমথংবগা পোকএ। ফাইরেল থা কুন্তরুককনি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক্তনে। নাওরোইবিদি হুইমু লৈমনে। মচুদি অৱাউবনে, অশংবনে। থৌৱানম্মিচাক্তি লিকথাশাফবীনে। লাদি চংবী লায়াইনে, থমলা ইতাবনে। মৈদি মৈথাং মঙারকনে। ঈশিংদি তাকনানে। লৈদি লৈশংনে, নাহৈবদি নাপী শিংবীনে। ঙাদি শরেং শংনা লাংবনে। থাঙদি খুনথাঙ থাঙনে। শীংদি নোংলৈশংনে। হৈদি হৈ মনম নাইবনে। অসুমনা শরাং লৈশাংথেম (চেংলৈ) পোকএ। চেংলৈ শলাই মী পুম্নমকনা চানা থকনবা ফিরোন কংভুনা ঈরাৎলে।* (থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ ঃ ১৮)।

অপোকপা খুরুম্বা হায়বসি ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা হায়বা মখল অমসু লৈ। থৌরম অসিদা করম্বা মতমদা পাংথোক্কদগে হায়বগী অকক্পবা মতম লৈবসু য়াওই লৈতবসু য়াওই। মসি তঙাইফদবা মতাং-মতাংগী মতুং ইন্না পাংথোকনৈ। খুদম ওইনা- য়ুমদা, ইংখোলদা খোই শাবা, লৈসৌকাবা, লফু লোংবা, লিন উচেক্পচিংবা য়ুমদা চংলবা, হৈ-লৈদা অরোং অশৌনচিংবা থোক্লবদা ফুঙ্গা অপোকপা ঈরাৎ থৌনিবগী থবক পাংথোকই। মসিদদি মচিন-মনাও হেক পোকমিন্নবা, মমা অমত্তগী মচা ওইরবসু ফুঙ্গা তোংঙাল্লবদি হায়বদি তোঙান্না চান্নরবদি অপোকপগী থৌরম অসি পুন্না খুরম্বা য়াদে। অদুগা অকক্পবা মতম লৈবা, ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বনা লন-থুম নিজবা অমসুং মচা-মশু ফংজনবা অসিনচিংবনি। (ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র, ১৯৯২)। খুদমদি-

*লাংবল থাদা শরুম্বনা থারনিবনি। মাচা মশু ফংনবনি। অদুগা ইঙা*

*থাদা নিজবনা লল-থুম নিজবনি।* (ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র, ১৯৯২)।

মথক্কী ৱাফমশিং অসিনা মীতৈ ফুরুপ্পা য়েলহৌঙৈগী মতমদগী হৌনা মাগী-মাগী সাগৈ-সলাই অদুগী মপা-মপু অপোকপা অদুবু কিনা-লূনা নীংনা লাৎনরকই হায়বদু উৎলি। সাগৈ-সলাইশিংনা মাগী মাগী অপোকপা অদুবু কয়াম্না কিনা-লুনা নীংবগে হায়বদু মথক্কী ৱাফমশিং অসিনা ময়েক শেংনা তাকলি। মাগী-মাগী সাগৈ-সলাই অদুগী অপোকপা লাইশিং অদুগী অশাউ মীৎয়েংদগী মশাবু কন্ননবা ঈরাৎপা, মখোয়বু পেলহল্লগা চাদা নাউদাদুনা পুক্সি নুংশাংনা হিংই হায়বনচিংবা থাজনবীসি ***পোইরৈতোন খুনথোক*** তসু পল্লম্বা থেংনৈ। পোইরৈতোন্না মচা-মশু য়াম্না অশি-অনা কয়া নংদুনা অৱাবা তারবদা অমদি, মচানুপা তবুং শীংমিংনবনা শিরক্লবদা লৈনুং থোঙারেলনা তবুং শীংমিংনবদা পোইরৈতোনদা তম্লুনবা তাক্লকখিবা পাউতাকশিং-

> *য়েংনা লৈবা পরৈ ওইনা থোক পরৈ তাবা মশক মাঙহন্দনা ঈরাৎতুনা নশা কননৌও। মথিক নেম্বা মতাং তেনবা তোনবীননা মচননুপী খাইনুগী অনাবা লাইকোক্লখিবা উরোক লমপ্রা ঙকতাংবীবু মঙক কল্লগা চেং চাইদুনা উনাদা য়োল্লগা ৱাগী উতোংদা ইপা ইপুগী অশাউ মিৎয়েং কোল্লগা অকাই অতোই মেন্দুনা নচা নশু ফনবা নশা কললো* (মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, ১৯৯৬ ঃ ৫৪)।

ৱাফমসিনা মপা মপুগী অশাউ মীৎয়েং য়েংলবদি অৱাবা নংই মখোয়বু পেলহনগদবনী হায়বগী খুদমদু পীরি। মপা মপু পোকপা লাইবু কিনা লুনা নীংনবা অমসুং মখোয়গী মফমদা মীনল্লবদি খুদোং থিবা নংই হায়বগী খুদম ***চায়নরোল*** দসু পল্লম্বা থেংনৈ। নোংয়াই চাখা মোইরেন্বা অমসুং হৈরেম কাংবীশু অনীনা চায়নবদা হৈরেম কাংবীশুনা মপা লাই মপু লাইবু পন্দুনা ওইদবা ৱাফমদা ৱাশকলুবগী মপা-মপু লাইনা শাওদুনা লাইওং খঙদনা নাহন্দুনা শিহনখিবগী মতাং ***চায়নরোল*** দা পল্লি (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৯৩ ঃ ২১)।

মতৌ অসুম্না মালেমগী অতে অঙনবা খুন্নাইশিংদা ফাওরকখিবা মহৌশাগী ওইবা কি তুজ্জুংনিংঙাই ওইবা পোৎশকশিংবু কিনা-লুনা থাজবা, মপা-মপু পোকপা অপোকপা লাইবু কিনা নীংবা অসিনচিংবসি অঙনবা মতমগী মীতৈ ফুরুপকী মরক্তসু ফাওরকখি।

অঙনবা মতমগী মীতৈশিংনা মহৌশাদা মপান তাংদুনা মহৌশাগী, অকি-অখং মরক্তা লৈদুনা অৱা-অনা কয়া মায়োক্লদুনা অমদি মখোয়শিংদগী ঙাকথোক্লবা ঈরাৎ থৌনি তৌদুনা লৈরকপগী মথক্তা নুংঙাইবা, মরাঙ কায়না মমল য়াওনা হিংবা পাম্বগী লাইনীং লন্থীগী মশক তপ্না-তপ্না ফাওরকখি। মীওইবনা পীশিনবা মতীক মঙলগী মতুং ইন্না শেম্বা মীতৈশিংনা লাৎনবা লাই কয়া ফাওরকখি। খুদম ওইনা লমলৈমা, থুমলৈমা, ঙারৈমা, ফৌওইবী, হুম্মুনারেংশুবী, লানগী লাইরেম্মা অসিনচিংবা। *লোইয়ুম্বা সিনয়েন* অমসুং *লোইয়ুম্বা লাইখাই* নচিংবদা থারিবা লাইশিং অসিনা তরানিথোই শুবা চহী চাদা মীতৈশিংনা লাৎনরম্বা লাইশিং চাওরাক্লা হায়বা ঙম্মী। লোইয়ুম্বনা লাংশঙদা ফমদুনা য়ুম্নাক শাগৈশিংদা মাগী-মাগী মশিল য়েঙ্থোকপদা করম-করম্বা য়ুম্নাক্লা করি লাই পান্নগদগে অমসুং শঙগদগে হায়বগী মতাংসু য়াওরি। পল্লম্লীবা লাইশিংদি-

মৈরৈমা, খল্লাংবা, উশোয়, ঈখে, সরারেন, ৱাংগোল, ফৌওইবী, শংলাংমৈ, কুচু, পুরোই লৈমা, মৱাও লৈমা, লমাবী, পানথোইবী, পেতংঙা, হোইতোল লাইরেম্মা, লাইখুরেম্বী, হুইমু লৈমা, লৈনাউতাবি, নুংথেল লৈমা, শৌবোন লৈমা, লাইঅৱাংবা, লূৱাং চিং, লাইনিংথৌহনবা, পুথিবা, পুরৈরোম্বা, তেনলোংবা, থোংঙাক, নাকলবম, চিঙকোল লৈমা, চিঙবাল লৈমা, য়াওরৈবী, কৌবরেন, চাখাবা, নুমিৎ লৈমা, কৌব্রু, মারজিং, ফকতোম অরিবা, চিঙা, লাংজিং, লাঙ্গোল, লংমাইচিং, চিঙা লৈমা, হেবোক লৈমা, লাইচিং হিয়াংথৌ লৈমা, য়ুমজাও লাইরেম্মা, খমলাংবা, কিয়াম, শানথোং অসিনচিংবা।

লোইয়ুম্বগী মতমফাওবদদি মথক্তা পনখিবা লাইশিং অসি লাৎন-নীংনরম্মে হায়বসি ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মী। মীতৈশিংগী মরক্তা তাইবঙ্ শেম্বা মপুগী মীৎয়েং অসি করম্বা মতমদগী লৈরক্লবনো চপ চানা হায়বদা অরুবা ওইনা থোক্লি। লৈশেমলোনগী ৱারী থাজনবী অসি য়াম্না ঙনবা মতমগী ওইরবসু মসিগী মরমদা ইরিবা *লৈথক লৈখারোন* অমসুং *পুদিন* দা শীজিন্নরিবা লোনশিং অসিদি অদুক হাক্লা কুইবদি ওইদে। খুদম ওইনা পল্লবদা মসিদা য়াওরিবা ৱাহৈ গুরু অসি থোইদোক্লা লীরবনি হায়বদা অরুবা ওইরি।

## লৈশেম নোংশেম্বা তাইবঙ শেম্বা মপুগী মিৎয়েং

তাইবঙ শেম্বা মপুগী মিৎয়েং অমসুং ৱাখল অসি অঙনবা মতমগী চাওখৎলবা খুন্নাই কয়াগী লাইনীংদা য়াওবা থেংনৈ। লৈশেমলোনগী ৱারীসি কুপথনা য়েংলুরগা অমগা-অমগগী মরক্তা খেন্নবা মশকশিং য়াউজরবসু চাংচৎ অমদা পৌরপ্না মান্নবা মশক কয়া অমদি থেংনৈ। খূদম ওইনা, লৈশেম্বগী ৱারী অয়াম্বদা লৈশেম্বা লাই অমনা তাইবঙ মালেম শেম্বগী ৱারী অমদি করিমত্তা লৈরমদবা পুমহাঙ হাঙবদগী মালেম শেম্লকই হায়জরবসু অচৌবা ঈপাক অমা লৈরম্মী হায়বগী ৱাখলদি ইরোয়দা লোয়নবা থেংনৈ। মসিগী মতাংদা *ডিক্সনরি ওব এন্থ্রোপোলোজি* দা অসুন্না ইরি-

> *In early cosmogonies, it was generally believed that before creation, there was a vast collection of water in darkness, rather than a creation of nothing* (Tylor, 1987 : 135).

## লৈশেম-নোংশেম্বগী চৎন-থাজনবী খরা

অঙনবা মতমগী জপানিজশিংগী মিথোলোজিদা লৈথক লৈখা অসি ইহান হান্না শেমখি। অহানবদা লাই অহুম্না শেম্লম্বদগী লাই অনী অমগা

হাপচল্লকখিবগী অমসুং মদুগী মথংদা লাই পূংবা মঙা মথং-মথং শুরকপগী ৱারীশিং য়াওরি। অতোপ্পা মতাং খরদদি অকক্লবা ইজানাগি (Izanagi) অমসুং ইজানামি (Izanami) হায়বা লাই অনীসিখক্তনি হায়না পল্লম্বসু থেংনৈ। ৱারী অসিদা ইজানাগি হায়রিবা লাই অসিনা অশাংবা তা অমনা সমুদ্রা ওংখায়বদগী জপানগী অহানবা ঈথং ফাওগংলকখি। Izanagi গী মমিৎ ওয়দগী নুমিৎ অমসুং নুমিৎকী লাইরেম্মা অমাতেরাসু হায়বসি শেমলকখি থাজনৈ। হায়রিবা লাই অসি জপানগী নিংথৌরেলগী মপা-মপু পোকপনি হায়না থাজনৈ। খ্বাইদগী অহানবা মী অদুনা জিম্মু তেন্নো নি হায়না পল্লি। চাইনিজ তাওইজিমগী ত্রিনিতি শাং দি নংত্রগা শাং টি লাও জু, পান-কুগী মনুংদা পান-কু হায়বসি মালেম লৈশেন্না লাইনি হায়না থাজনৈ।

*Mythological and legendary stories are contained in the Japanese chronicles Kojiki and Nihongi, compiled in the seventh and eighth centuries A.D. The cosgomonic theory of the Japanese priest was that the sky and earth were created first. They gave rise to three gods, and then another two; later another five pairs of gods appeared, one after the other. But these gods were only abstract concepts, not cult objects. Only the last three pairs of gods have definite names and images. They are the couple Izanagi and Izanami. Izanagi is protrayed, as a creator and demiurge who created land; including the Japanese islands. He created the island while standing with his wife on a celestial bridge and stirring up the sea with a long spear. The first island came into being from the sea water that fell from the spear; others followed. After that Izanagi created from his left eye the sun and the sun godess Amaterasu, one of the most important deities. Amaterasu is believed to be the ancestor of the Japanese emperors, primarily the first of them Jimmu Tenno, a semi-legendary*

*figure dating back to seventh century B.C. Izanagi also created other gods; of the moon, stroms, wind, etc.* (Sergei Tokarev, 1989 : 152).

চাইনিজগী তাওইজমগী ত্রিনিতি শাং টি, লাও জু, পান কু, হায়রিবা লাইশিং অসিগী মনুংদা পান কু হায়বসি লৈশেম্বা লাইনি হায়না থাজনৈ। অঙনবা মতমগী জর্মনশিংগী Poetic Edda দা লৈশেম্বগী মতাঙদা য়াওরি। লাইরিকসিদা লাইয়ামশিংনা পানদ্রিঙৈগী মমাঙদা Jotnar শিংনা পাল্লম্মী হায়না ইরি।

Jotnar হায়বসি Frost Giants শিংনি। হায়রিবা Jotnar শিংগী মরক্তগী Jotnar Ymir হায়বদু লাইয়ামশিংনা হাৎলগা মহাক্কী মশাদগী মালেম অমসুং নোংথৌ শেমখি।

The Edda contains primarily cosgonomic myths. The German thought that there were other powerful supernatural beings that lived before the gods ruled the world. They were Jotnars (Frost Giants). The gods killed one of them, the giant Ymir, and created the sky and the earth out of his body. (Sergei Tokarev, 1989 : 116)

পোলিনেসিয়ানশিংগীসু লৈশেম নোংশেম্বগী লাইগী ওইবা ৱারী লৈ। মাওরি পুরোহিতশিংগী মতুং ইন্না ইহান হান্না Pu (পুন্নমক্কী হৌরকফম) শেমখি। মথংদা অহাংবা করিসু লৈতবা chaos or kare (emptiness) থোরকখি। মথংদা Po (night) থোরকখি। Po (অমম্বা) অমসুং Ao (মঙাল) অনীসিনা পুল্লগা, মালেম অমসুং অতিয়া পোকখি। অনী অসি Rangi অমসুং Papa হায়না খঙনরম্মী। মখোয় অনীনা মরু ওইবা লাই তরেৎখক পুথোকলম্মী। লাই তরেৎ অসিগী মনুংদগী Tane হায়বা অদুনা মালেম অমসুং নোংথৌ অনীসি শেতৎ-খায়দৎনহল্লম্মী। অদুগা অতিয়ানা মালেমগী মথক্তা লৈহনখি। Rangi অমসুং Papa অনীসি খায়দোক্লবদা

অনীদুগী মমিৎতগী অতৎ-অখম লৈতনা পিরাং শীনথরম্মী। মখোয়গী পিরাংশিংদুনা মনিলগী মশক ওইরম্মী। মদু উবদা Tane না মালেম লৈবাক অসিনা অতিয়াদা মনম ওনথোক্তুনা লৈহল্লম্মী। (Sergei Tokarev, 1989 : 47) মতৌ অসুম্না মালেম লৈশেম-নোংশেম্নসি শেমখিবগী ৱারীশিং মালেমগী অঙনবা ফূরুপ কয়াগী লাইগী তীনগী ওইবা ৱারীশিংদা য়াওবা থেংনৈ। বৈদিগ আর্য্যশিংগী ঋগ বেদগী লাইশোন ঈশৈশিংগী মরক্তসু লৈশেম্নগী মতাং য়াওবা থেংনৈ। ঋগ বেদগী মতাঙ অমদা ইহান হানবদা ঈশিং অচৌবা ঈপাক অমদগী পুম্নমকসি মথং মথং থোক্লকপগী ৱাফমশিং পল্লি।

*Instead of the five elements of later philosophy, the RV postulates only water as the primordial elements or matter from which the other gradually evolves (Majumdar, 1965:38).*

ঋগ বেদগী অতোপ্পা মতাং অমদা মালেম লৈশেম্নগী ৱারীসি অসুম্না থারম্মী RV. X. 121 takes up the problem of creation on monotheistic level and tells us that Hiranyagharba arose from the great waters prevading the universe, and thus created the world out of eternally pre-existingmatte (Majumdar, 1965 : 383)

অদুগা লাইপোক ওইখিবা শুক্তদনা মালেম অসি লাইপোক মশাদগী শেমখিবনী হায়না ইরি।

*In the Purusha Sukta (X.90) the body of Purusha is said to be the original material, as it were out of which the world is made. The gods are the agents of creation, the act of creation is a sacrifice, and Purusha is the victim* (Majumdar, 1965 : 384)

বৈদিগ চক (যুগ)কী মতুং থেংথরক্কবা মতমদা পুয়া (পুরাণ)শিংদা ব্রহ্মানা লৈশেম্বগী ৱারী মতাং য়াওরি। ভগবত পুরাণগী নারদ অমসুং ব্রহ্মা অনীনা ৱারী শানবগী মতাঙদা ব্রহ্মানা নারদদা অসুম্না হায়বগী মতাঙ য়াওরি-

> *Being directed by the glance of the Alimightly who is the soul of all, the seer, the controller, the changeless one, I who am created by Him creat this universe which is this creative activity of creation* (Shastri, 1992 : 177).

মতৌ অসুম্না মওং অমদা নৎত্রগা অমদা তাইবঙ্ মপুনা নৎত্রগা লৈশেম-নোংশেম্বা লাই অমনা লৈশেম-নোংশেম্বা, থৱায় পানবা পুম্নমক শেম্লক-শারকপগী ৱারীসি অঙনবা খুন্নাই কয়াগী মিথোলোজিদা ইয়াওদা-য়াওরম্বা থেংনৈ।

মীতৈ ফুরুপকীসু তাইবঙ্ শেম্বা মপুনা তাইবঙ্ মালেম অমসুং থৱায় পানবা কয়া শেম্বগী ৱারীশিং অরিবা খূৎই লাইরিক ***পুদিন, লৈথক লৈখারোন, সনামহি লাইকন*** নচিংবদা পীরি। ফুরুপ অতৈগী লৈশেমলোনগী ৱারীগুম্না করিমত্তা লৈরমদবগী লৈশেম্বা লাই অমনা তাইবঙ্ মালেম শেমলকপা, তাইবঙ্ থৱায় পুম্নমক শেমলকখিবগী ৱারী ***লৈথক লৈখারোন, পুদিন*** নচিংবদা য়াওরি। মসিগী মতাংদা ***লৈথক লৈখারোন***দা অসুম্না ইরি-

হৌচিকতি মরম অমা হায়গে। তাইপঙপানপা অসিবু সেমলকঙৈতগী ৱাপু ফাওনা হায়কে। তাইপঙপানবা মপুনে, অতিংকোকনে অমমপনে লাই অহুমমানা সননচিংকী ময়াইতা তাইপঙপান অসিবু সেমগে হায়না ৱা তাননরে। ... তাইপঙপান মপুনা তাইপঙপানবা থোকলকনাপা অসাই তিননঙৈতা থোকলকপা অতুপু অতিয়া সিতবা কৌথোকলকপদা অতিংকোক সিতপা নংনা অতিয়া সিতাপাপু পুথখিতুনা তাইপঙপান সেমলুও হায়না সিথরকলে অতুকী অসীপা কৌএ। ... অতিয়া সিতপানা

লৈপাক অসিপু করম সেমসিপানো হায়না নুংপংনা নিংঙৈতা মপুক নিংসিংলকলে। ঐনা তৌপা অসিতি ওইররোই। গুরুতুম তাননকে নিংলকতুনা গুরু তাননা কাখিলে। অতিয়া গুরু সিতাপাপু গুরুনা করি তৌপা কারকপতনো হংঙমএ। গুরুনা লৈপাক্ সেমও, হায়পাতুপু ঐপু হাকনা নুংপঙলে। গুরুগী মসক উরাপাসু, উতরাপাসুঙ হকনা মকিরে। গুরুগী নতিকপু খচিকতা খঙনিংলে তাকপিও হায়না খুরুমচৈএ। গুরুনা হায়এ ঐকী ইতিকপু খঙনিংলাপতি য়েংউ হায়না ময়া কাথোকতুনা য়েংহনলে। সচিক থাপা, নুমিৎ থা, থাৱানপিচাক, খোংচোমনুপী নিংথৌ সিতাপা, মৈ ঈশিং নোংসিৎ অসি খৈপিকপু গুরুগী মপুক মনুংতা ঙাননা লৈরমপাপু উরকা ... অতিয়া সিতপনা মপুক মনুংতা নিংলে গুরুগী মপুক মনুংদা লৈপা খিপিকপু লৌকে নিংলতুনা গুরুগী মপুক মনুংতা হুনচিনখিরে। মপুক মনুংতা অসাইকি লৈপা খিপিকপু হোইকে নিংতুনা চিথেক মারিতাসুং "অহৈ হে হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌ নকেসে" অসিবু হায়দুনা হোইথোকলে। ... গুরু সিতাপানা হাথোকলকপা অতু খৈপিকপু আ হৈ হে হৈয়া হৈয়া হৈয়া হেয়ানকেসে অসিপু সকতুনা য়াঙমলে। অতুকি হৈয়া কৌএ। অতিংকোক গুরুগী মমিংতি স হ স কৌএ। অতিয়া সিতাপাকি মমিংতি হিংকৌরে হা হা হে হাই হেহে কৌএ। গুরুগী মপূক মনুংতা লৈবা অদু খিবিকনা হাথোকঙৈকি ইসৈ সকনারকপাতি-

হা হোই হোই হা হা হা।
হোই হোই হা হা হা হেরিনলা
হেরিনলা হায়ুতে খুলাইতে অসিপু
থোইনা হারাওপা লৈপানে।

তাহৌ হৌ হে হৌ হায়া নকেতা হরাউনা থোকঙৈকি ইসৈ সকনারকপতি অসিনে (*লৈথক লৈখারোল*)। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি লাই হরাউবা হৌরকপগী মতাংদা পণ্ডিৎ ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্রগী ***"মৈতৈ লাই হরাউবা"*** দা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ।

*অশীবনা মালেম শেম্বা লোইবগা তাইবঙপানবা অসিদা পাম্নব জীব শেম্বগী মরমদা নুংবঙননা শুরুন্না ময়া কাথোক্লুনা শুরুগী পীপুকনুংদা তাইবঙপানদা পানগদবা জীব পুম্নমকপু উৎপিবা অদু উবদা অশীবনা নুংঙাইবগা লোইননা লাউদুনা হৌদোকলকপা অদুবু লাই হৌই লাওবা কৌই মদুগী মতৌ তমদুনা মীওইবনা লাইগী পেম্ননবা শান্নবাবু লাই হরাউবা কৌই।* (ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র, ১৯৬৩ঃ১)।

ব্রাফমশিমক্লা মীতে লাই হরাউবগা লৈশেমলোনগা মরী লৈনবদুমক উৎলি। লাই হরাউবদা তাইবঙ শেম্বা মপুনা মতৌ করম্না তাইবঙ পানবা শেমলকপা অমসুং তাইবঙ মীনচিংবা শেমলকপগী ব্রাফমশিং য়াওরি। মসিগী মতাংদা পণ্ডিৎ মোইরাংথেম চন্দ্রসিংনা অসুম্না ফোঙদোকলম্মী।

লাই হরাউবগী মশাদা চাওরাক্লা শরুক অহুম থোক্লা খায়রি। অহানবদা লাই ঈকৌবা, অনীশুবদা লাইপৌ চোংবা, অহুমশুবদা লাইরেন মথেক চৎপনচিংবা লৈ। অহানবা ঈকৌবদা তাইবংপানবা অসি লৈত্রিঙৈদা তাইবঙ মপুনা কদাইদা করম্না লৈবগে হায়বা অদু অহানবা ঈশিংদা লাৎলিবা খয়োমনা তাকই। খয়োম অমগী মশাদা য়াওরিবা পোৎতি য়েরুম মনুংদা সনা লুপা কোনয়াই পু অমা লাংথ্রৈ মতোন অহুম, চেঙ লাতোন অহুম অসিনী। য়েরুম অসিনা তাইবঙপান অসি লৈত্রিঙৈ তাইবঙ মপুনা ঈশিং তরঙদা ব্রা ঙাঙদনা তুম্বক তাশিন্দুনা লৈবা উৎলি। মনুংদা য়াউবা সনা লুপা কোনয়াইনা তাইবঙ মপুগী মশাদা তাইবঙপান শনদোকনবা নুপা-নুপী অনিনা পুন্না থুপতুনা লৈবা তাকই। অদুগা লাংথ্রৈ মতোন অহুমনা য়েরুমদা থেৎপনা তাইবঙ মপুনা লৈশেম্বা, লৈঙাকপা, লৈতাকপা অহুম অসিবু লৈগুমনা থেৎতুনা থমই হায়বদি মহাক্কীনি হায়বা তাকলি। চেঙনা তাইবঙপান পুম্নমক্কী থরায় মঙোন্দা লৈ। অমসুঙ মহাক্লা লৈবা মফমদা মনিঙনি মশিঙ নাইদবা তাইবঙ পানবা কয়ানা কোয়না লৈবা উৎলি । লারোন অহুমনা য়োম্বনা তাইবঙ মপু অসি হৌখ্রবা ওইরিবা ওইরক্কদবা মতম অহুম্না য়োমদুনা লৈ হায়বা তাকপনি। খয়োম পুল্লিবা

পয়ানা মহাক্না শেম্বা তাইবঙপানবা পুম্নমক করিগুম্বা মতীক ময়ায় অমনা অমগা অমগা পুনদুনা থম্বা খঙহনলি। ... তাইবঙ মপুনা শেম্বা তাইবঙপাননা মওঙ করম তৌবা, করম্না শেম্বা হায়বনচিংবদু ঈশাইফু হিরী লংনচিংবনা তাকই। অহানবদা তাইবঙ মপুনা ঈশিংদা লৈরমই হায়বনা ঈশায়ফুনা তাকই। (মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, ১৯৭৪:৫)।

*সনামহি লাইকন*দসু হৌগৎলকপগী শরুক্তা মালেম লৈশেম্বগী ৱাফম য়াওরি। অরিবা খূৎই লাইরিক *থিরেন মৈরম লীবা, নুংলোন*নচিংবদসু লৈশেম্বগী ৱারী য়াওরি। অসুম্না অরিবা খূৎই লাইরিকশিং অমদি চিনবুংদা চিঙ্থাং য়ৈনা থংথরক্লিবা ৱারী শীংবুন কয়াদসু লৈশেমলোনগী ৱারী কয়া য়াওরী। পুম্নমকসিনা অঙনবা মীতৈ ফূরুপশিংগী মরক্তসু তাইবঙ শেম্বা মপুনা লৈশেম নোংশেম্বা, তাইবঙ থৱায় পুম্নমকপু শেমলক্পগী চৎন-থাজনবীদু লৈরকই হায়বা তাকই। অসুম্না তাইবঙ শেম্বা মপুগী মীৎয়েং অসি ঙল্লিঙৈ মতমদগী মীতৈ লাইনীংদা য়াওরকই হায়বদু উৎলি।

অসুম্না পরিং নাইনা চৎথরকপা লাইনীংদু মৈদিংঙু খাগেম্বগী হাক্তক্তদি (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) হান্না লৈজরম্বগী মথক্তা তাইবঙ মপুগী মীৎয়েং, অচম্বা অশেংবা লমচৎ চৎপগী ৱাখল, সনামহী অমসুং পাখংববু য়াম্না অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোনগী ওইবা মওংদা লাৎন-নীংনরকখি হায়বগী খুদম ফংই। হৌগৎলকপগী মতাংদা চয়েৎনবা ৱাফম খরা য়াওবা থেংনরবসু *সাকোক লমলেন*দা খাগেম্বা অমসুং মহাক্কী মাইচৌশিংগনা অচুম্বা অশেংবা চৎপা লাইনীংগী নৈনবা মতাং য়াওরিবসিনা নিংথৌসিগী মতমদদি হেন্না ৱাংবা ৱাখল্লোন মীৎয়েংগী লাইনীংগী মশক্তু লৈরম্লে হায়বগী খুদমদু দি নীংথিনা পীরি

*সাকোক লমলেন* দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মহাক্কী মাইচৌশিংদা য়াম্না ইখৌ লাংনা অরেপ্পা লাইনীং কদাইবু কৌবগে হায়না হংবগী মতাং য়াওরি।

*নিংথৌ খাগেম্বনা ... গুরু অহুম, লাংগোন লুখোই, য়ুন্নাম তোনবা, খাইদেম তেনবা দা হংখিবা ব্রাহংদি লৈবাক্কী মথক নোংথৌগী মখা অসিদা মী ওইনা পোক্লবা ঐখোইবু পোক্লবদি শিগনিয়ে হায়বদি মরৈরে, ব্রারম অসিগীদমক মহৈ মশিং করম্বা লাইনিং লমচৎ কদায়না থব্রায় লানখিবনো, লাই কনাবু চেৎনা পাইজসিবনো, মিৎনা উবা লাইসু কদাইনো, অমম্বদা উদনা লৈবা লাইসুং লাইশক করম্বনো করমনা খংশিবনো, ব্রারম অসিবু থুপপা লৈতনা হায়বি-ও।* (সাকোক লমলেন)।

মথক্কী ব্রাহং অসিমক য়াম্না অব্রাংবা ব্রাখল্লোন্দা হংবা ব্রাহংনি-মালেমসিদা লৈরিবা তাইবঙ মীওইবনা পোকলবদি শিগনি হায়বদু মরৈরে অদুগুম্লম্বা শিবা নাইবা মীওইবা অসিনা অরান খূভম ফংনবগীদমক্তা করম্বা লাইনীং লীচৎ চৎকদগে হায়বদু হংলি। মসিদা গুরু অহুম্না খুমলকখি - ***লাই মপুরেন শিদবা অসিদি য়েংদুনসু উদরে, নিংদুনসু মশক তাংনা খঙবা ঙমদরে, মনিনদি তারিয়ে। ব্রারম অসিদি থব্রায় অয়াম্বানা খঙবা ঙমদ্রবা ব্রানে।*** ব্রাফমসিমক্ য়াম্না অব্রাংবা ব্রাখল্লোন্নি তাইবঙ্ মপু মহাক্কী মশক মওং নাইদে, মহাক্কী শকওং য়াম্বানা অসিনি হায়না তাকপদা অরুবা ওই। লাইবু মশক খঙবা হায়বসি তরাইবা নত্তে। মহাক্কী মশক্তি মশক উবা ঙমদে হায়দুনা লৈতে হায়বদি য়াদে। মপু মহাক লৈবগী মনিলদি পূন্নমক্লা খঙলি। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই মিৎনা উদে মশক মওং তাকপা ঙমদে হায়রবসু মীওইবনা নুংশিৎ হায়বসি লৈ হায়বদি খঙই। শহুম লৈবগী মনিলদি ঐখোয়দা ফাওহল্লি। মতৌ অসুম্না তাইবঙ্গী মপু লাই অদু ঐখোয়না মীৎনা উদ্রবসু মহাক লৈ হায়বগী ইব্রাই ইনিলদি ঐখোয়দা ফংহল্লি। অদুগুম্বা লাই অসিনা পাম্বা লমচৎতি-

*থব্রায় খঙবা, মহাক হকচাংবু উবা ঙম্বা, অমম্বদা ইকাইবা খঙবা, চাকচা ঙৌখিবা, মতাং খঙবা, ময়ুম শেংবা, মহক্রা ঙাকলিবা মনিল নাইদ্রিবা অদুবু মীকুপ অমা থাদোক্রুবা, থব্রায়-হকচাং অনিবু পাম্মুবা লৈত্রবা, মপা খঙবা, লাই গুরু য়াথংবু লৈদা তাহনদরবা লমচৎ খংবা ঐনা ঐনা চৎপা লমচৎপু থব্রাই ওইরিবা খিবিক্লা য়াবীরবা অসিবু নবুথৌ পাখংবনা হরাওরে*

*হায়না খুমখি।* (সাকোক লমলেন) পাউখুম অসিমক য়াম্না অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোম্নি। (খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৯২ঃ৩৬)

থৱায় খঙবা মহাক্কী হকচাংবু উবা ঙম্বা হায়বসি থৱায় করিনো খঙবদু নত্তে ঐ মশক খঙবা হায়বদুনি, ঐ মশক খঙবা হায়বা অসি ঐ অসি কনানো করম্না ওইরকপনো হায়না ঐবু শেমলক শারকলিবা ঐগী থৱায়বু ওইহল্লিবা মপু মাবু মশক খঙবনি। অমম্বদা ইকাইবা খঙবা হায়বসি ইশাবু মশক খঙবা, কনাসু উদ্রে খঙদ্রে হায়না লৈরিবা অমম্বা অদুদফাওবদা কনানসু উররোই খঙলরোইদবা মফম মতমদসু নত্তবা ওইদবা অমা তৌবদা ইশা ইতোমতা ইকাইবা পোকচবা, তাইবঙ মপুবু মীৎকুপ অমা থাদোক্তবা ঐনা চৎলিবা লমচৎপু তাইবঙ থৱায় ওইরিবা পুন্নমক্লা য়াবিরবা অদুগুম্বা মীওই অদু ইবুধৌ পাখঙবনা হরাওএ। মখোয় অদুবু মীথোই মীহেনবা মী মরু মী মহেন থৱায় চঙখোনবা কৌএ। মখা তাথরকপদা অসুম্না অমুক ইরি-

*ঐগী ঐ হকচাং মনুংদা ৱায়েনলিবা লাই ৪ লৈয়ে হায়বা খংও।। মখোয় ৪ মানা থৱাই হকসাং মনিং তমনা অফ ফৎতা ৱায়েনলিএ।। ৱায়েনলিবা লাই ৪ মাবু মশক খংনবা হায়গেঃ- লাই অমদি পুক্লিংনে।। লাই অমদি লৌশিংনে।। লাই অমদি লিনজেননে।। লাই অমদি খোইজেননে।। মখোই ৪ মাগি মচৎ মশক মচু, অফা ফৎতা তৌরিববু খংও।। লৌশিংনা ৱায়েনলিবনে।। মানা চৎলিবা লমচৎসুং লমলোং কয়া সুবানো? লিংজেন হিদেন কদাইদা তারিবনো? খোইজেননা অফা ফৎতা করম্বু ওইএ হায়না য়াজরিবনো।। মখোই ৪ মানা অহিং নোংথিন নাইদনা, থৱাই লৈরিবা খিবিকতা ৱায়েনলিবগী মতম করিগুম্বদা অফা ফৎতা পোকহনয়ে।। মফম করম্বদা মতৌ ফৎতাবা কললক য়েক্লবা থৌরম তৌহৈদবা খৈবিকপু য়ামনা ৱোম্নমা তৌনহলিএ।। অফা ফৎতা মাবু ৱায়েন থৌদারিবা ৪ মা অসিবু খুদুম চললাবদি মপু কৌবা লাই হয়ি হায়রিবা চাগেসুং নিংদরবা মহাক্লা হরাওনা লৌবিএ।। (সাকোক লমলেন)*

লাইরিকসিগী লোইশিল্লকপদা ***"হে নিংথৌ খাগেম্বা ও। গুরু ঐখোয় অহমানা সাকোক লমলেন অহানবা চকপরোন অহুইবাবু ইপাব্রানে ইপুব্রানে হায়বগী হম্না হম্না হায়রমলবনে"*** হায়না ইরি। ব্রাফমশিং অসিনা খাগেম্বগী মতমদদি সনামহী অমসুং পাখঙববু হান্নদগী অব্রাংবা ব্রাখল্লোনগা লোয়ননা নীংবা হৌরকখি হায়বদু উৎলি।

অরিবা খূৎই লাইরিক ***সনামহি লাইহুই*** অমসুং ***সনামহি লাইকন*** দা নিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্তা সনামহীবু লাই ওইনা হান্না লাৎন নীংনরম্বদগী হেন্না অথোইবা লাই ওইনা লাৎপগী ইঙ্গিৎ কয়া পীরি। লাইরিকসিদা নিংথৌ খাগেম্বগী মচা ইবুংঙো ওইনা সনামহীনা শাইওল্লকপগী মতাংশিং অরিবা লাইরিক ***সনামহি লাইহুই*** দা অসুন্না থারি-

> *শাল ওনয়াম্না খোইয়ুম অশীবদি মৈতৈংঙু শেলবী খাগেম্বগী মশানৌ কোরৌ নোংথিনচাইবীগী য়োইবু চরৈ ফিশেংনোংদা লোইদাম হিয়াঙ্গৈ থা নিনমাঙ তরানি পানবা থাংজ নুমিংকি ইনুং শোইয়াইমদা মশাবী তাইবং শোরারেনগা মোল্লাংতপাইথক্তা য়াতা নোংদা অব্রাং ফাল্লৌ লাইখোম্না হৈরাং মচয়ান তউজিং মক পাল্লরে।* (এম. গৌরচন্দ্র, ১৯৮২ঃ৫)।

সনামহীনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচা ওইনা শাইওনলক্লগা কোরৌ নুমিৎ খরনি লৈরম্লগা তাইবঙ খাইবা (সনামহী) ওইনা তাইবঙ মীওইবদগী শকউদনা মাঙখিবগী মতাংদা ***সনামহি লাইকন*** দা অসুন্না ইরি-

> *কোরৌ নোংজা খুদিংদা য়োইময়াইনা কাবদা কামিন্না থবি লোইদাম্বনা তান্‌বদা তানমিন্না নব্রা য়োই-ওইরক্লবদা সনা খোংশি মনিল-নাই খুৎশি পানেন্‌হৌ কোনখু নিংথেন্না নাউপুববু ওকয়া তেমচিন-শা পুনুং ফুরিৎ খাউহুক-লিৎ কাংজৈ হুমতং পায়না মোংবা থাংঙা য়িমজাউনুংদা সনা তোয়তৌরিঙৈ লাইরেন মৈতিংঙুনা শংগাই মাংগোনলোয়দগী চনৌ হুইচিনতুবু কংলা ফমতোংগে হায়না তুবি য়াথোক্লকপদা লিকলাই মপারী অহন্‌বনা লাইরেন মৈতৈঙুগী চরৈ ফিজি ওংলা পায়না তুবি হৈনা মতুং*

*ইনগেহায়না পাউমেন্‌ওম্ববু লিক্লাই ইপারী-ও! অঙাং নাব্রা ওইরিঙৈদদি কংলা ফমদোংববু হৈনা তুংইন-হৈদে হায়না থৌখাম্লবদা মৈতিংঙু মচা অহনবদি লাইরেন ৱাইচিক-চীক অচীকপা ৱায়রংকোন অকোন্‌বা কাউখং-কোন কাউবি যনথোককোনতিংদ উনকোইফমদা সনা তোয়তৌরিঙৈ কোরৌ নোংলাংপান মালেম লয়খারোনগী খোইমোম লেংনা তিনবা পুম্ন মকনা চীংঙু মালেম অশেম্‌বা খোইমোম কোরৌ অশাবা অপোক অশি নোংদমলিবা নঙ্‌না তাইবং চাক্‌চা মতোল লোম্না পাম্লবদি খোইমোম-লাইরুপ পুম্নমানচিংনা নমুপোংওইবসুং থৱাই নিংশা হোনলিবা খৈবিকসুং পুম্না মাঙলঙৈনে হায়না মৈতিংঙু মচা অহনবগী লিক্লাই নাকোং থোঙজাউরেনদা চীংঙু লাইরুপ পুম্নমাগী খোইমোম পাউজেল অরুববু তারবগী লাইরেন শেনবি খগেমবা মপারী লিক্লাই সনা ৱাপিহনদি মালং ফৈন্‌চিন-ওই খম্‌কোন নোংলৈ ওইনা কেরৌ কুপতুম-কুপ ৱাংবন লংদুম সনা হকশাং পুনা খোইমোম লাই ওইখিয়ে হাইদবরা। (ওইনাম ভোগেশ্বর, ১৯৬৭:৪২,৪৩)।*

খাগেম্বা লাংজৈ দা ইরিবা অসিগা মান্নবা ৱারী ***সনামহি লাইহুই*** দসু ইরম্মী । ইরম্লীবা লাইগী ওইবা ৱারী অসিনা লাইনিংথৌ সনামহী হান্না নীংনরম্বা অদুদগী হেন্না চেৎশিন্না নীংনবা হৌখি হায়বগী খুদম অমা পীরি। খাগেম্বগী মতমসি পুৱারীগী ওইবা মীৎয়েংদগী য়েংলুরগসু লানদা মাইথিরবা মুস্লিমশিং মণিপুরদা খুন্দাহনখিবা মতমনি। অতোপ্পা কলচরগী মীওই কাংলূপ অমনা লমদমসিদা খুন্দাহনখিবদা কাংলূপতুগী কলচরনা নাইকোয়ননা শাফু খরা পীফম থোকই। অদুবু খাগেম্বা নিংথৌনা হান্না লৈজরম্বা লমদমসিগী মীতৈগী লাইনীং-লাইশোল ঈরাৎ-থৌনিদা হেন্না মপানগী লাইনীং-লাইশোননা শাফু পীদনবা হোৎনখি হায়বসি নিংথৌসিগী মতমদা মীতৈগী লৈজরম্বা চৎন-থাজনবী লাইনীং-লাইশোন্দা হেন্না পুক্লিং চীংশিনখিবা অসিনা উৎলি। লোইননা নিংথৌশিগী হাক্তক্তা অচুম্বা অমসুং অৱাংবা ৱাখল্লোনগী লাইনীং লীচৎকি ৱাখল কয়া মথক্কী ৱাফম অসিনা উৎলি।

# ঈরাৎ-থৌনি

ফূরুপ খুদিংগী মাগী-মাগী চৎন-থাজনবীগা থাগোন্নবা ঈরাৎ-থৌনি লাইথৌ-তীনথৌ লৈনৈ। মীতৈ ফুরুপকিসু য়েলহৌঙৈদগী হৌনা তৎন-থানদনা থাগোন্নরকপা ঈরাৎ-থৌনি কয়া অমা লৈরি। মতমগী মতুং ইন্না লাইনীং-লীচৎতা হাপচিল্লকপা অমসুং অহোংবা লাকপগী মতুং ইন্না ঈরাৎ-থৌনিগী মশক্কুসু হাপকৎলকপা অমসুং অহোংবা লাকপসু য়াওই। অখণ্ড অহৈশিংগী ৱাখল্লোন মতুং ইন্না ঈরাৎ থৌনিশি মখল অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই- মদুদি (ক) খুদম-খুদকী ওইনা মফম-মতমগী তঙাইফদবা মতাংগী মতুং ইন্না পাংথোকপা ঈরাৎ-থৌনি। (খ) মীওইবগী পুন্সিগা মরী লৈনবা পোকপা শিবা, লুহোংবা অসিনচিংবদা লোইনবা ঈরাৎ-থৌনি, (গ) কুম অমগী অকক্লবা থাবান অমসুং নুমিৎতা পাংথোকপা ঈরাৎ-থৌনি। মসিগী মতাংদা জোহন জে কোলিন্সকী *এন্থ্রোপোলোজি কলচর, সোসাইটি এণ্ড ইবোলুশন*দা অসুম্না ৱাখল্লোন পীরম্মী-

> *Supbernatural practices, sometimes called ritual or ceremonies are of many different types ... The first we can call critical supernatural practices. these rituals occur in response to some crisis or need and hence they occur intermittently-whenever such situation arises. These include activities surrounding such things as war, sickness, and wanting to know what the future holds, and their occurrance usually cannot be predicted. A second major type of supernatural practice may be called cyclical. These ritual occur in a fairly predictable sequence but are not tied down to any specific date throughout the year. Finally, there are supernatural practices of a calendrical natures...*
> (Collins, 1975:425).

মথক্তা হায়রিবা ঈরাৎ-থৌনি মখল অহুমসি মীতৈ ফূরুপকীসু ঙল্লিংঙৈ মতমদগী লৈজরকই। মীতৈ ফূরুপকীসু ক্রিটিকেল রিচুয়েল হায়রিবা খুদক-খুদক্কী ওইবা মফম অমসুং মফম-মতমগী মত্তাংগী মতুং ইন্না পাংথোকপা ঈরাৎ-থৌনি কয়া অমা পাঙথোক্লরক্লি। খুদম ওইনা, খংলাক-খংজিনদা, অনা-অয়েক, লাইওক-তীনওক্লবা, শা-লান, মৈহৌ-লাংপোকনচিংবদা পাঙথোকপা ঈরাৎ থৌনি কয়া অমা লৈরি। শন্না হায়রবদা, লাইওক-তীনওক্লবা অপাইবা থৌদোক লাংফমশিংদা পাঙথোকপা-থৌ তৌবা, চবান থাবা, খয়োম লাকপা অসিনচিংবসি খুদম ওইনা পনবা য়াই। শা-লানদা মাই পাক্লবা ঈরাৎ থৌনিবগী মতাংদা খুদম ওইনা *চৈথারোল কুম্বাবা* দা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী হাক্তক্তা ক্যাম্বনা কবো ক্যাং ঙম্নবগীদমক খারি চীংখোংদা শন্দং অমা ঈরাৎপগী ব্রাফম য়াওরিবসি পনবা য়াই। *(লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ঃ১৯)* কুমথি-কুমগাংবা নোং-চিং তাদবা মতমদা পাংথোকপা ঈরাৎ-থৌনি কয়া অমসু অরিবা খূৎই লায়রিকশিংদা পল্লম্মী। খুদম ওইনা অমত্তং পল্লবদা, অরিবা খূৎই লাইরিক *থিরেন লায়াৎ* তা কুমথি কুমগাংবা থোক্লবদি করি করম্না ঈরাৎকদগে হায়বগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

> *নোংলুমবনা লংমাইচিং কাদনা ইরোই মচি খুবোম ফাবা অমা তুদুনা মাইকৈ চিথেক নিপানদা সদুম ঙাতুম হুন্না লাংকদনে। লাংলবগা চিংতোনদা পুখ্রি অমা লৈবনে। ঈশিং লৈতনা কংনা লৈবা অদুবু নোংলুমবুনা কোনয়াই থাদুনা লংমাইচিংদা অকংবা লৈপাক অদুদগী পুখ্রি থলনা সৌখৎলকপনে* (এন. ইবোচৌবা, ১৯৮১ঃ৪১)।

অসুম্না করম্বা মতমদা পাঙথোক্কদগে খঙদবা খুদক-খুদক্কী ওইনা তঙাইফদবা মরমগী ওইনা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনি কয়া পাঙথোকনরক্লি।

চহী খুদিংগী অকক্লবা থাবান, নুমিৎতা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনি কয়া অমসু ঙল্লিঙৈ মতমদগী পাঙথোরক্লি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা পুব্রারীগী অঙনবা শরুক্তগী পাঙথোক্লরক্লিবা ঈরাৎ-থৌনি খরদং পল্লবদা, লমতা থাংজগী শরোয়খাঙবা, কোংবা লৈথোং ফাৎপা শজিবু লৈখুন ফুনবা, শীংশৎপা, পাখঙবা চেংহোঙবা, সনামহী চেংহোঙবা, নোংমাইজিং চিংশেংবা অসিনচিংবনি।

মীওইবগী পুন্সিদা সাইকল নাইনা লাকপা থৌরমশিংগা মরী লৈননা পাঙথোকপা ঈরাৎ- থৌনি কয়া অমসু লৈরি। মদুদি, পোকপা-শিবা, লুহোংবা অসিনচিংবদা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনিশিং।

## খুদক-খুদক্কী ওইনা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনি খরা

খুদক-খুদক্কী তঙাইফদবগী মতুংইন্না পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনি মখল কয়া অমা ঙল্লিঙৈ মতমদগী পাঙথোক্লরকপগী ব্রাফশিং অরিবা খূৎই লাইরিকশিংদা থেংনৈ। খুদম ওইনা, শা-লান থোকলকপদা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনিশিং, লাইওক-তীনওক্লবদগী অনা-অয়েক থোকপনচিংবদা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনিশিং, য়ুমদা চংহৈদবা থব্রায়-পানবা শা-উচেক খঙহৌদনা চংলকপদা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনিশিং অসিনচিংবা।

শা-লান থোকপাদা য়েক্লববু খুদুম চনবা, লোই চনবা ঙম্লবগী ঈরাৎ-থৌনি মখল কয়গী মতাংদা অরিবা খূৎই লাইরিক *নুংলোন* দা য়াওরি। খুদম ওইনা "মোইরাংগী চিথেক্তা চৌব্রিপুঙ কৌপা লৈপানে। য়াই কৌপা নুঙ অমা লৈপনে ঙাক্লানএ। মমিংদি থাংজিং কৌএ। ইরাৎতি ঈ অমনা লাৎও ফৈএ। মীবু ঙমএ। মথংদা তাখোঙপুঙ কৌবা অমা লৈপনে। হি কৌবা নুঙ অমা লৈপনে। মচুদি ঙাংনা লাংএ। মশকতি অমমপাকি মশকনে। এংপা কিএ। ইরাৎতি ওকনা লাৎও মীপু লোই চনপা ঙমপানে।" অসুম্না শা-লান থোকপদা ঈরাৎ থৌনি কয়া তৌদুনা য়েক্লবা খুদুম চন্দুনা য়েক্লবা মাইথিবা পীনবা, লোই চনবা ঙম্লবা ব্রাফম কয়া পল্লম্বা থেংনৈ।

অনা-অয়েক থোকপদা লাইওক তীনওক তৌবদা মখল-মখা কয়াগী ঈরাৎ-চবান, খয়োম লাকপা, থৌ তৌবগী মরম কয়া ঈরাৎলোনগী লাইহরিকশিংদা য়াওরি। খুদম ওইনা অমত্তং পল্লবদা- মাইগৈ-সলাই খঙদনা ঙাওনা ফৈনা নারবদা হিয়াং অথৌবা খুরুমদুনা ঈরাৎ-চবান পাঙথোক্লে। খুরুম্বগী মওং অমসুং পোৎচং চৈজঙদি-

*ফিরোল১০, শেল ৯, য়োৎ ২, ফি মরাক তাইবা ২, য়েন ১, শাকৎফু (উয়াল), চাবানফু (চফু) মনুংদা মচাক মথুম হানবা, ঈরাৎ পুন১ য়ুখন ১, য়েংথৌ উতোং৭ ঈশিং অচেনবদা লফু তুংগানা পোং অহুম শেমলগা নমখাং হাপপো ফি চিথেক মরিদা ফিরাল ৪, থাউমৈ ৪ থেংলো হৈরম-লৈরম, হৈকন-লাকন অথুম-অহাউ হাপপো লা উপনা থাউ, চালুক শেম্লো, লাইশোনদি- কক লাউবা ককশা ত্রাওবা, নেংত্রাউবা, লৈশিলেংথাবা, তোংশা ওইবা, লমজা মপি শুমদোং লাংদোংজা লংসুং নখুত্তৈগী লাইয়িংথৌ শিদবা থ্রং ৩ হায়রগা হুপ হায়, চী হায়, ৩ লক শোল্লো। মখাদা-হেং হিয়াং অথৌবা ও শাদা লানদা শিবা, মীশি খংদবা মীশি ফত্তন শিবা পুন্নমক অফা, অরাল অহুম অরৈ পুম্বা নংনা ঙাকপিয়ো হায়বগী নংগী চাকচা পীরবনে হায়না চাক য়েনশাং অদুবু তুঙ্গা পোং মথক অদুদা হাপ্পুনা ঈশিং অচেনবদা থাদখো।* (মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী, ১৯৮৭ঃ২৩)।

অসুম্না খুদক খুদক্কী ওইনা লাইওক তীনওক্লবদা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনি কয়া পাঙথোকলম্মী।

য়ুমদা চঙহৈদবা শা উচেক চংবদা, খুদক-খুদক্কী ওইনা মকুনা, ককয়েন্না, খরংনা, উচেক শরুবি, মোংবা, উরোক, উশাই, লিন অসিনচিংবনা য়ুমদা চংবগী ঈরাৎ থৌনি লাইশোন কয়াসু ঈরাৎ থৌনিরোল লাইহরিকশিংদা য়াওরি। খুদম ওইনা পল্লবদা মকুনা য়ুমদা চংবগী ইরাৎ থৌনি, লাইশোন-তীনশোন পোৎচঙ-চৈজঙদি-মুংফি ১, চেং, য়েরুম, লফোই লফাং ১, হৈ, লৈ, পানা ক্বা, খরাই মরি

পানবা অমদা মদু য়ান্নবা থাং ১, য়োৎ ফিরাক ২, শেল ২, লফুৎ ১, কোনয়াই পু ১, তূম ১ লৈদি খরাই মনুংদা হাপও। শা তোংবগী তুম ১, খরাই ১, মুংফি ১ থাও ও। লা লোংনা থা-ও। চেং য়েরুম, হৈ লৈ, পানা ক্বা থা-ও, মকুদি শা তোংবগী মমাংদা থা-ও। লাইশোনদি- হে মকুও নমিংদি কুহিং কৌতবরা লহালতা নঙবু লাইগী য়িমদা চংউ তমদে। য়োয়মোংবনা শাবা য়িমদা কতৌব চংবনো হায়না শোনলো। মদুদি মবুক্তি থাঙনা খায়পোক য়নখায় ও। লফুৎ থানা য়ান ও। উপন অমা লোংন ফুমমো। মচাকতি মমাংদা থা-ও। মহাকতি য়িমচিন মপাদা ফুম্মো। শা তোংবগী লাইশোনদি লাইয়িংথৌ লৈপাক নোংথৌ লৈতরিঙৈগী নঙকি রোংনা ঙাওরে। নঙকি রোংনা অসিবু তৌহলকুনো। অফব নুঙাইবদুম কুবিরমও হায়না শোনলো। *(ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র, ১৯৮৮ ঃ ৩৬, ৩৭, ৩৮)।* মতৌ অসুন্না য়ুমদা চংহৈদবা উচেক ৱায়া থৱায় পানবা চংহৈদবা চঙবদা ওইবা ঈরাৎ-থৌনি লাইশোন-তীনশোন কয়া পাঙথোকনরকই।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমসি ঈরাৎ -থৌনিদা য়াম্না পুক্লিং থিংজিনবা অমসুং খুম্মাং চাউশিল্লকপা মতমনি হায়বসি নিংথৌসিগী হাক্তক্তা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনিশিংনা উৎলি- মতাং অমা পল্লবদা *চৈথারোল কুম্বাবা* দা অসুন্না ইরি- লাইশ্রম মাইতেক্কী কুম শক ১৫৫৩ লইয়িংথৌ খাগীঙম্বনা লমদা থা ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশদা কংলা হৌএ। তন্না হোঙএ। কৌব্রুনচিংনা লাই খিবিকপু কুচুদা ফিচং খনদুন ইরোই ১০০ হামেঙ ১০০ য়াও ১০০ শন ১০০ কাঙঙা ১০০ ঙানু ১০০ খুনু ১০০ য়েন ১০০ ওক ১০০ হুই ১০০ হৈ-লৈ লৈরিবা খিবিকপু মশীং ১০০।১০০ থিঙম হায়ঙমদনা থৌনিদুনা পুন্সি লৈনিএ। **(লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ ঃ ৩৮)**। মথক্কী খুদম খরসিদগী মীতৈশিংনা খুদক-খুদক্কী ওইবা ঈরাৎ থৌনি কয়া ঙল্লিঙৈ মতমদগী পাঙথোকনরকই হায়বদু তশেং-তশেংনা হায়বা ঙম্মী।

## অকক্লবা নুমিৎ থাবানশিংদা পাঙথোকপা ঈরাৎ - থৌনিশিং

কোংবা লৈথোং ফাৎপা শজিবু লৈখুন ফুনবা ঈরাৎ-থৌনি অসি মীতৈ ফূরুপকী য়েলহৌঙৈদগী পাঙথোরক্লিবা থোইদোক্লা মরু ওইবা ঈরাৎ-থৌনি অমনি। চহী খুদিংগী শজিবু থাগী পানখৎলকপগী খূৎথেক্তা তরেৎনিশুবা নুমিৎকী অয়ুক্তা পাঙথোকপা থৌরম অমনি। মসিগী মতাংদা ***খুনুং লিচৎ শাজৎ*** তা অসুম্না ইরি-

> *লোইদাম শাজিফোয় থাগী পানখৎলকপা তরেৎনি পানবদা কোংবা লৈথোঙ ফাৎপা শজিফোয় লৈখুনফুনবা পাখংবা পুরৈরোম্বা অনীমকপু ঈরাৎলে। মফমদি কোংবনে। লাইফম অনী অদু নকননা লৈএ। লাই অনী অদু ঈরাৎপদি চীঙ্গু মরমবু খোইয়ুম মমাইবনা ঈরাৎলি।* (থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ : ৯)

থৌনি অসি লৈপাক নিংথৌ য়াইফনবা অমদি কুমদুদা থোক্লগদবা অফ-ফত্ত খঙবা ঙম্নবা ঈরাৎ-থৌনি মখল অমনি। পাঙথোক্লিবা মফম্না কোংবা তুরেলগীনা নোংপোক অদুগা ঈরিল তুরেলগীনা নোংচুপ থংবদা লৈরিবা নুংথিল চাইবা লৌকোনদা পাংথোকই। মসিগী মতাংদা ***হিন্দু পর্ব্বদিন*** দা অসুম্না ইরি-

> *মফম অসি কোংবা তুরেলগীদি মমাং ইরিল তুরেলগী মনিং থংবদা লৈবা নুংথিল চাইবা লৌকোলমক্তদনি থৌরম অসি তৌবদি শজিবু থাগী ৭ নি পানবদা তৌগদবনি।* (নিংঙোম্বম ইবোবী, ১৯৮১ : ১০)।

থৌনিফম মফম অসিদা খঙ্গাংননা মমাই মথা ওন্না লৈপুঙ মচা অনীথকসু লৈ। নোংপোক থংবা লৈপুঙনা অঙোম পোকপা পুরৈরোম্বগীনি। অদুগা নোংচুপ থংবা লৈপুঙনা নিংথেম পোকপা

পাখংবগীনি। থৌনিফম অসিগী মৈরম ওইরপ্পা লম অহিংবা হায়না খঙনবা মফম অমা লৈ। মসি ঈরাৎপগী খয়োম লাকফমনি।

ঈরাৎ-থৌনি অসি কোংবগী লাইফমদা পাঙথোক্লিঙৈগী মমাংদা অরিবা কোনুং কংলাদা পাঙথোকলম্মী হায়বগী মতাংদা ***কংলৈ নিংথৌ চহী***দা অসুন্না ইরি-

> *নোংদা লাইরেল পাখংবগী মথক্তা পানখিবা পাখংবা লৈনুং লেঙ্গা অরিবনা পলেম পন্থৌ ২ না য়াংদৌবী য়াংদৌবা কৌনা কুমজা থাজা শাখিবগী লৈথোং ফাংফমদি কংলা লৈথোংদা ফাৎতুনা থৌনিরমই। মথংদা কুমশিংবু কুমলোম্নরে। থাজবু থারোম্নরে হায়বগীদমক্তা তোকখিদুনা কোংবা লৈথোং ফাংখিয়ে। অসুন্না কুম্বারোল পুয়াদা নিংথিনা ইরি।* (ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র, ১৯৬৫ : ৫)

মথক্কী ৱাফম অসিগী মতুং ইন্নদি কংলাদা লৈথোং ফাৎলম্বদগী কোংবদা হোংলকপনি হায়বসিনি। অরিবা খূৎই লাইরিক ***থারোন*** দসু ঈরাৎ-থৌনি অসিবু শজিবু থাদা কোংবদা পাঙথোকই হায়বগী মতাংদা অসুন্না ইরি-

> *লোইদাম শজিফোয় থা য়ারৌ সচি সয়া কেনববু চিরেল অমরক হুনবা থা কোংবা লৈথোং ফাৎ সাজিফু লৈখুন ফুন মদোম সয়ি লাৎ ...।* (এন, ইবোচৌবা, ১৯৮২ : ৬)

ৱাফমশিং অসিনা কোংবা লৈথোং ফাৎপা শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়বসি য়েলহৌঙৈদগী পাঙথোরক্লিবা মরুওইবা থৌরম অমনি হায়বদু উৎলি। থৌরম অসি ঙসি ফাওবা থায়নদগী হৌনা সনা কোনুংগী পন্ডিৎ লোয়শঙনা পাঙথোক্লুনা লাক্লি। ***খুনুং লিচৎ শাজৎ*** তদি ঈরাৎপগী থৌরমসি চীংঙু মরমবু খোইয়ুম মমাইবনা ঈরাৎলি হায়না ইরম্মী। শম্না হায়রগা মাইবনা ঈরাৎলি হায়বনি। ঈরাৎ-থৌনি অসিদা চংগদবা পোৎচঙ-চৈজঙ পুম্নমক সনা কোনুংনা পুথোকই হায়না ঙারিয়ানবম

কুলচন্দ্র সনা কোনুংগী পন্ডিৎ অচৌবনা তাকপিরকই। ঈরাৎ-থৌনি অসিদা চংগদবা পোৎচঙ চৈজঙগী মতাংদা অরিবা খূৎই লাইরিক *থৌদৌ মসিন*দা অসিদা অসুম্না ইরি-

*লৈথোং ফাৎপা পোৎয়াউতী ফমফি মারাক তাইবা ২ ॥ খুদৈ ৪ ॥ থাকল ২ ॥ য়োৎখুনেৎ ৪ ॥ লাইয়িংথৌকী ফিরোই অসুবা ২ ॥ লাইরেমমাকি ফিরোই অসুবা ২ ॥ সেল খুনেৎ ৮ ॥ লাংথ্রৈ খুদাপ ২ ॥ হৈ মনম নাইবা ২ ॥ লৈসং ২॥ লফোই লাফাং ১০॥ কা ১০॥ মনা ১০॥ চু হৈ ॥ অথুম অহাউ॥ হৈকল লাকল॥ বুচাল খুদাপ ২ ॥ কমবি ২ ॥ খোইচু লৈখাম ॥ রাইসেং॥ ফৌতাং সংবাই ২ ॥ লিকোল ঙারি ঙাতাং॥ থুম কাকুপ॥ সেল কাকুপ॥ খোইরু থাওমৈ ২ ॥ কোনয়াই পু ৪ ॥ খারুং ২ ॥ য়েরুম ২ ॥ চেং বুতোং ২ ॥ খাবৈ ২ ॥ চেকপ ২ ॥ য়োৎসাবি ২ ॥ ঙাংখ ২ ॥ বালদোল ২ ॥ নাহৈফু ২ ॥ সারেং ২ ॥ ঙাতেল ২ ॥ ঙামু২০॥ ঙানোই ২০॥ চেং চেংকোক ১ ॥ থাউ খুমখাই ১ ॥ হবাই বুতোং ৫ ॥ থুম ৪ ॥ মোরোক বুতোং ৪ ॥ সিং সিংবুল ২ ॥ লা লাকোল ৫ ॥ থাংচৌ ২ ॥ লৈতৌ য়োৎ ২ ॥ লাইকী তখিনা অসিনে॥- ॥ মাইবগী য়াংকোক ১ ॥ ফমফি মরাক তাইবা ১ ॥ থাকল ১ ॥ লাইনিংথৌকী ফিরোই॥ অসুপা ১ ॥ লাইরেমমাকি ফিরোই অসুপা ১ ॥ লাফোই লাফাং ৫ ॥ হৈ মনম নাইবা ১ ॥ লৈসং ১ ॥ খোইরু থাউমৈ ৫ ॥ বুচিরা ৫ ॥ সংকাই ১ ॥ আথুম আহাউ॥ হৈকল লাকল॥ চু হৈ ॥ কোনয়াই পু ১ ॥ নাহৈফু ১ ॥ অসিনে।। লাই পুনবা খুদৈ ২ ॥ হৈরুক ২ পানা ২ ॥ মৈবাকি কা ৫ ॥ মনা ৫ ॥ অসিনে॥* (থৌদৌ মসিন)

ঈরাৎ-থৌনি অসি হকথেংননা য়াওজরুবা মতমদদি ***থৌদৌ মসিন*** দা পীরল্লীবা পোৎচঙ্‌ অসিগী মথক্তা অহেনবা খরসু থেংনজরকই। মদুদি- চোং অনী, লৈ অঙৌবা, লৈ অঙাংবা, উচিরা ৮ অসিনচিংবনি। মসিদা লৈ অঙৌবা অমসুং অঙাংবা অনীগী শিজিন্নফম খেন্নৈ। অঙৌবা লৈনা অঙোম পোকপা পুরৈরোম্বগীদা কৎলি অদুগা অঙাংবা লৈনা নিংথেম পোকপা পাখংবগীদা কৎলি। লৈ মচু অনী অসি লাইফম অনীসিদা

ওন্ননা কৎপা য়াদে হায়না সনা কোনুংগী পন্ডিৎ অচৌবা ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্রনা তাকপীরকই। ঈরাৎ-থৌনি অসি সনা কোনুংগী পন্ডিৎ লোয়শঙদগী পেনা শকপা অশৈবা য়াওনা অমাইবা অহুমদগী তাদনা ঈরাৎপদা চঙ্গদবা পোৎচঙ্ - চৈজঙ্গা লোয়ননা কোংবগী ঈরাৎফমদা, অয়ুক নুমিৎনা ন্নাতোন য়ৌদ্রিঙৈদা সনা কোনুংদগী খোঙশাল্লকই। অসুম্না খোঙশাল্লকপনা কোংবা তুরেলগী মমাং থংবদা ঈরাৎফম মপা ওইরপ্না খুনদুগী মীওইশিংনা লৈথোং ফাৎপগী পল্লী হায়না খঙনবা লম্বী অসিদা অমাইবশিংনা খোঙ্লেংলকই। মসি নত্তনা অতোপ্পা লম্বী অমদা চৎপা তৌহৈদে হায়বা অচেৎপা থাজনবী অদু ঙসি ফাওবা সনা কোনুংগী অমাইবশিংনা ঙাক্লা চৎলি।

অমাইবশিংনা হেক য়ৌবগা ঈরাৎ-থৌনিগদৌরিবা অঙোম পোকপা পুরৈরোম্বা অমদি নিংথেম পোকপা পাখঙবা অনীগী লাইফমশিং নিংথিনা শেংদোকই। লাইফম অনীদা উচিৱা য়ুংদুনা থাকল খনগৎলী। লাইগী ফমফি থাদুনা ফিরোই ফিঙাম শুনা থোনলি। মথক্তা পীরিবা পোৎচঙশিংসি লাই অনীগী তোঙান-তোঙান্না হাপ্পী অমাইবা অমনা খয়োম লাকনবা খয়োম অনী শেম্মী। থৌনি অসিগীদমক অখন্ননা থল্লবা লম-অহিংবা হায়রিবা খয়োম লাকফমদা অমাইবনা খয়োম লাকই। মসি লৈকংদা লাকপা খায়োমনি। খয়োম অনীদু অঙোম পোকপগীনা খূৎ য়েৎনা অদুগা নিংথেম পোকপগীনা খূৎ ওইনা পায়। খয়োম লাকপা লোইবগা সনা কোনয়াই হুন্দুনা খয়োমদু লৈনুংদা ফুমজিল্লি। খয়োম লাকপা হৌখিবগা ইকান কান্নদনা অমাইবা অমমম্না পুরৈরোম্বা অমদি পাখঙবগী লাইফম অনীদা লাইশোনশিংগা লোয়ননা থৌনিবা হৌই। লাইশোনশিং অদুদি ইরু লাইশোন, অনম অথৌ, নাহৈরোল, লম্মিৎলোন, অপোকলোন, অতাই লাইশোনশিং শোল্লি। অমাইবনা শোনবা লোইবগা খুঞ্জাশিংসু খুরুমনৈ। মসিদগীদি লাইফম অনিদা খল্লিবা থাকন, লাইগী ফিরোই ফিঙাম, হৈ লৈনচিংবা কায়থোক্কুনা খুঞ্জাশিং অমদি থৌনিবা য়াওরিবা মীপুম খুদিংমক্তা হৈ-লৈশিংদু য়েছোকই। লৈপাক

তৌবা হৌরমদায়দা সনা কোনয়ায় হুল্লি। অমাইবনা য়োৎপাক পায়দুনা লাইফমদু তৌই। অহানবগী য়োৎলৈ মঙাদি অমাইবনা তৌই। য়োৎলৈ মঙা কাঙবদা থেংনরকপা তীন-কাং পোৎলম পুম্নমক লাইফম অনীগী তোঙান-তোঙানবা চফুদা হাপচিনলি। মসিগী মতুংদগীদি খুঞ্জাগী মীশিংনা য়োৎপাক পায়দুনা তৌই। লৈনুংদা লৈরিবা লাই (নূং) অদু ফংদ্রিফাওবা তৌই। লাই হেক ফংবগা লৈপাক তৌবা লেপ্লী। অমাইবনা ফিরোই ফিঙাম কত্তুনা সনা-কোনয়ায় চন্দুনা অমুক ফুমজিল্লি। লাইদা কৎখিবা ফৌ অদু লাইফমদুদা খরা হুঞ্জিল্লি। মসি কুমদুগী মহৈ মরোং ফননবগীদমক্লি হায়না ঙরিয়ানবম কুলচন্দ্র পন্ডিৎ অচৌবনা তাকপীরকই। মসিগী মতুংদা হান্ননা কৎখ্রবা থাকল অমদি ফিরোই ফিঙাম অসুবশিং লাইফম অনীদুদা শেম শাদুনা থনম্মী। মতাং অসিদা লাইফমদা তৌগদবা থৌরমদি লোইরে। মসিগী মতুং তারকপদি লৈতৌবদা ফংলকপা তীন-কাং, পোৎচৈশিং অদু হাপলিবা চফু অনী অদু খুদৈ অহনবা অমমমনা পুন্দুনা অমাইবা অনীগী মঙক্তা য়ান্দুনা অঙোম পোকপনা য়েৎ অমদি নিংথেম পোকপনা ওই থংদুনা সনা কোনুং তম্না খোঙশাল্লকই। সনা কোনুং য়ৌরগা য়ুমজাও লাইরেম্বীগী মমাংদা চফুদু উপশিন্দুনা থমগনি অদুগা কুরু অহুমদা পাউ তমগনি। মঙানি শুবা নুমিৎতা হিচন য়ায়চন পাৎতা তীন-কাং পোৎচৈশিংদু পুদুনা সনা কোনুংগী অমাইবশিংনা কোনচল য়াইচলদুনা থমলুগনি।

লাইদা কৎখিবা ঙা, চেং, অনৌ অপেনশিংদু-লৈথোং ফাৎলিবা খুন অদুগী মফম চাবা অমা য়েংলগা থোংলগা ময়াম চামিন্নৈ। মসিদা চাক থোংবদা চবান য়েংবা হায়বা অমা তৌই। থোংবগী মওংদি চেংদু চফুদা ঈশিং হাপচিল্লগা লারোন তরেৎনা উপ্লা কুপ্লগা পায়ানা পরৈ লৈদুনা চফুগী মঙক্তা পুল্লগা মৈদা থাঙ্গৎতুনা থোংই। থোংবা মতমদা খাবৈ থাদে। মুল্লমলগনি হায়বা মতমদুদা মখুম হাংদোক্লগা চাবান য়েংই। মথক্কী থৌরমশিং অসি লৈথোং ফাৎপা থৌরমদু য়াওরুবদগী উরকপা

শিং অদুনি। লৈতৌবদা ফগুলকপা পোৎ-চৈ অমদি তীন-কাংশিং অদুগী মহৈগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*মতম লৈবা খিবিক্তা লাইফম অনিমক্তা লৈরম্বা পোৎচৈশিং অসি চপ মান্নদে, করিগুম্বদা মান্নবা থরসু য়াওই। মান্নবা মওংদা খুদম থরা লৌখৎচগে (১) অঙোম পোকপা- ১। তিলখাক ২। থরোই অহামবা ৩। পুকশ্রি ৪। তিল্লোক ৫। ইফুৎ (২) নিংথেম পোকপা- ১। তিনখাক ২। থরোই অহামবা ৩। হারৌ ৪। তিল্লোক ৫। ফৌহাম ৬। ঈফুৎ লৈরমই হায়না লৌরসি। ফলদি- তিনখাক, হারৌ লৈরম্বগী তিনকাং কনগদৌরি। থরোই অহাম্বা ফৌহাম লৈরম্বগী ফলদি মহৈ মরোং ফৌহাম চেনগনি। তিল্লোক লৈরম্বগী অঙাং নুবীদা তিল হৌদুনা নাগদৌরি। ঈশিং মচিং নাইগনি অসুম হায়না ফল পীনৈ।* (খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৯৪ ঃ ২৫)।

মতৌ অসুম্না, কোংবদা কোংবা লৈথোং ফাৎপা হায়বসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা ঙসিফাওবা কায়দনা চৎথরিবা ঈরাৎ থৌনি অমা ওইরি। চৎন-থাজনবী লাই-তীনগী ওইবা ব্রারীগী মতুং ইন্না ঈরাৎ থৌনি অসি অদুঙৈ মৈদিংঙু পাখঙবা অমসুং অঙোম পোকপা পুরৈরোম্বগী মতমদগী হৌরক্লে হায়বদু ***কাংলৈ নিংথৌ চহি*** হায়বসিনা ফোঙদোক্লি। ঈরাৎ-থৌনি অসি লৈবাক নিংথৌ য়াইফনবা অমদি কুমগী অফ-ফত্ত থোক্লগদবা কয়াবু খঙননবা পাঙথোকপা থৌরম অমনি।

## লমতা থাংজগী শারোই খাংবা

মীতৈশিংনা চহী খুদিংগী লমতা থাগী অহানবা অমসুং অনীশুবা থাংজদা শারোই খাংবগী থৌরম অসি পূব্রারীগী অঙনবা মতমদগী হৌনা ঙসি ফাওবা পাংথোক্লরী। লমতাগী অহানবা থাংজদা শারোই খাংবনা শারোই ময়াম্না কুম অদুদা শিগদবা মী শিঙথাবা তিন্নবদা শিঙথাবা য়াওহনবিদনবা অচা অথক খাংদোকপনি। অনিশুবা থাংজদা খাংবনা শিঙ থাবদা য়াওখিবা কনাগুম্বা কনবা য়াবা মী য়াওরবদি শৎপিনবা খাংবনি। লমতাগী থাংজ অসি মমাংগী কুম পুবা শারোইগী মথংগী

লাক্কদৌরিবা শারোইগা লাল্লুপ শিন্নবা নুমিৎনি। মখোয়না পুল্লিঙৈদা পেনবীনবগীদমক অচা অথক খাংদোকপনি। শারোই খাংবদা নুপী চঙতাবা মশীংনা খাঙই হায়বদি অহুম, মঙা, তরেৎ অসিনচিংবা। শারোই খাংবা হৌদোকখিবা লাইদি *হৈপোকলৈমা মোনশানবী, লল্লাম্বুং লৈমা হেমোইবী, নোংমৈবুং লৈমা ইমোইনু, লাংজীংলৈমা পীয়াইনু, লীরা লৈমা তেঙ্গোলচাইবী, চীংঙালৈমা লানহৈবী, পীশুম লৈমা শাফবী,* মখোয় তরেৎ অসিনা কুম অদু পুগদবা শরোইগা চৎখিগদবা শরোইগা লাল্লুপ শিন্নবা নুমিৎসিদা কুম অদুদা অনা-অয়েক ঙাকপিদুনা ইংনা নুংঙাইনা পানবা য়ানবা পিজ পিথক তৌদুনা পেলহনখিবা অদুগী মতৌ তমদুনা লৈকাইগী নুপী অহনশিংনা শরোই খাংই। লৈপাক্কী ওইনসু কোনুংগী মাইবীনা মাইকৈ মরীদা শরোই খাংই। **(মোইরাংথেম চন্দ্রসিং ১৯৭৪ ঃ১)**। মীতৈগী চৎনবী শরোই খাংবা অসিদগী ফংবদি লমতা থাগী অহানবা থাংজদা কুম পুবা শরোইনা লাল্লুপ শিন্নবগীদমক লাইরেম্ম তরেৎনা তৌরম্বা থবক অসি মীওইবনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবা হৌবা লমতা থাদগী হৌই হায়না ইরি। লমতা হায়বা ৱাহে অসিমকসু লমদা তাবা হায়বদি খুন তাবা হৌবনি হায়না মোইরাংথেম চন্দ্রসিংনা অই ৱারোল ওইনা পীরম্মী। **(মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, ১৯৭৪ ঃ ১)**।

শরোই খাংবা অসি অয়ুক্তা খাংনৈ। ঙসি ফাওবা চহী খুদিংগী অহানবা অমসুং অনীশুবা থাংজদা লৈকাই লৈকাইদা খুদিংমক্লা মাগী-মাগী লৈকাইশিংদুগী নুপী অহলশিংনা শারোই খাংবগী থৌরম অসি পাংথোক্ল রী।

## লমতাংহবা

লমতা থাগী অহানবা থাংজদা লৈকাই মরিগী খুরাই, ৱাংখৈ, খ্বাই, য়াইস্কুলগী লমদাইবুং মরিদা লমদাইবগী ঈরাৎ-থৌনি পাংথোকই। লমদাইবুং মরি অদুদি খুরাইগীনা খুরাই পুঙ, ৱাংখৈগীনা কোংবা শৌদোন

পুঙ্, য়াইস্কুলগীনা ককব্রাগী লমতাইপুঙ্, খ্বাইগীনা তেরা ব্রাংথোনবী পুঙ্, অসিনি। হায়রিবা মফমশিং অসিদা লমতা থাগী অহানবা থাংজগী নুমিদাংব্রাইরমদা (য়াচংবা মতমদা) লৈপাক নিংথৌগী ওইনা কোনুংগী মাইবনা মতম অমত্তুদা ঈরাৎ-থৌনিসি পাংথোকই। লম তাইবগী মরমদি লৈপাক্কী অনা অয়েক তৌদনবা, অসি অনা নংদনবা, শা লান থোক্তনবা, মহৈ মরোং চুম্নবা, চাবা থকপা ব্রাত্তনবা নুংঙাই য়াইবী মরাং কাইনবগীদমক্তি। অদুগা খুন-খুনগী ওইনা লমতাইবা হায়বা অমসু লৈরী। মখোয়দুদি ইঙাথাদা নুমিৎ থাবান তিঞ্জা লাইচা অফবা য়েংদুনা লমদাইবগী থৌরম পাংথোকনৈ। (মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, ১৯৭৪ ঃ ২)।

## শীং শৎপা

লমতা থাগী অহানবা থাংজ নুমিৎতা লাইয়াম মায়াম তিন্নদুনা লাকদৌবা চহী অদুদা শিগদবা মীগী মীশিং পুন্নমক লাইয়াম খুন্দিন্দুনা শীং থেক্তুনা শীং থাখীবশিং অদুবু শিহনবীগনু হায়না থাখিবশিং অদুবু শৎপীনবা পাংথোকপা থৌনিরোল অদুবু শীংশৎপা হায়না খঙনৈ। থৌরম অসি চৈরাউবা নুমিৎ নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা নুমিদাং ব্রাইরম য়াচংবা মতমদা সনা কোনুংগী আমাইবশিংনা হৈবোক চীংদা লৈরিবা লাইফম অমদা পাংথোকই। থৌরম অসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা কাইদনা পাঙথোকলি। (ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র, ১৯৬৯ ঃ ১)। হায়রিবা থৌনিরোল অসিদা চঙ্বা পোৎচঙ্ অমসুং মরু ওইনা পাংথোক্লিবা থৌরমদি "লাইয়িংথৌগী ফিরোই অসুবা লাইরেম্মগী ফিরোই অশুবা চেংপাক উতোং ৭ কবোক অফাবা শঙ্গোম, চূহি চফু ইব্রাল ১ ফমফী ফিরাক তাইবা অমা,। য়োৎ খুনেৎ ২। সেন খুনেৎ ২। শেন্দাই ১ খোইরু থাওমৈ ৭, য়াম, হৈরম ৭ লৈরম ৭, শিংজু, চেং ইনশাং, নাহৈফু অসি খিবিক্কী পোৎলমনা থৌনি। থৌনিরিবা অসিদা মী-মী অদুগী খুবি তিংখৎলগা, খূৎশা ৪ না খূৎতুম পায়বা শিংনাং অদু খূবিগী মতোন্দগীনা খূদুম অদুগী অরোইবা মফমদা শিংনাং অদু থাংনা ককলগা

মী অদুগী মমিং অদু শিংনাং অদুদা ইরগা লং অহিংবনা য়েৎলগা শেন অমগা হাপতুনা ফি অহনবা অমনা য়োমশিন্দুনা লাইদা থৌনিরুবা অদু লোইরগা নোংঙাল্লগা চৈরাউবা নুমিৎকী অয়ুক্তা মাইবশিংনা মশা-মশাদা মাগী-মাগী চৈ অদু পিরুই। চহী অদুদা শিদ-নাদনা নুংঙাইনা পান্নবগীদমক্তনি হায়দুনা চফু অহনবা অমদা ঈশিং থন্না হাপ্লগা হৈরুক পানা লৈ পরেং অভৌবা কোনয়াই পূ ১ য়াওনা মীওইবগী উশিল শিল্লি। মসি ঙসি ফাওবদা কায়দনা তৌরক্লি। শীংশৎপগী লাইরোল অমসুং উশিলগী ৰারিনচিংবগী লাইরোল কয়ামরুম লৈরিবা ৰারীশিং অদু মাইবনা হায়রিবা থবক অসি কায়দনা তৌরি। (ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র, ১৯৬৯ ঃ ১,২)।

## পোকপা, শিবা অমসুং লুহোংবগা মরী লৈনবা লাইথৌ-তীনথৌশিং

ফুরুপ খুদিংমক্না মাগী-মাগী চৎন-থাজনবী মতুং ইন্না পোকপা-শিবা লুহোংবনচিংবশিং অসি মরী লৈনবা ঈরাৎ-থৌনিগা লোইননা পাংথোক্নরি। মখোয়শিং অসিবু মীওইবগী পুন্সিদা সাইকল নাইনা পাংথোকপা রিচুয়েলশিংনি হায়দুনা ***সাইক্লিকেল রিচুয়েল***হায়নসু খঙনৈ।

> *Cyclical rituals occur in a fairly predictable sequence but are not tied down to a specific date throughout the year. They may be held perhaps every so many years. Initiation of young people into adulthood is perhaps the best example of these* (Collins, 1975 : 425)

সাইক্লিকেল রিচুয়েলশিং অসিগী মনুংদা ফুরুপ অয়াম্বনা পাংথোক্লবদি লাইমিং লৌবা, পোকপা, শিবা, লুহোংবা অসিনচিংবনি। মসিবু রাইট-দি-পেসেজ হায়নসু খঙনৈ।

*Van Gennep give this name, in 1909, to the ceremonials surrounding the arrival of key periods, such as birth, puberty, marriage, and death.* (Tylor 1987 : 461)

হিন্দুগী ধর্ম্ম শাস্ত্রদসু সমস্কারা মখল কয়া পীরি খুদম ওইনা গভর্দান, পুমসাবানা, সিমান্তোন্নয়ানা, জাত্তকমর্ন, নামকরন, অন্নপ্রশ্ন, চুড়াকরন, উপনয়ানা, সমাবতর্ন, বিবাহ অসিনচিংবা। মীতৈ ফুরুপকীসু য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মী অমগী পুন্সিদা থোকলকপা থৌরম কয়া পাংথোক্ল রি। থোইদোক্লা মরু ওইনা মপৃঙ ফানা পাংথোক্লবদি পোকপা, শিবা, লুহোংবগী থৌরমশিং অসিনী। হিন্দু লাইনীং চংলক্লবা মতুংদা লাইমিং লৌবা, লুগুন থাংবা, চুড়াকরন কর্ণর্ভেদ অসিনচিংবসু পাঙথোক্লরকখি। অদুবু নৈনরিবা শরুক অসি হিন্দুগী শমস্কারাগী মমি তাদ্রিঙৈ অঙনবা মতম ফাওবগী ওইবনা পোকপা, শিবা, লুহোংবা অসিগা মরি লৈনবা শরুক্তমক নৈনজরি। *খুনুং লিচৎ শাজৎ* তসু হায়রিবা পোকপা শিবা অমসুং লুহোংবগী লাইথৌশিংদমক ওইনা পল্লম্বা থেংনৈ। ৱাফম অমনা *চৈথারোল কুম্বাবা*দা চনম্বম চিংশোংগী কুমশক ১৫৫৯ ইবুংঙো অহনবা না য়াৎলে হায়না ইরি। অদুবু থোইদোকপা লাইথৌ তীনথৌগা লোইননা পাংথোকপগী ৱাফমদি থেংনদে।

## পোকপগা মরী লৈনবা পাঙথোকপা ঈরাৎ-থৌনি

অতৈ খুন্নাইশিংদা অঙাং অমনা তাইবঙপানদা ফাওরকপা মতমদা মাগী-মাগী চৎন-থাজনবী লাইনীং লীচৎকী মতুং ইন্না অঙাংদুগী তুংগী পুন্সিদা য়াইফনবগীদমক্তা লাইথৌ-তীনথৌ কয়া পাংথোক্লবগুম মীতৈ ফুরুপকীসু য়েলহৌঙৈদগী ঈরাৎ-থৌনিগা লোয়নবা থৌরম কয়া পাংথোক্ল রক্লি। ইপারী ইমোম হায়বা ৱাহৈশিংসি করম্না ওইরকখিবনো হায়বগী মতাংদা অরিবা লাইরিক *থিরেল মৈরম লিবা* দা অমদি *খংমোই য়াংমোই সেকনিং* দা অসুম্না ইরি- য়ীপারি কৌপাতি ইপুকী য়ী আরিপাপু ইপাতা, ইমাতা, ইহকতা, ইতুতা অরিপা মঙানা শারে হায়পাকি য়ীপারি কৌয়ে

*(থিরেন মৈরম লিপা)* মপা হৌখিরাপসুং লিরুনা পোকলারে য়ীপালি কৌয়ে। য়ীতু হোংনাপাকী য়িমোম কৌএ *(খংমোই য়াংমোই সেকনিং)* অসুম্না ইপারি ইমোম অমা তাইবঙদা ফাওরকপা মতমদা মীতৈশিংনা ঈরাৎ থৌনি পাংথোক্লরী।

অঙাং অমা মমাগী শীয়োমনুংদগী তাইবঙপান্দা ফাওরকপা মতমদা, অঙাংদু পোকপদা য়াওরিবা মাইয়োক্লবী মাইবীনচিংবা মীশিংদু পীজ-পীথক তৌগনি। অঙাংদু ঈরু শাদেংবীরগা মপানা অঙাংদুগী নাকোং অনীমক্তা শিদবা মপুগী মিংলেন পীগনি। অদুগা অঙাং অদু খোমলাং লাইজ পীথক্কনিয়ে। পোকপা মতুং নুমিৎ মঙানি শুরবগা তরা চাক, শংলৌ য়েনশাং থোংলগা ইমোইনু অহোংবী তরাচানিংখাক্লা চাকশৌবী, য়েল্লাং য়েননিংখাক্লা য়েনশৌবী, অচি তত্তবী অরাই কংদবীদা কৎলগা মাইবিনা য়াংকোক্তা হাপ্লগা অঙাং অদুগা লোয়ননা কৎলগা অঙাং অদু তরা চউমগনি। অদুগা অঙাংদু মমাদা শিন্নগনি *(থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ ঃ ৬৭)*। অঙাং অমা পোকপদা পাংথোকপা লাইথৌ-তীনথৌগী মশক ওরিবা ইপান থাবা হায়বসি নুপা ওইরগনা তরুকনিদা অদুগা নুপী ওইরগনা মঙানিদা য়ুপান থা ও। থব্রায় খোমসিন পৈশিনবনে হায়না ইরি। *(এন. ইবোচৌবা ১৯৮১ ঃ ৩৪)* /অদুগা পোকপগী তরানি শুবদা নাহায় ইমশেংও হায়নসু লাইরিকসিদা পল্লি। অরিবা খুৎই লাইরিক *মিকৌরেন* দা অঙাং অমা পোকলবা মতুং নুমিৎ ৫ নি শুরবাদ ইপান থাবগী মতাংদা অসুমনা ইরি-

*কোরৌ নুমিৎ মঙানিপু খানপী মৈনিং কুমলাপাকা অসায়ঙৈকি শঙলৌ পানখোক য়েনলাং চানপূ। চমনা ফুৎনা তরা চাহম তমলে। চখোম লুরোয় অমাদি থব্রায় মঙা ফানা চাকনে। মম মম কুক কুক। চখোম লুরোয় আনিসুপাতি মিরেল তরক ফানা চাকনে, মম মম কুক কুক। চখোম লুরোয় অহুম শুপতি অচু অসা খাঙনা চাকনে, মম মম কুক কুক। চখোম লুরোয় মরি*

*সুপতি লোয়তা থাপুম সুনা চাকনে মম মম কুক কুক। চখোম লুরোয় মঙাসুপতি তেংপানপা মাপুকি মখৌচান য়াইফ মিংচৎ চাকনে মম মম কুক কুক। অসিসুঙ মাতোমতে।* ( **মিকৌরোন**)।

অয়ুক্কী থৌরমসি লোইরবগা নুমিদাংদা লাইপক খেল্লাই য়েকপা ঈরাৎলে। খোইমোম লাই লাইরৈপাক্তা নুংনাং কাউখংকোন্দা খোইমোম লাইরৈপাক কোরৌ তাচিনলৈদা চীংঙু নোংথোইরেনদা কৌরৌ নোংদোন ঙান্না সোরারেননা খাকপা নিংথৌ তেনহৈবা ৱাংবা নিংথৌ পানচুম্বা চীংঙু নোংথৌরেননা নমু ফমফম লমশিনবা সারুক লৌতমইনবা লাইপক খেলাই ইবা কোরৌ নোংথোই ফম্বা নুংনাং য়াইবিরেন সিদবা য়াইবি মখোইলেপপা, খাকপা পুরৈরোমবা চীংঙু পুরাং নাকাবা খোংমারোকপু ওনদেবা খোমমারেংবু হনৱাইবা চীংঙু নোংথৌ সোরারেন কৌরৌ নোংদোন নোংসাবা ৱাংবা নিংথৌ লিহৈবা খোইমোম লাইগী লাইনিংথৌ খোইমোম য়াইবি য়েনহৌগী চীংঙু থাবা নোংনিংথৌ খোইমোম পাফন থোইরেনবা চীংঙু নোংখোই মখুৎনেৎ লাঙ্গোই ঙৌনা হেনবা শায়া মরি পানববু লাঙ্গোই খুনেৎনবা কোরৌ চৈখাকপা ৱাংবন তেঙ্থা চুম্বা চীংঙু নোং পাখং অতেংবা নংবু অসি কোরৌ নুমিৎ অসিদা নশুবু লাইপক খেলাই ইবদা য়াইফ মখোই তেংবিরম্মো, চীংঙু কুবিহৈবা খোইমোম নোংদমহৈবা নংবু পুনেমজরিএ। পোৎ কৎকদবদি লাইগী ফিরোই অশুবা অমা, কম্বি নাউরৈখুদা চেংঙৌ ফাহাপনা, লফোই লফাং চং থোকপা অমা, লৈশং অমা, হৈ মনম নাইবা অমা, সনা-লুপা কৎকনি॥ (থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ ঃ ৬৭, ৬৮)।

মথক্তা পল্লল্লিবা ৱাফমশিং অসিগী মতুং ইন্নদি নুমিদাং ইরাৎলিবসি মপুম ওইনা লাইবক খেলাই য়েকপা, নোংদম্বা লাইবুনি হায়বা তাই। অদুনা মালেমদা নৌনা খোঙদারল্লিবা অঙাং অদুদা নুংঙাই য়াইফবা পুন্সিবু নোংদম্বীনবগীদমক ঈরাৎপনি হায়বা য়াই।

ঈরাৎ-থৌনি লাইশোন- তীনশোনশিং অদুগী মনুংদা তেন কাপ্পগী থৌরম অমসু য়াওরি। অঙাং অদুগী মপুমনা (মামা, মাতুন, মমাগী মবুং নৎত্রগা মৌপ্পানা) অঙাং নৱাগী তীনয়েৎ-লাইয়েৎ তীনমু-লাইমু ফত্তবা পুন্নমকপু লাই তাইনবগীদমক্তা শমু মখূৎশু ওইনা তেনশিং মঙা পায়দুনা চিথেক মরিদা চিঙক্কু লাই তাইনবগী, তেনবী য়াইওইবা অমত্তং অঙাং অদুগী খুশু তেন ওইনা পীনবীয়ু হায়না লাইশোন শোনবনচিংবগী অকুপ্পা ৱারোল কয়া *ঈরাৎ থৌনিলোল অমদি লাইশোন তীনশোন* দা ইরি। (মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী, ১৯৮৮)। অমবু ওইরে অমবু ওইরে পাংথোকলিবা থৌরমশিং অদু নৌনা মালেমদা খোঙদারক্লিবা অঙাং অদুগী য়াইফনবগীদমক অমদি পুন্সি নুংশাংনবা য়াইবী মরাং কায়নবা পাংথোকপা থৌরম্নি।

হায়রিবা থৌরমশিং অসিদগী নিংথৌ মচাগীনা খরা খেন্নবগী মওং উবা ফংই। মদুগী খুদমদি *মসিল, লোইন-শিনলোন, লোইয়ুম্বা-শিনয়েন* নচিংবদা চাবোক মসিলগী মতাংদা অসুম্না ইরম্মী কংলৈ মীতৈ (মৈতৈ) লৈমগী ৱাংগোল মসিলগী মতাংদা কনানা করম্বা য়ুম্নাক্লা মৈবা চিংগদগে, কনানা মৈ য়েংগদগে, কনানা মৈ হৌগদগে, কনানা লা খাঙগদগে, কনানা ঈরু মাইথজগদগে। নাউফুমদু কনানা পুগদগে, কনানা ফুমগদগে, করি করম্বা পোৎচঙ চৈজঙ য়াওগদগে ... থৌরম কয়া, পোৎচঙ চৈজঙ কয়াগা, লায়শোন-তীনশোন কয়াগা কোন্ননা পাংথোকলম্মী। অঙাং অদু থা অমা নাউরোইপমনা লৌগনি নুপী পোক্লগনা নুপীনা লৌই, নুপা পোক্লগনা নুপানা লৌই। নিংথৌগী মচা পোকপগীদি মায়োক্লবগী থবক্তু লুখ্রানা তৌফদে। য়ুপান থাবদা লফোই লফাং চঙ থোকপা অনী, হৈ মনম নাইবা অনী, চু-হৈ অথুম-অহাউ, ক্বা, লৈসং অসি য়াওনা অথেনপোৎ অমা, ফৌদাঙ সংবাই অমা, খোম ইনবদসু অথেনপোৎ অমা, ফনেক ইন্নফি, সেল মশিং লিশিং মঙা, মাইয়োক্লবীদা অথেনপোৎ অমা, ফনেক ইন্নফি সেল লিশিং মঙা য়োমই। য়ুম শেংবদা পাচানা ফি

সুই। পাচাকা মাইবগা অনিদি তাইরেলনা হাইথোকই। মবেল য়োকচবিনা অঙাং পর্মই। ফনেক ইন্নফি হোংই। (মসিল)। নিংথৌ মচা পোকলবদি কোরি থরাউচি থোংলেন লমপান ব্রাকপু নিংসা থিংকামনা কসা পাউতাকই। হায়রিবা কাসা পাউতাকপগী থৌরমসি মীচম্নদি তৌদে। অসুম্না কংলৈ মৈতৈ লৈমগী ব্রাংগোল চাবোক মসিলগী মতাংদা য়াম্না কুপ্না *লোইয়ম্বা শিনয়েন, লোইন শিনলোন, মসিন* নচিংবদা ইরম্বা থেংনৈ।

অসুম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী অঙাং অমা পোকপদা ইরাৎ-থৌনি কয়াগা লোয়ননা লাইগী থৌরমশিং পাঙথোক্লরক্লি।

## লুহোংবা

লুহোংবা হায়বসি মীওই অয়াম্বগী পুন্সিদা অমুক্তি পাংথোক্লবা পুন্সিগী থৌদাং অমনি। ফুরুপ খুদিংমক্না মাগী ফুরুপকী চৎন-পথাপ অমসুং লাইনীং লীচৎকী ওইবা লাইথৌ-তীনথৌ কয়াগা লোয়ননা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোক্লরি। মীতৈ ফুরুপকীসু চৎন-পথাপ অমসুং লাইথৌ-তীনথৌ কয়াগা লোয়ননা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোক্লরক্লি। য়েলহৌঙৈদগী লেপ্তুনা চেম্থরক্লিবা পূৱারীগী ঈচেলসিদা মীতৈ খুন্নাইগী লুহোংবগী চৎন-পথাপ অমসুং লাইথৌ-তীনথৌ অসিবু অহোংবা কয়া নাইরকই। মীতৈশিংনা হিন্দু লাইনীং লৌদ্রিঙৈ মতমদা চৎনরম্বা লুহোংবগী মশক অমসুং হিন্দু লাইনীং লৌরবা মতুংদা ওইরকপা লুহোংবগী মওং-মতৌ অমসুং লাইথৌ-তীনথৌ খেন্নবা মশক থরদি লৈফম থোকই। অদুবু নৈনজরিবা শরুক অসিদি হিন্দু লাইনীংবু লৈবাক নিংথৌগী লাইনীংওইদ্রিঙৈ খাগেম্না নিংথৌ ফাওবগী ওইবনা হিন্দু লাইনীং চংলকক্রিঙৈ মতমগী ওইনা নৈনজরি।

অঙনবা মতমগী লুহোংবগী মশক-মওং চৎনবীশিং থরদি অরিবা লাইরিক *নুংপান পোনপী লুরাউপা, পাহোইবী খোঙ্গুল, চেংলৈরোন,*

*থরানথাবা হিরান* অসিনচিংবদা মতাং মতাংগী ওইনা পল্লম্বা থেংনৈ। অদুগা অরিবা খূৎই লাইরিক ***সাইরুক তিন্নবা, পুতিন্নবা, পেনতিন্নবা*** শিংদগী য়েলহৌঙৈগী মতমদগী হৌনা লৌন-লৈনবা য়াবা অমসুং য়াদবা অকুপ্পা চৎন-কাঙলোন কয়া অমসু লৈরম্মী হায়বদু খঙবা ঙম্মী। য়েক থোক্নবা, শাইরুক তিন্নবা, পেনদিন্নবা, লৈনুং পেনদিন্নবা, মুংনবা, ঈ মুংনবা অসিনচিংবসি লৌন-লৈনবা য়াদে হায়না অরিবা লাইরিকশিংদা

য়েক তিন্নবা, পুতিন্নবা নৎত্রগা পুকোক তিন্নবা হায়বসি নুপা অমত্তদগী শমথরকপা চাদা নাউদাশিং ঈ তিন্নবা য়ুম্নাক শাগৈশিংদু পুন্না য়েক তিন্নবা হায়না খঙনৈ। *শাগৈ-শলাইরোন, মৈহৌবরোন* লাইরিকশিংদা ঈ তিন্নবা পুদিন্নবা য়ুম্নাকশিং পীরি। খুদম ওইনা *খাগেম্বা য়ুমলেপ* তা নিংথৌচা সলাইগী ঈ তিন্নপতি য়ুম্নাক ১১৬, অঙোম সলাই ঈ তিন্নপতি য়ুম্নাক ৪৭, চেংলৈ সলাইগী ঈ তিন্নপতি য়ুম্নাক ১৬, লূৱাং সলাই ঈ তিন্নপতি য়ুম্নাক ৫৭, খূমন সলাই ঈ তিন্নপতি য়ুম্নাক ১০১, মোইরাং সলাই ঈ তিন্নপতি য়ুম্নাক ৪ অসিনচিংবা পীরি। অদুগা সলাই সলাইশিংসিগী য়ুম্নাকশিং ইবা লোই অসিদি পু তিন্নৈএ লৌনহৈদে হায়না হেক-হেক ইরি।

## শাইরুক তিন্নবা

শাইরুক তিন্নবা মশেলসু লৌন-লৈনহৈদে হায়দুনা লৌন-লৈনবা তৌনদে। কনাগুম্বা নুপা অমনা খেন্ন-খেন্নবা য়েক্কী নুপী লৌরগা নুপাদুগী মচানুপাশিংনা অতোপ্পা য়েক্কী নুপী লৌরগা নুপাদুগী মচানুপাশিংনা অতোপ্পা য়েক অমদা চংশ্রবসু মখোয়গী মচা মশুশিং অদু য়েক মান্নদ্রবসু লৌন-লৈনবা য়ারমদে। ***শাইরুক তিন্নবা*** হায়বা লাইরিক্কুদা শাইরুক তিন্নবগী য়ুম্নাকশিংগী পরিং অমা পীরি। খুদম ওইনা-

*লাইয়িংথৌ পাখংপানা॥ তাইপঙপালপাতা ॥ নিংথৌ ওইতুনা ॥ লাইকি চাহৈতা ১২০ পাললাপাতা॥ খাপা ফালতোংপাকা॥ ফমপাল মুলনাতুনা॥*

*লোইরেল সনা পুণ্ডতা॥ লাইকি চাহে ১০০ পাললুএ॥ আতুতা হাথরমপাতি নিংথৌ মুংয়াওচাওপাকা॥ তণ্ডক্রু লুমিপাকা॥ ২ মা হাথারমএ॥ অতুকা ... অসাইকি নিংথৌ মুংয়াংচাওপা আতুনা॥ সরারেলকি মচা॥ অরাইরইমা॥ পালনাতুনা মাকি য়ীতি মুংয়ামচমনে॥ তাণ্ডক্রু লুমিপাকি য়ীতি॥ লোইরেলচমনে॥ য়ীমনাক ২ মা॥ আসিতি॥ নিংথৌচা সলাই পুমনামকনা লৌনহৈতে॥ মহাকতি মোইরাং অরিপা॥ খ্বাং সলাইতা চণ্ডখরে॥ নিংথৌচা সলাই অপুমপাকা॥ সাইরুক তিননায়ে হায়পাকি ঙাকনায়ে॥* (শাইরুক তিন্নবা)

ইরল্লিবা অসিগী মতুং ইন্না পাখংবনা মোইরাংদা খুনকুমদুনা পোকখিবা তাণ্ডক্রু লুমিবা অমসুং মুংয়ামচাওবগী চাদা নাউদাশিংদু মোইরাং অরিবা খ্বাং সলাইদা চণ্ডখ্রবসু নিংথৌচা সলাইগা শাইরুক তিন্নে লৌনহৈদে।

## লৈনুং পেনতিন্নবা

কনাগুম্বী নুপী অমনা য়ুম্লাক অমগী নুপাদা ওংদুনা মচা পোক্লবা তুংদা অতোপ্পা নুপা অমদা হায়বদি হান্ন ওংলুবা নুপা অদুগী য়েক নত্তবা অমদা ওংদুনা মচা পোক্লবদি। মচা অনী অদু মপা তিন্নদবা মমা তিন্নবা মচিন মনাউনি। মখোয়শিং অসিগী চাদা নাউদাশিংদু মবেন তিন্নবনি হায়না লৌন-লৈনবা য়াদে। অসুম্না মবেন তিন্নববু পেনতিন্নবা কৌই। মবেন তিন্নবদু মীরোল কয়াগী মমাংগী লোন ওইরগনা লৈনুং পেনতিন্নবা হায়নসু খঙনৈ।

## ঈ মুংনবা

মপা মমা অমত্তনা মচা নিংঙোল য়াম্না পোক্তুনা নুপীশিং অদুনা অতোপ-অতোপ্পা য়ুম্লাক য়েক সলাইদা ওংদুনা মচা পোক্লখিদুনা চাদা নাউদা শন্দোকখ্রবসু নুপী মচিন মনাউশিংগী চাদা নাউদাশিংদু লৌন-লৈনবা য়াদে। হায়রিবসি চারোন মঙা ফাওবদি লৌনবা য়াদে তরুক্তগীদি লৌনবা য়ারে।

নুপা-নুপী লুহোংনবা হায়না শীংনদ্রিঁঙে মমাংদা অহানবদা হায়রিবা খুন্নাইগী চৎন-পথাপ অসি কায়দব্রা হায়বদু য়েংনৈ। হায়বদি য়েক থোক্নবরা, শাইরুক তিন্নবরা, পেনতিন্নবরা, ঈ মুংনবরা হায়বনচিংবদু য়েংনৈ। *খুনুং লিচৎ শাজৎ* কি মতুং ইন্না লুহোংবদা মথং মনাউ নাইনা তৌগদবা থৌরমদি য়ুমচিন কাকফৈ থাবা, মরান য়ুমগা তমলে হায়দুনা ৱারোইপোৎ পুবা, শুমাই উরোং খিনবা, হায়জপোৎ পুবা, মরান লুহোং খোংদোং তন্বা, মরান য়ুম কাবা, ফৌ কবোক ফামনা হুন্দুনা মৈরা থান্না লমওকপা, চীংঙু শিদবা মপুরেনগী অচাপোৎলোই তন্বা, চীংঙু মঙাইরোই খোইয়ম মহিশাংগী অচাপোৎ তমলে। ইমোইনু অহোংবীদা চেংলুক নুংশাং থুম কাকুপ, শেন কাকুপ, শিং ওইকোন য়েৎকোন, হিদাক মৈখুরি, শিনৌ লশিং পানবোন শিংবোন কৎপা, চিনফু মাইতানবা তুম্বা কোরেক অমা লাইজ থন্না হাপ্লগা চেং মথক্তা খিনবা, লেমলৈ ঙমু তোক তোকপীচাবু লাইজ ঈদা নুপী নুপা কুজবা, নুপীবু পোকমাবী পলেম মমানা শিংয়েন খৈয়োম লৈরাং লাংনা কিশি তম্বিবা, অওং অউন তন্বা নুজা কোলোই, ইমোম ইহুইরোন মিহুনলে। মথংলনগী মোংবা মরান য়ুমগা তমলে। খরাই থোঙজিন্দা ফৌ কবোক ফামনা হুন মৈরা থান্না লমওকঙমলে। অদুদগী কোরৌ নুমিৎ শিংপুম মঙানি শুরবগা ইমোইনু অহোংবীদা পুন্সি চরি কুইনবা নিবা অদু হাংদোক্নুনা চেংমি খুদম য়েংলে *(থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৭০ ঃ ৬৮, ৬৯)।*

মথক্কী ৱাফমসিগী মতুং ইন্না লুহোংবগী অহানবা তৌগদবদি হায়ন-শীংনদ্রিঙৈগী মমাংদা নুপা ময়ুমগী কাংবুনা নুপীগী মপাদা মপলনা পাচা-থৌ-থিংদুনা শেনকু নানমদুনা য়ুমচিন কাকফৈ থাদুনা উরোং খিন্দুনা পামেল উরাই হকলবরা হায়না হংল্মী। হায়বদি নুপীগী মপাদা মচানুপীদু কনাগুম্বনা থাজদুনা, কনাগুম্বনা মনকৎ কৎলদুনা হায়জপোৎ পুরদনা ৱারোইনদুনা শুমাঙ থনবা মীয়ামদা উরোং খিনবগুম খঙহনবরা

হায়না হংনরম্মী। ৱাফমসি *নুংপান পোনবী লুৱাউবা* দা কৌবরোন নামোইনুবু নুংপান পোনবী লুৱাউবগী হায়না শীংনবা লাকপদা পল্লি। *পাছোইবী খোঙ্গুল* দসু পাছোইবীবু খাবগী তরং খোইনুচাগী হায়ন-শীংনবা লাকপা মতাংনা উৎলি। অসুম্না হায়ন-শীংনবা লোইরবা ৱারোইপোৎ হায়জপোৎ পুরবা তুংদা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লে। মথা তাথরকপদা মথক্তা পীরিবা থৌরম পরেংশিং অসি কায়দনা পাঙথোকই। হায়বদি লুহোংগদৌরিবা নুপা অদুনা নুপী ময়ুমদা লুহোংবা লাকপদা ফৌনা পোকপা কবোক অফাবা চাইদুনা মৈরা থাব্দুনা ওক্লগা লুহোংফমদা পুশিল্লি। অদুগা চিংঙু শিদবা মপুগী অচা পোৎলোই তমদুনা কৎলি। লোয়নননা চিংঙু খোইয়ুম মহিশাংগী অচা পোৎলোইশুনা তম্মী। অদুগা ইমোইনু অহোংবীদা চেংলুক নুংশাং, থুম কাকুপ, শিং ওইকোন য়েৎকোন, হিদাক মৈখুরি, লশিং চেং মথক্তা খিল্লি। অদুগা ঈশিংদা ঙমু থাদুনা ঙা থাবগী থৌরম পাংথোকই। নুপীবু পোকপী মমানা লৈ খয়োম য়োমদুনা নুপী নুপাদা পুল্লি। লোয়নননা নুপীগী অওং অউন তন্বীরে। মদুদগী নুপীগী কোলোই মিংহোংলে (নুপাদুগী সলাইদা ওনখরে)। মদুগী মতুংদা নুপীদু নুপা ময়ুংদা থিনলে। নুপা ময়ুমগী থোঙ্গালদা নুপীদু মৈরা থাব্দুনা কবোক অফাবা চাইদুনা ওকলে। লুহোংবগী নুমিৎ ৫ নি শুরবদা ইমোইনু অহোংবীদা কৎখিবা পুন্সি নুংশাংনবা চেং য়াওবা ফিরুকতু কাইদুনা খুদম-চাংদম য়েংই। হায়রিবা থৌরম পরেংশিং অসি ঙল্লিঙৈ মতমদগী পাংথোরক্লিবা থৌরমশিংনি। অসুম্না মীতৈগী লুহোংবগী থৌরমসি ঈরাৎ-থৌনি কয়াগা লোয়নননা ঙল্লিঙৈ মতমদগী পাঙথোরকই।

## শিবগী মথৌ-মঙম অমসুং ঈরাৎ-থৌনি

ফূরুপ খুদিংমক্না মাগী-মাগী চৎন-থাজনবী লাইনীং-লীচৎকী মতুং ইন্না ঈরাৎ-থৌনি লাইশোন-তীনশোন কয়াগা লোয়নননা অশিবগী মথৌ মঙম পাঙথোক্লরি। অরিবা মীতৈলোনগী ৱাহৈদা অশিবগী মথৌ মঙম পাঙথোকপবু কোরৌ নোংগাথৌ, মথৌ য়াংগেনবা হায়নসু খঙনৈ।

অরিবা খুৎই লাইরিক *থৱানথাবা হিরান পাছোইবী খোঙ্গুল, পুরোই মশিন, লোইয়ম্বা শিনয়েন, লোইনা শিনলোন* অসিনচিংবদা থারম্বা কোরৌ নোংগাথৌগী থৌরম পরেংশিং অসিগী মতুং ইন্না মথাগী অসুম্না থম্বা য়াই।

**(ক) মোংবা থাঙজা লপলেন কাদা তোংচেং কুয়াই চনবা।**

**(খ) শুমাই কংশিবা।**

**(গ) য়াংলৌ থনথোক্নুনা হাওশি মংথিলগা অমন পিখোম্বা।**

**(ঘ) লাংহৈ কুমওনলকপদা তাংজ লূ চনবা।**

## (ক) মোংবা থাঙজা লপলেন কাদা তোংচেং কুয়াই চনবা

শিরিবা মীদুগী ইমুংগী থাঙজা লপলেন কাদা চরৈফিনা মাইখল খল্লগা তোংজেং কুয়াই চনবা চৎনরম্মী হায়বগী মতাংদা *থৱানথাবা হিরান* দা অমসুং *পাছোইবী খোঙ্গুল* দা থারল্লিবা মতাংশিংনা উৎলি। *থৱানথাবা হিরান* দা মৈদিংঙু থৱানথাবগী মমোম খূমন লৈমা ওইখ্রবী তম্ফা ৱাংঙমলোন কাইনৌ চীংখৈথানবী শিরবদা মতমদুগী চৎনবী মতুং ইন্না অশিবা হকচাংদু মপান লমদম পোইরৈ মীতৈদা পোৎলোইনবগীদমক থিল্লকখি। অসুম্না থিল্লকখিবী তম্ফা ৱাংঙমলোনগী পোৎলোইবগী মতাংদা থারল্লীবা- *মৈতেংঙুনা মমোম ৱাংঙমলোনবু চরৈ মাইখল তৈনা মোংবা থাঙজা লপলেন কাদা তোংজেং কুয়াই চননা য়োইচানবিঙাময়ে*হায়বদি মৈদিংঙুনা মচানুপীবু ফিজং খল্লগা য়ুমগী থাঙজা লপলেন কাদা কুদা অশিবদু হাপ্তুনা থম্লে। মতাংসিদা নৈনবা য়াবা ৱাফমদি তম্ফা ৱাংঙমলোনগী অশিবা হকচাং খূমনদগী পুরকপদু শুমাংদা, খাঙলেনফমদা নৎত্রগা শঙ্গাই লপলেন কাদা পুশিল্লক্লগা করিগীদমক ফিনা মাইখল খল্লগা তোংজেং কুয়াই চল্লীবনো? লপলেন কাদা ফিজং খল্লগা অশিবদু কুদা হাপ্তুনা লৈতেংবসি অশিবা পোৎলোইবগী চৎনবী

থৌরম অমরা হায়বসি মথক্কী ব্রাফমসিনা খঙ্গহল্লি। অদুবু *পাছোইবী খোঙ্গুল* দা পাছোইবীগী মকু খাবা শোকচ্রোংবনা শিশিন্নদুনা অশিবগী মথৌ মঙম পাঙথোকপগী মতাংদা অসুন্না অমুক থারি-

> *সব্বা হংখোঙ হাংনা য়াঙলি তংন শিশিনরকে। থাঙঙা লপলেন কাতা চয়রৈ সাইখল তৈনা শেম শিঙখোঙ শুরাই শুমপানা তেংনৌ য়োংলি খিংনা, য়িংখোল ফৈরোয় ফাংনা লাইচা য়িরাং পুনপু তৈনা খিল ফিরাল চেপথেং পাপু য়াইল শোকতোংখাননা খমনৌ য়াইশিরোল তোংচেং কুমাই চল য়াইথোঙ পানম শক, খুনুং পাউতাক তৈ য়াইথোঙ শাকা ইননা শুমায় কংশিত্ত।* (মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, ১৯৯৯ ঃ ৭০ , ৭১)।

মথক্কী ব্রাফমসিনা শিরবা মতমদা অশিবা হকচাংদু থাঙঙা লপলেন কাদা চরৈ ফিনা মাইখল খল্লগা অশিবা হকচাংদু কুদা হাপ্লগা, য়োং খিঙলগা য়াইথোঙ নানম শক্লগা (অশিবগী তেংথা নাওই শক্কুনা শিকপলোন শক্কুনা), খুনুং পাউতাক্কুনা শুমাংদা পুথোকই হায়রি। ব্রাফমসিগী মতুং ইন্নদি অশিবা হকচাংদু অহানবদা চরৈ-ফি খল্লগা কুদা হাপ্পুনা থম্মী। অদুগা য়োং খিংদুনা, শিকপলোন শক্লগা অমসুং খুনুং পাউতাক্লবগা অশিবা হকচাংদু শুমাংদা খাঙলেনফমদা পুথোকই হায়বদু উৎলি।

## (খ) শুমাই কংশিবা (শুমাংদা পুথোকপা)

অশিবা হকচাংদু শুমাং মথৌবোমদা (শুমাংগী মথৌ তৌনফমদা পুথোক্কুনা খাঙলেনফমদা মতম খরা থম্মী) অদুগা পূং শেল য়ৈদুনা অশিবদু য়াংলৌ থানথেক্কুনা হাওসি মংথিন্নবা (অশিবদু মংফম তান্না থিন্নবা) শেম শাই।

## (গ) হাওশি মংজনবা

অরিবা ব্রাহৈদা অশিবা হকচাং লৈরোন চন্দুনা পোৎলোইববু হাওশি মংজনবা হায়না খঙনৈ। মতাংসিদা নৈননিংঙাই ওইবা ব্রাফমদি

পোৎলোইবা মখল মরি থায়নদগী চৎনরকপগী মওং ওইনা অরিবা লাইরিক *শাকোক লমলেন* দা ঈরম্বগী ব্রাফম থেংনৈ।

অরিবা খূৎই লাইরিক শাকোক লমলেনদা শিরবা তুংদা পোৎলোইবা মখল মরি শুই। অমদি নুংশিৎকি পোৎলোইনে, অমদি ঈশিংগী পোৎলোইনে, অমদি মৈগী পোৎলোইনে, অমদি লৈপাক্কী পোৎলোইনে। নুংশিংকী পোৎলোইনে, লৈপাক্কী পোৎলোইনে, ঈশিংগী পোৎলোইনে অহুমসিদি সিথিনলে। মৈদি সিথিনফরোইয়ে। নুংশিৎকী পোৎলোইদি লমলকতা থম্মো, ঈশিংগী পোৎলোইদি ঈশিংদা থাদৌও, লৈপাক্কী পোৎলোইদি লৈপাক্তা ফুল্লো, মৈগী পোৎলোইদি মৈদা ইকও। লাইরিক অসিদা মখা তাথরকপদা লাইরেন নাউফংবগী হক্তক্তা মীতৈ লৈপাকতা নোংচুপ লমকি পাঙল মসামানকি গুরু অমা ফাওরকএ। গুরু অদুনা নিংথৌনচিংবা লৈপাক মচা পুম্নমক্নসু মাগী ব্রায়েল য়িনলবদা লাইনীং লমচৎ লানশিনলকলে। লাইকি থৌ খৈবিকসুং অশেং অমাং খংদরে। সিরগা মৈদা পোৎলোইবসুং নংখোইকি নৎতে হায়নতুনা সাংনা ফুমবাসুং মাকি য়াথংতাকিনে। হায়না ইরি। অদুবু ব্রাফমসিমক্তি ওইথোকনিংঙাই ওইদে। মরমদি মৈদিংঙু নাউফংবগী মতমসি চৈথারোল কুম্বাবা গী মতুং ইন্না খৃঃ ৪২৮ দগী খৃঃ ৫১৮ অদুব্রাইফাওবনি। হায়রিবা মতমসিদা নোংচুপ লমতাকী পাঙল মসমান গুরু লাকখি হায়বসি পুব্রারীগী মীৎয়েংদগী ওইথোকক্লিংঙাই লৈতে। অরিবা খূৎই লাইরিক ***পুরোই মশিন, মশিন, লোইন-শিনলোন, থরানথাবা হিরান, নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা,*** অসিনচিংবদা শিরগা-ফুম্বগী ব্রাফম ময়েক শেংনা পল্লি। তৌবগীদি পোইরৈতোন খুম্ছোক তা চকপশিংনা অশিবা হকচাং মৈ থারগা পোৎলোইবগী ব্রাফমদি পল্লি। ***চৈথারোল কুম্বাবা*** দা মৈদিংঙু পামহৈবা গরিবনিব্রাজ মহারাজ হায়নসু খঙনবা খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ ফাওবদা পাল্লম্বা নিংথৌসিগী হাক্তক্তা মৈ থাদুনা পোৎলোইবগী ব্রাফমগী মতাংদা অসুম্না ইরি-

*হাওইবম ক্যাম্বগী কুম শক ১৬৪১ শজিফু থাদি লৈপাক-পোকপনা হনএ। মতাং অমদা অসুম্না ইরি-মোইরাং খোইদোংগী কুম শক ১৬৪৬ লমদা থাদি লৈপাকপোকপানা হনএ। ২০ নি লংমাইচিংতা নিংথেমনা মবুধৌ খিবিকপু মৈদা ইরুনা ইংথিদা তুমগে চৎএ। ইরাই নুমিৎতা নিংথেম ইংথি চৎপা থুংলৈএ।* (লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ১৯৮৯ঃ৮৫)

কুম্বাবদা ইরল্লিবা অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি মদুদি- হাওইবম ক্যাম্বনা চৈথাবা কুম শকাব্দ ১৬৪১ শজিবু থা নোংমা পানবা নুমিৎ অসিদা হাওবমচা পুখ্রনবাগী অমসুং লৈপাক পুম্নমক্কী লুসু তৌথোকএ। অসুম্না তৌথোক্লবা মতুং চহী ৫ লৈরেগা মোইরাং খোইদোংনা চৈথাবা কুম লমদা থাগী ২০নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা গরিবনিৱাজ মহারজনা মবুধৌ খিবিক্কী লুবু মৈদা থাদোক্কুনা পোৎলোইরগা উৎশিং অদু নিংথৌতুরেলদা থাদরুই। লৈবাক পুম্নমক মৈগী পোৎলোইশু অদুঙৈদগী হৌএ। কুম্বাবদা ইরল্লিবা অসিগী মতুং ইন্নদি গরিবনিৱাজ মহারজগী মতমদগী মৈদা পোৎলোইবসি চৎনখি হায়বা তাই।

## (ঘ) লাংহৈ কুমওল্লকপদা তাংজ লূ চনবা

অরিবা লাইরিক ***থৱানথাবা হিরান, লোইয়ম্বা শিনয়েন*** নচিংবদা হাওশি মংজন্দুনা ফুমখিবদু চহী ওল্লকপদা তাংজ লূ চনবগী থৌরমসি পাংথোক্লম্মী হায়না ময়েক শেংনা থারম্মী। ***থৱানথাবা হিরান*** দা খূমন নিংথৌ তন্দু লানথাবগী মচানুপী মীতৈ লৈমা খয়োয়রোন চকপা শন্ফবীগী অমদি মীতৈ নিংথৌ থৱানথাবগী মচানুপী তন্ফা ৱাংঙমলোন চীংখৈ থানবীগী হাওশি তাংজ লূ চনবগী চৎনবীসি লৈরম্মী হায়বগী খুদম ময়েক শেংনা উৎলি মসিগী মতাংদা থৱানথাবা হিরান দা অসুম্না ইরি-

*নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন পুনসিবনা মমোম খয়োয়রোনবু ৱাকয়ৈ মৈনাইদা তোংজেং লুনাইদা খমনৌ য়াইসি লোননা হিদা তোংজেং কুয়াই*

*চললে... থাঙই লৈরোন চন, য়ামজেং লৈকুপ শীরবদা কোরৌ থরাউচিনা কাসা পাউতাকলে। হয়েং লোইদাম কুমওল্লবদা মদাইরেম সিনাই য়াইহোনগী খোইরু তেংমাইথিনবনা থাংলেল য়ৌরাই মেননা খমনৌ য়োইহনবা তাংজ লুতেংবা পরেং থোপথিনবা... অদোন পুঙ্গিবসু মমোম চকপা ওঙ্গী শম্ফবীবু মদাইরেম সিনাই য়াইহোনগী খোইরু তেংমাইখিনবনা তাংজ লুরেনতোনবু শঙগাই নিংগা খন, কোরি তনখাই য়াৎ, লুপা নুংদা চল, সনা পানদা য়োম, চীনবাল মোইকাই য়াৎ, কোরি নাপোমথোংবু তৈনা শেমনা পুরোই লৈকোইরা হাওসি মংজনলে।* (ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র, ১৯৯৮ঃ৩২,৩৩,৩৫)।

ৰাফমসিগা মান্নবা মওংদা মীতৈ নিংথৌ মচানুপী তম্ফা ৰাংঙমলোনগী লাংহৈ কুমওনবগী মথৌ মঙম পাংথোকপগী মতাংদা থারম্মী। ***লোইয়ম্বা শিনয়েনগী পুরোই লৈকোইবা মথৌ য়াঙ্গেনবগী মশিল*** হায়বা অদুদসু মমাংঙৈ মৈদিংঙু নাউথিংখোং হাক্তক্তগী চৎনরকপা পুরোই লৈকোইবা মথৌ য়াঙ্গেনবা অদুগী মতাংদা অসুম্না থারি-

*নাউথিংখোং হাক্তক্তাগী হৌনা নিংথৌনা সিরাবদা পুরোই লৈকোইবা মথৌ য়াংকেলবাদি নাকনপমকা, পমখইচমকা অনিমনা লমপান মিকপএ। থোংবমনা কুশা থান শায়ে। তোকপমনা মং তৌএ। অয়ামনা মংফমদা চাক থিললে। মংথোং থিংই; মংফমদা চাক থিলবা লাদি থাউদৈচমনা খংই। কুমৰোন থাশি নুমিৎ থাসুরাবাগা অয়ামনা মংথোং হাংই। মংথোং হাংবদি লৈতৌ য়োং নাহৈ থাং খুনেৎ য়োং, খুনেৎ শেল, ফিরাক অনি, চেঙ লৈ য়েরুম শ্না লুপা অসি য়াওই। তৌবদি তোকপমনা তৌই। সাথোকপমনা সংথোকই। মচুম মনাই থুনাম নাঙৈদি সিয়াংপমনা য়াংথোকই। অকামনা শম শেংই। শারু খাইতোকপতি শারোংখাইপমনা খাইতোকই।খোয়রোমনা লু চামই। লু অয়াম্বদি লোইতোংবম, থোইতিংচম, লোংচম, অহলথেম, অকোইচম, য়িম্নাক মঙা অসিনা চামই। অরোইবদি অমাকচমনা চামই। চামনবা লোংদি তিংশাংনা কংলে অদুগা হাপ্পুনা চামই। হকচাংগী লু তোং মারেক মহাও থুমনামবা তারিবা খিবিকতি সৌকুলাকপম,*

*সোইপম, সমপানতোরাম য়িমনাক অনিমা অসিনা শাকু বালোংতা হাপ্পানা ফুমএ। শাকু ব্রালোংসু মখোয়না শায়ে। থংলেমকা কোলোমকা অনিমানা পোরোম থোপথিললে। নুমিৎ ৫ নি লু ফৌএ। অতুকা নুমিৎ থা অফবা য়েংদুনা লু চললে। পু-রোই লৈকোইবদি অসিনে।* (খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৭৫:৮১,৮২)।

মথক্তা থারল্লিবা অসিনা তশেং-তশেংনা উৎপদি অঙনবা মতমদা অশিবা হকচাং অদু কু অমদা হাকচিল্লগা পোৎলোইবগী হৌনবী থৌরাং তৌরবা তুংদা কু অদু লৈরোন চন্দুনা ফুম্মী। চহী ফারকপদা ফুমখিবা অদু অমুক তৌথোকলগা তাংজ লূগী শরুক অদু হকচাং পোলাংদগী খাইদোক্লগা লুপা সনানা য়োমলগা অরোইবা ওইনা অমুক ফুম্মী। অসিবু লাংহে কুমওনবগী তাংজ লূ চনবা হায়না খঙনৈ। হায়রিবা অসিগী মওংদা ফুমলম্বা কয়া আর্কিওলোজিকেল ইভিদেনসশিং ফঙই। খুদম ওইনা ১৯৮০ দা চীংমৈরোংগী লম্বোই চীংদগী অমদি শেক্তাগী মোংফম লৈতোং তৌবদা ফংখিবা অমদি চৈরাওচীংদগী ফংখিবা কয়াগী রিপোর্ট থেংনৈ।

মথক্তা নৈনজখিবা ব্রাফমশিং অসিদগী খঙবা ঙম্বদি মালেমগী অতৈ অঙনবা ফুরুপশিংদা ফাওরকখিবা অমসুং চৎনখিবা লাইনীং-লীচৎকী মশক, থব্রায়গী মতীক-ময়ায়বু থাজবা, মহৌশাগী কি-তুজুংনিঙাই ঙক্লা থোকপা পোৎশকশিংবু কিনা-লুমা নীংবা, ঈরাৎ-থৌনি তৌবা, মপা-মপু পোকপা এন্সেষ্টরশিংবু লাৎপা, হী-য়ায়গী মঙলবু থাজবা অসিনচিংবা কয়াদু অঙনবা মতমগী মীতৈ ফূরুপশিংগী মরক্তসু ফাওরকখি। লোয়ননা তাইবঙ শেম্বা মপুগী মীৎয়েং, মীওইবনা পীশিনবা মতীক-মঙলগী মতুং ইন্না শেম্বা লাইশিং, অচুম্বা থীবা, অচুম-অরানগী ব্রায়েল তেমথং পীবা লাই অমা লৈ হায়না থাজবা অব্রাংবা ব্রাখল্লোন কয়া ফাওরকপা অব্রাংবা থাক্কী লাইনীং লীচৎকী পাউভাকশিং অসিনচিংবা কয়া মথং-মথং লাইনীং-লীচৎকা শাগোন্নরকখি।

পূন্সিগী মরুওইবা তানফমশিং পোকপা, শিবা, লুহোংবা অসিনচিংবদা পাওথোকপা থৌরম পরেং কয়াসু লাইনীং-লীচৎকা মরী লৈননা অৱাংবা ৱাখল্লেনগা লোয়ননা ঈরাৎ-থৌনি তৌবগী চৎনবী কাঙ্লোন কয়া পুথোক্তুনা চৎন-ঙাকনরকখি। অঙনবা মতমদগী চৎনরকপা লাইনীং-লীচৎশিং অদু মথং-মথং হাপকৎলকপনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদদি য়াম্মা মপুংফাবা অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোন, মীৎয়েং কয়ানা থাগোন্নবা মপুঙ ফারবা লাইনীং-লীচৎ, ঈরাৎ-থৌনিগী মশক্তু ওইরকখি। পুম্নমক অসি য়েংলুরগদি ফুরূপ অসি মশাগী ওইবা অৱাংবা থাক্কী ইনীং-লাইশোন ঈরাৎ-থৌনি লৈজরকই হায়বদু খঙবা ঙম্মী।

॥০॥

# মতেং লৌখিবশিং

## অরিবা খূৎই লাইরিকশিং

১। *নূংলোন,* কষ্টদিয়ান, পাওনম গুনিন্দ্রো, কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

২। *সতিং সকোক,* কষ্টদিয়ান, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল।

৩। *পুদিন,* কষ্টদিয়ান, পাউনম গুনিন্দ্রো, কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

৪। *সাকোক লমলেন,* কষ্টদিয়ান, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল।

৫। *থৌদৌ মসিন,* কষ্টদিয়ান, নামৈরাকপম ইবোচৌবা, হাওবম মরক ইম্ফাল।

৬। *মিকৌরোন,* কষ্টদিয়ান, পাওনম গুনিন্দ্রো, কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

৭। *সাইরুক তিননবা,* কষ্টদিয়ান, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল।

৮। *খংমোই য়াংমোই সেকনিং,* কষ্টদিয়ান,পাওনম গুনিন্দ্রো, কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

৯। *লৈথক লৈখারোল,* কষ্টদিয়ান, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল।

## ফোঙলবা মণিপুরী লাইরিকশিং

১০। থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, *খুনুং লিচৎ শাজৎ,* ইম্ফাল, ১৯৭০।

১১। এন. খেলচন্দ্র (সম্পা.), *অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস,* অহুমশুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৯২।

১২। এন. ইবোচৌবা (সম্পা.), *থিরেল লায়াৎ,* ইম্ফাল, ১৯৮৯।

১৩। এন. খেলচন্দ্র (সম্পা.), *চীংঙ্গোইরোল,* অনীশুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৮৯।

১৪। ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্র (সম্পা.), *থরানথাবা হিরান,* অনীশুবা খূৎনম, ইম্ফাল ১৯৮৯।

১৫। এন. ইবোচৌবা (সম্পা.), *থিরেন মৈরম লিবা,* ইম্ফাল, ১৯৮২।

১৬। ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র (সম্পা.), *অদোকপা থৌনিরোল,* ইম্ফাল, ১৯৯২।

১৭। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা.), *চায়নরোল,* অহমশুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৯৩।

১৮। খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), *শাকোক লমলেন,* ইম্ফাল, ১৯৯২।

১৯। খুমল্লম্বম য়াইমা (সম্পা.), *নোংপোক লৈরেৌচিং,* ইম্ফাল, ১৯৫৮।

২০। এম. গৌরচন্দ্র (সম্পা.), *সনামহি লাইহুই,* ককচিং, ১৯৮২।

২১। ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), *সনামহি লাইকল,* অহানবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৭২।

২২। মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী, *ইরাংথৌনিলোন অমসুং লাইশোন তীনশোন,* ইম্ফাল, ১৯৮৮।

২৩। নিংঙোম্বম ইবোবী, *হিন্দু পর্ব্বদিন,* ইম্ফাল, ১৯৮১।

২৪। ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র (সম্পা.), *কংলৈ নিংথৌ চহি,* ইম্ফাল, ১৯৬৯।

২৫। এন. ইবোচৌবা (সম্পা.), *থারোন,* অহানবা খূৎনম ইম্ফাল, ১৯৮২।

২৬। খুলেম চন্দ্রশেখর, *ইনাৎকি হরাও-কুম্মৈ,* ইম্ফাল, ১৯৯৪।

২৭। ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র, *মৈতৈ লাই হরাওবা,* ইম্ফাল, ১৯৬৪।

২৮। মোইরাংথেম চন্দ্রসিং (সম্পা.), *পোইরৈতোন খুন্থোক,* অনীশুবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৯৬।

২৯। ওইনাম ভোগেশ্বর (সম্পা.), *খগেম্বা লাংজৈ,* অহানবা খূৎনম, ইম্ফাল, ১৯৬৭।

৩০। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা.), *চৈথারোল কুম্বাবা,* মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৯।

৩১। মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, *চৎনবী অমসুং সাহিত্য,* সাহিত্য, ২১শুবা মশীং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৭৪।

৩২। পেবম ইবোমচা (সম্পা.), *মিকৌবোল,* লম্নোই খোংনাঙখোং, ইম্ফাল, ১৯৯২।

৩৩। মোইরাংথেম চন্দ্রসিং (সম্পা.), *পান্থোইবী খোঙ্গুল,* ইম্ফাল, ১৯৯৯।

৩৪। খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), *লোয়য়ম্বা শিনয়েন,* ইম্ফাল, ১৯৭৫।

৩৫। ইরোম অমুবী, *শজিফু রৈাওবা শীংশৎপগী মওং,* ইম্ফাল, ১৯৮০।

## ফোঙলবা ইংরাজি লাইরিকশিং

৩৬। Collins, Hohn J., *Anthopology, Culture, Society and Evolution,* New Jersey, 1975.

৩৭। Gisbert, S.J., *Fundamentals of Sociology,* Bombay, 1978.

৩৮। Hoebel Adamson and Weaver Thomas, *Anthropology and Human Experience*, Megraw Hill Inc. Fifth Edition New York, 1979.

৩৯। Progress Publishers, *A Dictionary for Believers and Nonbelievers*. Moscow, 1989.

৪০। Sergei Tokarev, *History of religion*, Progress Publishers, Moscow, 1989.

৪১। Tylor E.B., *Dictionary of Anthropology*, New Delhi, 1987.

৪২। Lexicon Publisher, *Lexicon University Encyclopedia*, New York, 1997, Vol. 8/F.

৪৩। Hodson T.C., *The Meitheis*, B.R Publishing, Reprint. 1975.

৪৪। Majumdar R.C., *The Vedic Age*, Bombay, (1965).

৪৫। Shastri J.L. (ed), *Ancient tradition and Mythology*, Vol. 7. Bhagavata Purana, Pt. I, Motilal Banarasidass, reprint, Delhi, 1992.

---






**Dr Waikhom Romesh**
M.A. Manipuri, Manipur University.
Ph.D Manipuri Culture, MU.
**National Awardee.**
Junior Fellowship in Manipuri,
Ministry of Tourism and Culture Deptt. of Culture,
Govt. of India.
**NET**, UGC, New Delhi
**Meetei Mayek Resource Person.**
SCERT, Govt. of Manipur.
**Former General Secy.** MUSU
Manipur University Students' Union, Manipur University, Canchipur
**Research Associate.**
Centre for Manipur Studies.
Manipur University, Canchipur.


**RT. Publications,** *Kangleipak, Imphal*
BUT Printers, Kanglapark